# সতী খোংনাং

থোকখিবা থৌদোক্কী লীলা

লেংঙবা

শরোংখাইবম ললিত সিংহ

…র ষ্টেট কলা একাডেমী,

ইম্ফাল।

# সতী খোংনাং

থোকখিবা থৌদোক্কী লীলা

লেংজবা

শরোংখাইবম ললিত সিংহ

ইম্ফাল

১৯৩২ ইং

# ৱাহৈ থৱদং

মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীনা হৌখিবা চহি কয়াসিগী মনুংদা মণিপুরী সংস্কৃতিগা মরী লৈনবা হীরম কয়ামুক্তা লাইরিক ফোঙবগী থবক কয়া লৌখৎচরক্লি। হায়রিবা থবকশিং অসি একাদমী অসিগী চহিগী ওইনা লেংহুনা লৈরিবা থৌরম কযাগী মথক্তনি। একাদমীনা অসিগুম্বা লাইরিক ফোঙবগী থবকশিং অসি লৌখৎচবগী মরু-ওইবা পান্দমদি, চুম্নগী অইবশিংদা শেলগী মতেং পীহুনা ফোঙহনবগা ঈরোইননা একাদমী অসিনা লম্নাই অইবশিং অমদি সংস্থানশিংনা কোঙবদা য়ারবা মকওইবা খুৎইশিং অসি পুথোক্নুনা মীয়ামদা পাহনবগী খুদোংচাবা ফংহনবনি। হৌজিক ফাওবদা পান্দম অসিগা লোয়ননা একাদমীনা পুথোকচরিবা লাইরিক অসি ২০ গী মথক্তনি। মসিগী মনুংদা থাই-গী মরুওইবা খুৎইশিংদা লৈবা লাইরিক কয়ামকুম য়াওরি। লাইরিক খবনা অতোপ্পা লোন্দগী মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লুনা পুথোকপনি। খর অমনা মৈতৈলোন্দগী ইংরাজী অমদি মকওইবা মণিপুরগী ট্রাইবেলগী লোনশিংদা হন্দোক্লুনা ফোঙলি। খর অমনা একাদমী অসিগী মথাদা ফেল্লোসিপ যৎহুনা থিজিল্লুনা মরুওইবা হীরম কযাগা মরী লৈননা পুথোরকপা লাইবিকশিংনি। মসি পূম্নমক্কী মথক্তা অমুক্কা হেন্না মপুংওইনা লৌখৎচবিবদি অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী লময়ানব-শিংনা ইবিরম্বা, ফোংলম্বা য়াওরবসু অয়াম্বনদি কোপি ফংবা ওম্নদ্রবা, মরুওইবা লাইরিক কয়ামুক অমুক নৌনা নমথোক্লুনা মীয়ামদা পাবা ফংহনবনি।

হন্দক পুথোকচরিবা লাইরিক অসি হীরম অসিগা মরী লৈননা চথজরকপনি। হীরম অসিদা মমাঙদা অতোপ্পা লাইরিক অমী অমম্থ পুথোকচপ্রে। হন্দক পুথোকচরিবা আসিনা অহুমলক

শুবনি। লৈখিদ্রবা থিয়েটরগী মাইকৈদা শিংথামিংঙাই ওইরবা দান তৌবিরম্বা স্বর্গীয় শোরোখাইবম ললিত সিংহগী 'সতী খোংনাং' হায়বা লাইরিক অসি শ্রীরাজকুমার স্নাহল সিংহ, বি-কমগী খুৎতকী একাদমীনা ফংজবনি। মসিবু একাদমীদা নমথোক্লবা শীরবীরকপদা নত্তনা মসিগী নম্নবগী মরুওইবা ভার পুম্নমক পণ্ডিত অসিনা লৌবিদুনা মীয়ামগী মাঙদা পুথোকচবা ঙমজবনি। মসিগী-দমক্তা শ্রীরাজকুমার স্নাহল সিংহ বি-কমবু তৌবিমল থগবা উৎচবগা লোয়ননা হন্না হন্না থাগৎচরি। পণ্ডিত অসিগী মতেং নংলমদ্রবদি একাদমীনা লাইবিক অসি পুথোকচবা ঙমলোইদবনি।

অরোইবদা একাদমীনা লাইবিক অসি নমজবদা অহিং-মুংথিল নাইদনা কুপ্না শেন্নবিবিবা আব, বি প্রিন্টিং হাউসকী মেনেজর ওইবীবিবা শ্রীরাসবিহারী সিংহবুন্ন তৌবিমল থগবা উৎচরি।

শ্রীলৈমপোকপম দামোদর সিংহ

সেক্রেটরি,

মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমী

ইম্ফাল

তাং ৬।৫।৮৭ ইং

# স্বর্গীয় শরোংখাইবম ললিত সিংহ

**সতী খোংনাং** লেংবা স্বর্গীয় শরোংখাইবম ললিত সিংহ শকাব্দ ১৮১৪ ( খৃঃ ১৮৯২ ) গী কালেনগী একাদশী নোংমাইজিং মুমিংতা য়াইস্কুলদা পোকই। মহাক অপোকপা অমসুং অপোকপীগী তরুকশুবা মচানি। অপোকপগী মিং নিংথৌবা কৌই। অপোকপীগী মিংনা য়েংখোম নিঙোল কোম্বী কৌই। কর্ম্ম জীবন্দা স্বর্গীয় ললিত সিংহ মণিপুর পঞ্চায়েত কোর্টকী মেম্বর ওইরমই। ৺ললিত সিংহনা **সতী খোংনাং** ( নাটক ) তা নত্তনা **অরেপ্পা মরুপ** (নাটক ) সু লেংলমই। লীলা অনিমক মণিপুর ড্রামাটিক হোলদা নিংথিনা উৎথি। **সতী খোংনাং** ছায়বা লাইরিক অসি কলিকাতা বিশ্ববিদ্যালয়গী ইন্টরমিডিয়েট আর্টস ( আই এ ) ক্লাসকী মণিপুরীগী টেক্সট্ বুক ওইরমই। লাইরিক অসি ছাপা নমখিদে, ইং কুমজা ১৯৩২ ইংদা মতম অতুগী মণিপুর সরকারনা সাইক্লোস্টাইল তৌদুনা কপি অকরুবা মশীং থবদং কোঙখিবনি। মরম অসিদগী, অতুগী মথক্তা পৃথিবীগী অনিশুবা লাঞ্জাওগী লানফম অমা মণিপুরনা ওইখিবগী মরম্না লাইরিক অসিগী কপি ফংনখিদ্রবনি। য়াম্না রানা কপি অমা ফংবদগী ময়াম্না পাবা ফংখিদ্রবা লাইরিক অসি ময়াম্না পাবা খুদোং চাননবগীদমক্তা মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীনা ছাপা তৌদুনা ফোঙলি।

স্বর্গীয় ললিত সিংহ নাটক লেংবতা নত্তে, শৈরেং অমসুং শৈশে কয়াসু ইবিরমই। য়াকাইরোল ( থাগী চে ) দা মহাকী "মতমগী খোঞ্জেল" হায়বা শৈরেং অমা ফোঙথি। মতুগী মতেক অমা মথাদা পিজরি—

কাক কোকিল খোল ওন্নবা
মতমগী গুণ খোংলরে
মতম খোঞ্জেল কুমদম নোংখোল
অমৃতগুম খোল্লরে।
মতম তাঞ্জান খোকপ খুঞ্জান
খোংবনি জীবপুমবস্ু
য়াগমু পুকনিং নিংগমু শুকনিং
খল্লু তাইবং মপুতবু।"

স্বর্গীয় ললিত সিংহ মশামক্না লেংবা লৈবাক নিংবগী ঈশৈ নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভাগী সার চূড়াচাঁদ সিংহ সি, বি, ই, কে, সি, এস, আইনা সভাপতি ওইদুনা অহানবা ফমখিবা অধিবেশনদা শকখি। শহৌ অদু শ্রীদ্বিজমণি দেব শর্ম্মা এম, এ অমসুং য়াম্বেম ৺শশীমোহন সিংহ বি, এস সি অনিনা শকখিবনি। অঙৌবা ওস্তাদনা পুং যৈখি। শৈহৌ অদুগী মতেক অনিদং মখাদা পিজরি--

"কজবা নুংশিন মালেমগী লৈরাং
মালিনা খন্দুনা লেংজবা পবেং
শুমজনা নিংখিব ওসিগী সভা
স্বজাতি সমাজ পুক্নিং হুবা,
নিজগে থাদোকউ য়েকনবা চাম্মা
শিংগে য়াশকউ ইমাগী লম্মন
মগুণ চাওরবা সভা ইমাগী মপারি
খুয়াখাদা হননা থুরুমজরি।"

স্বর্গীয় ললিত সিংহনা ইবা ঈশৈ অমনা সভাগী শৈরোই ওইখি। শ্রীদ্বিজমণি দেব শর্ম্মা এম, এ না শৈরোই অসি শকখি অদুগা অঙৌবা ওস্তাদনা পুং য়ৈখি। শৈরোই অসিগী শৈরেং মতেক অনিদং মখাদা পিজরি –

"ৰাত্ত পাদ লক্ষ্মী কামধেনু যণবী
লাইরবগী মপী মিয়োক মিচান ফবী,
ভাৰতকী মমোম আসামগী নুজা
ঐখোইগী পলেম পুকফবী ইমা।

মহৌশা নৌববী লৈশেম লুববী
শিবদুর্গাগী শান্নফম ওইব্রিবী
ৰাহৈ শুপা খোঞ্জেল নিন্না
হায়য়ু তাসি মুংশিবী ইমা।
বন্দে মণিপুৰ মাতৰম্।

স্বর্গীয় ললিত সিংহ কবি, নাট্যকার ওইবতা নত্তনা কলাকারসু ওইবমই। মণিপুৰ ড্রামাটিক ইউনিয়নগী দেবলা দেবী নচিংবা লীলা কযাদা মশামক্তা মরু ওইবা ভূমিকাদা কুমহুনা অয়েংবা ভাবকশিংগী পুক্নিং শুমহৎখি। স্বর্গীয় ললিত মশামক মণিপুৰ ড্রামাটিক হোল লিংখৎপদা শীংথানবা য়াবা মীওই খরগী মন্নুংদা অমনি।

১৯৫৪ ইংদা নিউ দিল্লীদা পাংথোকখিবা অহানবা নেশনেল ড্রামা ফেষ্টিভেলদা স্বর্গীয় ললিত সিংহনা ডাইরেক্ট তৌবা "হাওবং লৈশং শাফবী" লীলানা ফোক কেটেগোরিদা খ্বাইদগী ফবা লীলানি হায়না লাওথোকখি।

মণিপুরগী থিয়েটরগী ঈহৌদা মতিক চাবা দান তৌবিবস্বগী-দমক্তা মণিপুরী সাহিত্য পৰিষদনা স্বর্গীয় ললিত সিংহদা "নাট্য বিশারদ" হাযবা উপাধি পিদুনা ইকাইখুম্নবা উৎখি।

স্বর্গীয় ললিত সিংহ শকাব্দ ১৮৭৭ কী লাংবনগী ৪নি পানবা ( ১৯৫৫ ইংগী ওক্টোবরগী তাং ২১ ) শগোলশেল মুমিংকী অহিংদা নোঙ্গাখি।

থাংমৈবন্দ, ইম্ফাল — রাজকুমার শ্রীস্নাহল সিংহ

৯।৬।১৯৮৭ ইং

# সতী খোংনাং

## হৌখিবা কুমশিং

নোংমদোন লাইহৈপাক্তা লেংথ্রবা মৈদিংঙু পিতাম্বরসিংহ অনিশুবা সনা মিংলেন শ্রীযুৎ চরাইরোংবাসিংহ মহারাজনা মৈতৈ সনালৈপাক্তা চহী ১৩ তরাহুমদোই পাল্লমই। মহারাজ ইবুঙোনা অবয়ব চহী ২৫ কুনমঙা শুবদা ১৬:৯ শকাব্দ লমদা থাগী নিম্মাং তরানি পানবা ঈরাই মুনিংতা নিংথৌ ওই। চহী ৭ শুনা পাল্লকলবা লমদা (অর্থাৎ) চৈত্র থাদা সাং ময়াং য়ুম্ফালদা পোকপী হাওবম নিংঙোন কন্যা কৌবী নুপী অমনা মপুরোইবা শিবদা মতুং ইন্দুনা চংনা মৈম্নুং চংখি। ১৬২৬ শুবা শকাব্দ লমদা থাগী নিনমাং তরাহুমদোইনি পানবা তিথিদনি। মুমিং অসিদা হাঙ্গৈরিবা খুল অসিদা পোকপা ইনাক কৈরাক খুনবা মহারাজ ইবুঙো অসিগী ফমনাইবা থোদাম বিনোদ কৈরুংবা কৌবা নুপা অমনা থারম্বা হৌজিকমক ময়াং য়ুম্ফালদা হৌরিবা খোংনাং শিদবা উপালনি। ইতি।

# সতী খোংনাং

কন্থানা হিংলিডৈদা তৌখিবা থবক্কী শৈরেং

অসিবু থিয়েটর ওইনা লেংজহুনা ইহান হানবদা মণিপুর য়াইস্কুল মুপীজা লনাই স্কুল লিংখৎপগী মরমদা লীলা অসি ইং ১৬।৩।৩০ তারিখতা শান্নজগ্রে। শান্নখিবা অসি শ্রীযুৎশ্যাম-কিশোর সিংহ য়াইস্কুল লাকপনা (থ) (ব) ইশৈ অসি পানবী মসিদা অরিকপা লৈতনা মরন তিংহুনা য়াম্না কন্না হোংনবী। ইতি।

খুাইগী ননাই শ্রীললিত সিংহ।

# সতী খোংনাং

**লীলা য়াওবা মী**

## নুপা

সাধুবাবা, বীর, বিনোদ, শামু, কুমুদ, পদ্ম,
নারাং, চাউথোই, যুগীন, বিধু, জীবন,
চাউবা, লীলপুবা,
অসিনচিংবা।

## নুপী

কন্যা, লেম্বী, লোইদাং, মাধবী,
ববোনৌল, যুবতী, ইশৈশকপী
অসিনচিংবা।

---

## সতী খোংনাং

# সতী খোংনাং

## শৈহৌ

### ইমণ কল্যাণ—একতাল।

মণিপুর কৌবী পুকচেল ফজবী,
নিংথিবা ফিজেৎনা লৈতেংবী।
ফজবা শকফমনা ওইরিবী॥

য়েংবিয়ু ইমা! অপংবা জীববু
পাংদবনি খনবিয়ু।
খুঙ্গং খুঙ্গং খুদিং য়ুমথোং য়ুমথোং খুদিং
নিতি নংনা চংবিয়ু
তত্তুনা মিৎয়েং তাবিয়ু॥

অকনবা কয়া অথৌবা লক্ষা
ইমা নংগী নচানি।
চিত্রভানু, খম্বা, বভ্রুবাহন কৌবা,
ইমা নংনা পোকপনি
নত্তমবাক্তা চাউবনি॥

থোইবীনচিংবী সতী কয়া কয়া
ননমগন্দা পোকবিখি।
সভীশীংদা চুনবী মৈতৈচনু কন্যা,
মহাক্কীদি লীলাবু
কচ্চে নংগী চরন্দা॥

তিল্লিবা শোভা তোল্লবা ঐখোই
ইমা নংগী নচানি।
অশোই অঙাম ফজবা খিহিক,
দোষ লৌহনবিগনু।
হন্না হন্না খুরুমজে॥

# ১বা মতাং

## ১বা উৎপা

### থোৗদাম বিনোদ কৈকুংবগী মুম

### মুংথিন থোৗরাং

কুমুদসিংহ। থোৗদাম বিনোদ কৈরুংবগী মচা,

ময়াং য়ুম্ফালগী যুবরাজ,

কুমুদ ঐনা তৌবা থবক্তা

মীনাই মাখোইগী মথৌ করি লৈবগে হাইনিমা;

চানিংলগা চাগনি চানিংড়গা তোক্কনি।

ইপানা ইতোমদা পোক্তুনা

ইনিং তৌই হাইবা

মাখোইনা খংদবা শারি।

ইরন্দা য়েংই ময়েক ওইনা

লুপা লিশিং য়াংথৈ ইপানা থমবিরি।

লৌনা পরি চামা য়াংথৈ

ইরোই লাবা অমোমনা মশীং নাইদে,

মমুকনা শঙ্গু শঙ্গু

শগোন্না শরূপ শরূপ,

ইনাইস্নু মশীং নাইদনা লৈরি।

খোংগ্রাই চন্দুনা ফমতুনতা চারবস্নু

পুনসি অসিমদি,

নিংথৌগী মচাগা চপ মান্নবা চারগদবনি।

অসিক্তা ঙসি মঙানি তরান্নিসে,

ইমা শিখিবগী থবাই মুংঙাইতদুনা

ইশৈ নোংমাই শক শোন্দুনা,

নাম খরা তাগে পোৎথাজগে তৌরিবনি
অসিতবু হেক থুগাঈগদবগী
মীনাই মখোইনা
পাবুংগী নামা থাঙত্তুনা,
ঈশৈ শকপা হৌরকপদা ঙাইরিঙৈ,
অমদি খাইবোক্তা মচল্লিঙৈ,
মুংঙাইরিঙৈ তাঙ্গাদা,
অনিরক অহুমলক শুরে !
লোইরো তোকলো
পাবুংনা চাক চারো হাঈরে ।
হা লাকও হাঈরে
অসুম তৌদুনা অমা চংঙক্তুনা
হেক্তা মথুগাইরবা ।
থংগনি ঙসি থুগাইরবা অমা
হেক্তা কুম্মৈ তৌরগে ।
চাউবা ! চাউবা ! হো চাউবা !

চাউবা । (মনুংদা) ইবুঙো ! ইবুঙো ! ইবুঙো !
ননাই ঐহাক লাকচরে ।

কু । থুবকউনে হাঈ !

(চাউবা চেনখোরকপা)

চা । ননাই ঐহাক লাকচরে
করি তাকপিগদবা লৈবগে ?

কু । ঐখোয়গী খুন্দা ঈশৈশকপী,
কনা কনা অফবা লৈরিবগে ?
অরৈবমখৈ কৌরকউ,
ঐগীদা হোরেন য়াচংবদা য়োহল্লু ।

হাঙ্গী হাঙ্গী অন্থুম তাববু
থোইদিংজম মুক্তাৱৈ অদুন্থু
মীনা ঙৈশৈ ফনা ফৱে হাঙ্গনা,
কানা কানি ঙাংনৈ
মাবুন্থু কৌৱকউ।
নুংঙাইৱবদি মতিক্ চানা চানা
দক্ষিণা তৌগনি,
ভাবোক্তিনে, ইতাও নাৱাং, বিধু,
চাউথোই, জীবন, যুগীনখোই
চিংথদনা কৌৱকউ।
অদুগা তখেল্লস্বম ইনে
কবোকলৈদো চিংথবা য়াদে,
পাওজেন য়োৱম্মু।
ইবো শোঙ্গবা য়াদে
শোঙ্গৱবদি নং শোঙ্গজগনি।
ঐদি হোৱেনগীদমক
হৌজিক ঙাইহাক উরোল তৌহৌখিগে।
চাউবা শোঙ্গবা য়াদে কো।

( চংখিবা )

( শোনবা ) নুংঙাইদা। নুংঙাইদা।
ঐখোয়গী কুমুদ কোবা ইবুঙোসে,
হয়াও কুম্মৈদা মথুৎ থাবা,
মপুক চারবদি লৈ নাচোম অমদা
লুপা মঙা হেক মপীথোকপা
লংনক্লৱবদি লঙ্কা মৈ হৌবা
থৌনাগী মকন্থু হাঙ্গনিংঙাই লৈতে

নুপী অঙাংদা নোংশাগুম্বা।
নুংঙাই নুংঙাই নংগুম্বা,—
অনি শুবা ইম্ফাল—
ময়াং য়ুম্ফাল অসিদা লৈরম্তে।
(খনবা) অঙ্গুগা মহাকনা
হাঈবমলিবা মা অসি
শোঈববদি ঐদি মাংলেকো।
শোঈকুববদি শোঈদে
ঐ স্বর্গ কাগনি।
কনাগুম্বা মীনা তাবদি
স্বর্গ কাবা হাঈবা অসি
নুংঙাইগদবগুম তারিগনি।
কুমুদ্দগী চৈদোননা থিংগৎকদবনি
হাঈবা অসি খংবিরোইদবনি।
হুম! নত্তে থিল্লে,
কোঈজেন চেন্দুনা
পাউ কোইজেন চেল্লুখিগে।

(চংখিবা)

---

# অনিশুবা উৎপা

## তখেল্লম্বম কবোকলৈগী য়ুম

( কবোকলৈ অমস্তুং কন্যা )

### ফিলোনবা

কবোকলৈ । কন্যা !
ঐনা নংবু ফিলোনবা তম্বিবসে
নখোইগী নমানা করি হাঙ্গ,
শাওব্রা ? হরাওব্রা ?

কন্যা । ইনেতোনবুদি ইমানা য়ামনা থাগৎলি,
পিশক পিকলিঙৈদগী হৌনা
থৌনা কৈ, হৈগন শিংগল্লি ।
ইমেতোম্না উরবদা হৈতবা লৈতে,
ঐহাকপু নিংথিনা তমউ হাঙ্গরকই ।

ক । অহা— হা— য়ো ।
অতুম হাঙ্গবা শাবো ঙমৌসিদে.
ইনেনা হেক হৈবা মথৈ তম্বিগনি ।
পুকনিং মুংঙাইরে
ঙশৈতুম অমতা শকউ তাসি ।

কন্যা । মাই হৈতে,
ইনেতোনতুম শকউ তাসি ।

ক । থীদা মাসিদে ।
ননে কবোকলৈ ঐনবু হৈতবা লৈব্রা
ঐগী করি রাৎপা লৈবগে,
ইমাইবক থীতুনা নংগী মামগী

মনাক্তাদা লৈতবনি।
অতুস্থ ঐনা নত্তে মচৎননি,
মানা ধুকাদা খাইনরিবনি।
ঈশৈদি ননে ঐখোইদি,
লৈশাবিচৈদা
মাঙোপ পুতুনা শকলমলিবনি।
নংবু তম্বিগে শকউ হাঈবনি।

কন্যা। ইনেতোন!
মীপোং লাকনি ইকাইমে।

ক। হৈমা। মী লাকলগা
হেক তোকপা অতু মভাইদনা
দণ্ডিরনে করিনো।

কন্যা। করি ঈশৈ শকউগে?

ক। নংনা ফাবা অমা।

কন্যা। ## ঈশৈ

### খাম্বাজ যৎ

হাগোবিন্দ থরাইগী মপু
যশোদা মপারি শ্যাম শকহেনবা
মফম কৈদা লেংখ্রবগে
ইন্দ্রগী রাথোকউ গোবর্দ্ধন থাঙত্তুনা
ব্রজ জীব কনখিবা ইবুঙো!
মফম কৈদা লেংখ্রবগে
ইহো কলি জীবনা অরা-না তারবদা
মকোক মখুৎ হাপত্তুনা
নংগী কোলোঈ কৌজরি বুইঙো!

কন্যা। লোইরে ইনেত্তোনে।

ক। ইঃ! নখোনে য়াম্না নুংশিনা ইমৌদে

কন্যা! ঐখোয়গী ক্রোম্থোংদা

নুপা পাখং অমা চংলকলে হৈ।

(য়েংবা) এঃ! এঃ!

থৌদাম বিনোদ কৈরুংবগী মনাই

শোইবম চাউবা ওইরমালে।

কন্যা। ইনেতোন!

ঐ অসিদা ফম্বা ইকাই

ইমুং চংলে।

(চংখিবা, চাউবা চংবা)

চাউবা। হোঃ ইতৈমা করোক্লৈ!

হৌজিক নখোই—ইমুংদা

চংখিবা অতু কনানো

ক। মীনে।

চা। লাইদি মত্তে এঃ

কনানো?

ক। লাইনা শাবা মীনে

তাকপা য়াদে এঃ।

চা। কেকু ইমুং চংতুনা য়েংলগে।

ক। হেরো, ইমৌনিমে

করিবু তৌগে হাঙ্গৈরনো।

চা। অং—অং, ফজে—ফজে হৈ

নচা নুপাদি কৈতে

কদোম্দগী নমৌনো?

খু। শকথিবা !
নংনা লাকপাত্তুম হাঈয়ু।
করি কাম্নগে হাঈবনো
ইবুংনা পোকপা ইমৌনিনে তস্।
চা। করি ইতৈমা কনোকলৈ
ঐবু মীনাইনি হাঈড়ুনা উশিংত্রা ?
খোকলবা খোগেন্দ্র তারবা থবী
কদোরে ?
মীনাই মপান থাবা নত্তে,
লাঈরবা মউ লিংবা নত্তে,
নোংমা তাল চাবদা
মহৌবনি। অত্তুক লাকচা থুমজনা চংগন্নু
ফবে, ঐনা হৌজিক মীনাই ওইরি ঐনা
লৌবা ভমদ্রবস্নু সত্য ! ইবুঙো কুমুদদা কংকে
নমৌ অসি য়াই
কোনশন্দুনা থম্মু য়েংসি।
ক। ইনাইপেম্মা ! ( থবাক রৈবা )
পল লাক্কনু অত্তু ককা য়াবা নত্তে
মমা মপানা লুনা থমজগ্রবা
ইমৌনি।
করিনোনে নংনা লাকপবো
অত্তুম হাঈয়ু।
ঐ চাক থোংবা থেংথ্রেনে।
চা চাকপুদি থোংঙ্রো
ঐগী হাপকে হাঈরবস্নু হাপ্পু।
য়াম্না ফিংনা লাকপা ঐবু,

নংনা হেন্না ফিংলম্বা অসিদা
ঐ তপথবা তারে।
সে! থুনা চাক থোংহুনা
চাথোকলগা

থুমিদাং সন্ধ্যাদা,
ঐখোয়গীদা লাকউ ঈশে তারো।

ক। ভাইখো চাউবা!
মাগুদি কনানা হাঙ্গিরকপনো।

চা। মতিক মগুণ চাউরবা,
শ্রীকুমুদসিংহগী য়াথংনে
ভাইখো, কুমুদসিং অসিনা
ইতৈমা কবোকলে নংবু
অসুক চাল্লিবসি কবিগীনো?

ক। লাইবক শা তিন্নবনিদনা,
ধর্ম্ম লৈবা মানৈদো,
নীনম্বা রা ভাংনদেদো,
থুপী লৈবরা,
থুপা লৈবরা,
পুকচেল খোইজেন তিন্নরগা,
হেক ময়ানবনি।
নখোইগী নবুভোসে,
নখোইদা চাউজরবসু,
ঐখোইদদি চাউথোকপা হাঙ্গিজরুনু,
ফিদা থাবা ফাওবা নংদে;
মখুৎনা লৌহুনা হেক্তা ফমলিবনি।
মুংশিথরে,

অচৌবা মচানি,
ইন্নাক খুনবা মচানি হাঈবগী,
করি অমত্তা মশাদা চাওজবা লৈতে
চা। অং—অং, ঐখোইদদি ওল্লি,
নংখোইদদি ষণ শারিবোইয়ে।
থংলে,
ইতৈমা, ঐ থংলে।
নংনা চাক চাখো হাঈহুনা,
ঐবু খামগদবস্থ লৈতে,
হোরেন শোঙ্গদনা লাকউকো

( চৎকে ত্তৌবা )

ব। ঙাইখোনে চাউবা।
ঐখোয়দি লাইরবনিনা
ইনসাং হাওতে অহুনা তৌবনি
নংনা চানিংলগা,
নোংমা পিজগনি।
ঈশৈদি কনা কনানা শক্কদৌরি

চা। ঐনা পাউ চেল্লম্বাদি,
থোইদিংজম মুক্তারৈ,
হাওবম থোপ্পীখোইনি।
অতৈ কনা কনা,
চেল্লুখিশিগে থল্লি।
ভাবোক্ষ নারাংখোইস্থ,
পাউ চেল্লুখিগনি,
থেংলে ঐ চৎলে
শোঙ্গদনা লাক্কনিদনা ?

ক। লাক্কনি, লাক্কনি, চৎলো চৎলো।

(চাউবা চংবিবা)

নুপী ঐখোইদবু,
ইশৈগী পাউ চেল্লবা শারিয়ে
চৎতনা তোকপা—

(কন্যা চংলকপা)

কন্যা ইনেতোন ঐ চৎলগে থেংঙ্গ্রেবো।

(ফিদোন পোৎ পাঙ্গথৎপা)

ক। যরে যবে ইবেম্মা চৎলো,
ফিদোন হুকপদি কাউবরোইদ্রা ?

কন্যা। কাউবরোই।

(কন্যা চংখিবা)

ক নিংবা
অথন্নবা কৌম্মরবা অসিদা,
চন্দ্রবদি কুমুদনা কয়া মুংঙাইববোইদবনোসে।
করিনা, ঐদি মাহাকনা থাকলি।
মপুকনিং হরাওবা মুমিত্তা
শেল য়াংথৈ চামন্থু হেক
মপীথোকলম্বা
অস্থুম তৌতুনা লৈরিবনি।
অহুগা ঐহাকপু,
অমমা ফংই ইনে
অমনা ফংই ইনে,
খ্বাইগী ইনে
মিংদা কধী ওইনা হেক তৌরে।
মাসিদা চাওথোকলুম্মবম্মু,

কনানসু মুংশিবিরবোইদবনি,
অত্তুগা কুমুদগী হবাঙ কুন্দৈদসু
চিংথবা য়াবা পোং নত্তে।
ঙসিদি হোরেন মুমিদাংগী
হৌজিকনা চাক খোংহুনা
চাথোকলগে।
যুবতীসু হৌরগা ঙস্তা হেকমক
চৎলগে।
( ফিরোন মোন পুশিন্দুনা চংখিবা )

---

## অহুমশুবা উৎপা

### সাধুবাবাগী খাংপোক

## ঈশৈ

### ভৈরবী—যৎ

সাধু। অরেম্বনি মপোক অরেম্বনি থরাই,
থরাইগী থরাইবু উদ্রবদা।
কোঈচৎ চত্তুনা থিরুরে মফম কৈদস্থু ফংদরে,
কৈদা চৎখ্রবনো পুকনিংগী মপুদো।
পামেল ফৈরাদা তোংলিবা চেকলা
মুংঙাইনা নংনা খোংলিবা,
খোংল খোংলদুনা ইবুঙো মাবু কৌরিবরনে।
করি হাঙ্গৈনা কৌরিবনো তাকপিয়ুনে
কপনা কপনা ঐস্থু কৌজগে।
থোইমুশিংনা গুন গুন ঙংদুনা
ইবুঙো মাগী গুণবু শকলিবরা?
করি শৈনা করমনা শকলিবা মাগী মগুন্দো।
পোমলম্বা লৈ নখোইনা লৈকা ইফন ফন্দূনা
নোকলিবরনে, অথোইবা ইপাবু ফংলবরনে,
করি লম্না ইবুঙো মাবু পেলহল্লিবনো।
কৈলাস, সনজিং অমা বিন্ধ্যাচল,
নরাই লোংনা থাজত্তুনা য়েংলিবা করিগীনো,
উরদুনা নপোক মহৈ য়াম্লবরা
বিশ্বম্ভর বিশ্বেশ্বরবু।
চংশীম্না শংলবা অতিয়া,
নংগী অশংবনা কুপশিনথরমাল্লেনে,
হাংঙুনে অমুক্তা য়েংজগে ঙাইহাক্তা
থরাই পুকনিং পেনজরগে।

সা। হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে।

( বিনোদ কৈরুংবা চৎলকপা )

বিনোদ সাধুজী! ( খুরুম্বা )

ঐ কবিগুম্বা অমত্তা হঙ্গৎচগে।

সা। করি ওইরবনো?

বি। সাধুজীগী আশ্রমদা ঐনা লাকচবা অসি

মুমিৎ মশীং য়ামলকলে,

সাধুজীনা মতম অয়াম্বদা ভজন তৌদুনা

মপানথোং জঘন লৈতনা,

মিৎ উইশিন্দুনা লৈরম্বনা

ননাই ঐনা লাকচবা মহৈ থক যানজদে।

ওসিদি ঐগী লাইবক ফরমাল্লে

সাধুজীবু সজ্ঞান ওইনা ফংজরে,

ঐনা যাম্না হংজনিংবা হিরম খরদং লৈজৈ।

অদুবু অহানবদা সাধুগী,

অরেপ্পা ফীবম অমতং খংজনিংডি।

মাসি হংজবদা অকাঙবা থোকলবসু,

অপংবা জীবনি হাঙনা খনবিদুনা

দোষ লৌবিদনা তাকপিয়ু।

সা তাকপা য়াবা হাঙবদি—

ঐনা তাকচবা ওম্বা বিষয় ওইরবদি,

চিংনবা লৈতনা রারি শাজগনি।

হাঙবিয়ু করিনো?

বি সাধুগী মফমদা ঐনা হংজনিংবা

বিষয় খরদং লৈজৈ।

মাসি হংজবদা চিংনবা লৈতনা

অপংববু অথংবনা তাকপিহুনা,
তেংবানবদা তাদনবা হোৎনহুনা,
সত্য, ত্রেতা, দ্বাপরদগী ল্যাকলিবসি
হৌজিক্তগী ঐনা শেমগত্‌না
হাঙ্গৈজবা বা নত্তে।
অহুগা ঐখোইনা তাজবদা
সাধু, বৈষ্ণব, হাঙ্গৈবা
মী ওইবগী মপুংদা তাংলবা,
ভক্তি অঙ্গ অসিদি,
জাৎ চন্দন হাঙ্গৈবা
পামেলগা পাংথকনি হাঙ্গৈনৈ।
করিদগী হাঙ্গৈববু
মপুং ফারবা জাৎ চন্দন পাম্বিনা,
মাগী মউ মপুংদা মমন য়ামলবা
ময়োল থম্বাল লৈ হাঙ্গৈহুনা,
কনাগুম্বনা অমদা তাকলবস্থু লৈতে।
মথক্তা উচেক রাইয়া কোঙ্গাঙ্গৈনা
তোংহুনা নেৎপস্থু শাগদে।
মপান ফুকলবস্থু
ময়োল থম্বাল লৌথ্রবস্থু,
য়াদবা তৌদে থাম্বা লৈতে।
অহুগুমহুনা চন্দন পামেলগা
সাধু, বৈষ্ণবকা পান্দমনৈ
হাঙ্গৈনা তাজে।
সাধু নগুম্মা তাক্ত্‌না
মূর্খ ঐগী ঐতস্থু নত্তনা

ঐগুম্বা মুর্খ লিশিংগী দোষ লৌবিগনু
ঐনা খংজনিংঙি হাঈবদি অসিনি,
সাধুজীবু করি ধর্ম্ম চৎপিবগে ?
সন্যাসীরা, যোগীরা, ত্যাগীরা
বৈরাগীরা, আশ্রমীবা করম্বনো খংজনিংঙি
অকাঈবা লৈত্রবদি অমুক্তা তাবগিয়ু।

স্না। মহাশয় নহাকপু কনানো ?
তুখোংদি তরু তরুবা
নশম ননাদি ইফা ফাবা,
কনাগুম্বা খংদবা মীনা
হাইরপ য়েংবদদি অঙাওবগুম উবা,
থম্মোইদদি চিংনবগী চিন্তানা
চাকপগুম উৎপা,
সবুদ্ধি, জ্ঞানগী থাওমৈনা মৈচাক মক্তবা
হুংঙকপা বিষয়দনা
অঙকপা ফংনা হুংলকপা,
হান্না নহাক্কী পরিচয় পীতুনা
অপংবা পাংদ্রবা ঐহাক্কী
থম্মোই অসি ইংহনখো।
মহাশয় রাহং অসিগী
পাওখুম কোম্না পীজগে।

বি। ননাই ঐহাক—
থুঙ্গং অসিদা লৈজবনি,
শাঙ্গৈনা থৌদামনি, ইমিংনা বিনোদ কৌই,
ইফমনা, শ্রীযুৎ পিতাম্বরসিংহ
মহারাজনা কৈক্লংবা ওইহনবিরি।

সা। খংলে মহাশয় নমিং তাঞ্জে।
য়ায়া বুদ্ধি লৌশিংফবা,
নপাঙল কনবা
অক্ক অহেনবদা ফিদমনিংঙাই ওইবা-
নরন্দা নপা লৈতনা লৈবা,
মী অমনি হাঙনা তাজে।
অতুগা হৌজিক্কী অবস্থা অসিনা
করিনে ?
করিদগী ওইখিবা!
ৱাহং অসিনা করি খন্দুনা হংবিরিবা,
অথুপ্পা লৈতনা অতুক তাকপিয়ু।
বি তাবিয়ু সাধ্!
সংসার অসিদা ঐগী মুপীগা,
ইচা মুপা কুমুদ কৌবা অনগা.
আনি অসি নত্তনা ঐগী সম্বন্ধি [illegible]।
অতৈ কনা অমত্তস্থ লৈজদে।
শ্রীযুৎ মহারাজগী কৃপাদগী,
কৈরুংবা হাঙবা পদবি অসিমা কংজদুনা
খ্বাইগী মরক তিঙ্গুদুনা পাঞ্জে।
ইরন ইথুম খোইদোক্না ৱাৎচদে,
অসিক্তা ঐগী ইচা মুপা অসে
মথক্তস্থ অতৈ শাৎত্রবা,
মখাদস্থ অতৈ পোমদ্রবা,
মথস্থা মপোকচরবা অসিদা
খর লুনা তৌদুনা
মহাক্না তৌনিংবদা তৌদুনা

লাইরিক নত্রগা পুং ঈশৈ
মহৈ অমা মতিক চানা তমহন্দুনা,
পূর্ণজ্ঞানমক পীজবা ওমহৌদ্রবস্থু
কান্নবা ৱাখন খনবা
ওম্বা ফাওবা খজিক্তুংদা,
শিংহনবগী লম্বী অসিদদি
নাৱাংবদগী পুমথা থাদোকলকলে।
হৌজিক্তি চহি কুন্নিথোই
কুনহুমদোই শুবকলে,
মপাঙ্গলস্থু চাওৱকলে
নাৱাংবস্থু হেনগৎলকলে।
লমচৎ ফত্তবস্থু মপা ঐমক্না উবদা,
অস্থুক্কী মতিক হেনগৎলকলে
হাঙ্গীবা নিংথিনা খংলে,
হাঙ্গীনিংঙাই পান্দম লৈত্রে
ইমাংদা অমা তৌ
ইতুংদা অমা তৌ,
অস্থুপকী মতিক মাংননবা
মশক ওইৱকলে হাঙ্গীবা অসি,
সাধ! মথা তানিংঙাই
তমনিংঙাই লৈজদ্রে।
অসে ঐহাক্না মাঙোন্দা
করিস্থু শাওকদ্রেনে।
করিনা—
মাঙোন্দা শাওফম কবিমতা লৈতবমা,
ঐহাক্না থোকহনবা ঙাকনিকো

হাঙৈবা অসি ইশানা
খংজরন্থনা তুমিন্না লৈজরে।
ওনখিবা কাংদা লাংথবান্দা লৈবা,
স্নখ্যা প্রেমানন্দগী
মজা ইথেম্মা অমা
পীনথুনা লুহোংঙুই।
লুহোংবা অসিদা
লুপা লিশিংমরুম চংই,
শ্রীযুৎ মহারাজগী কৃপানা,
শামু ফাওবা থাবিথুনা,
চাউনা লুহোংবনি।
মেন্না থা চংঙকপদা
সনা মচা ইথেম্মা অথু লৈরবদি
ঐ লৈররোই হাঙৈনা
চক্রি তৌথুনা মামা থাইনবিগ্রে।
হাফমনদি মীনা চুমই
অথুক্তা মুংঙাইতবগা লোঙৈননা,
মপাবুং সমথ্যা অথু লাক্‌না
ইরম্মা লোন্না পীশিন্দুনা,
মীমাং কোংঙকপা অউম পোং
কুজপোংনচিংসা
মরিক মকোন ওমনা পুথুনা চংগ্রে।
ইমৌ অথুগী মপুফচেন মফজ,
মরমচং মফজ,
হাঙৈবু হাঙৈজনিংদে মহাশয়!
মাথু পুমনামত্তু থনুবদগী

ঐনা অমুক, পুখিবস্তুবু
থিংনিংলুবা হাঙবা লৈখিদ্রে,
খোং খোংপা তকনা পীজগ্রে।
অদুগী মতুংদা মাগীদমক্তা ৱাহুনা,
ৱাবহুনা লাইনা ওইহুনা
মমাস্থ শ্রীপঞ্চমী মমাংদা লৈখিদ্রে।
মমা শিরগা অৱাবা থবা
কোকত্রা হাঙববু করিমতা কোকখিদ্রে।
হৌজিক্তি উপৃগী শো,
মমাগী মহুস্তা মহাকপু পাইহন্দুনা
যেংলুবদগী অহোইনগ্রে,
ঐগী কবিমতা গতি লৈত্রে।
অদুনা সাধু! ঐনা থঞ্জবদা,
মচাগীনি হাঙহুনা ৱানা
লুপা সনা তান্দুনা থনমবা
অসিদি কবিমতা কান্নদ্রে থল্লে।
কনাগুম্বা মীনা
সনা লুপা হাঙবা অসি তান্দুনা,
অচম্বা লল অসি
মচাগীনি হাঙনা থমগদবগী মহুস্তা,
জ্ঞান হাঙবা ঈশ্বরনা পীনবা,
অমক ৷ লৈত্রবা লক,
অসি ফংননবা
মচাহুবু তাহল্লন্দুনা
থম্বিবস্বনা শরুক চামা হেন্না ফৈ।
মাহুম তৌবিবা মী অদু মীনি।

অঙ্গুদি নংত্রঙুনা
মচাবু অঙাং ওইরিঙৈদা,
মতম চানা রারক রা-তেম
তৌদঙুনা, মচানা মনিং
তম্বদা মমিংনা য়েংঙুনা লৈরবদি,
মী অদো মী নত্তে, মিনি।
অঙুগা সাধু!
মুপা অঙুনা ঐগী দশাসে,
ফংঙোইদবা করি লৈরবগে
শোঙ্গদনা মফংলগদবানি।
হৌজিক্তি ঐহাক করি তৌরুমগদগে,
সংসার ত্যাগী ওইজরগে
অস্থুম হাঙ্গনা খল্লঙুনা
সাধুগী মফমদা লম্বী খিজগে
লাকচরবনি।

সা। কৈরুংবা!
নহাক্কী ভার্য্যাগী
বাৎসরিক শ্রাদ্ধ নকশিল্লকলবা কান্দা,
তীর্থ দর্শণ তৌরুসি।
শ্রীধামদা উৎসব ফংলুসি।
অঙুগা ঐনা খংজবা লম্বীসু,
থুপনা রাম্নি তৌজগনি।
অমুক্তদি নচাগী মরমদা
খন্দুনা য়েংবিখো।

খি। সাধু!
ইচাসু ইচাগী থোকপা

মাগী মরাইবক্তা তম্বা লাকলগনি।
ঐগী অরৈবা লন থুমদগী
মমাগী কর্ম্মগী খবদং খাকলগা,
অতৈদি মাঙোন্দা পীথোকলমলগে,
মানা থোকপা তৌজহোরসম্নু।

সা। মাতুদি কম্বা ফগনি
হাঈবা নিংজদ্রে,
কুমুদ কৌবা নচা অসে
সংসাব অসি মাগী
য়েকনবা অমা ওইরগনি।
ওসিদি ঐস্নু ভজন ক্রিয়াগী
মতম ওইবকলে
কৈকুংবস্নু অতুক হনবিকখো।
নিতিগী লাকপিয়ু
নাম শোনবদা ইপাং ওইবিবো।

বি। ফগনি।

(হবমতুনা থোকখিবা)

সা। (শোনবা) আঃ সংসাব তাইবংপান।
হেঃ ইমা পৃথিবী!
স্বর্গ, মর্ত্ত্য, পাতাল, পাপ, পূণ্য,
হু, অমৃত পুমনমক অসি
অমুক অতোপ্পা ধাম অমদা
লৈক্লবা নত্তে,
নহাকী গর্ভ মম্নুংদা
পুমতিন তিম্না হেক্তা মবৈদা।
মাসিবু থাইদোকপা হৈতদুনা

মাংনরিবা জীবশিংনি ।
ঈশ্বরগী মায়া শক্তিনা
অয়াম্ববু বিষয়াদা লুপহন্দুনা,
কযাদা য়েংশিন্না থমগ্রবনো ।
কুমুদ হাঙ্গীবা অসিনা
চংশিবা লিচং অসি
মনিং মমাং ওনথোকলগা,
অফবা লমচং ফংলগা
সংসার অসি অমৃত ওইগদবনি ।
অমৃত চারগা
শিদবা মপান ওইহৌগদবনি,
মাসিবু কর্ম্ম ওন্নবনা
ইখং খংনখিদ্রে ।
ওন্থোকপনি হেঃ মীওইবা ।

## ঈশৈ

### মুলতান, মধ্যমান

পংনা পাল্লিদা তাইবং পানসে,
অরেম্বদা নিংশরে থরাইবু ।
থিগদবদি থিজেন্নুনা থিরোইদবা থিনদ্রি
ইখং খংনা খংনদরে উনা উনা উনদরে,
ইপং পংনরে অপুম্বা বিষয়াদা লুপনরে,
অরেম্বনি খংনখিদরে,
অমা লৈরগা তরা তাম্লিংই,
তরা লৈরগা চাম্না তাম্লিংই,
লক্ষা কোটি লৈদ্রুনসু

পেনববু নাইথিদরে।
খনবিয়ু খনবিয়ু খনবিরিবা অপুন্বা,
সনা লুগাদি মপানখোংগী লন্নি,
মন্মুং হুনবা তাইবংগী
তাংলবা লনবু থিবিয়ু
সংসার অসি অরেন্নি।

## মারশুবা উংপা

লন্দী।

( নাবাং, বিধু, চাউখোই, খোইহুন এর্ফে
জীবন, যুগীন চংঙকপা )

নাবাং — বিধু। চাউখোই। ইতাও জীবন।
যুগীন।
ঐ বা অমা হংগে
নখোই শেংনা তাক্কদবা?

বিধু। — ইতাও নাবাং।
শেংবা শেংদবা হাঙবা অসি কবিনো?

চাউখোই। — বিধুখোইসি লাইমা পংখন্দা
প্রসাদী ফংলমদাই,
চাবমদাই, থবলমদাইদা।
গঙ্গা, যমুনা, ভাগীরথী,
নর্ম্মদা হাঙনা
ঈশিংদা চোংথরুনা
জয় জয় ইকৌজখোক্কুনা,
চন্দন দ্বাদশ তিলক

হেক থিন্দোক্তুনা,
মহা মহাপ্রসাদ ফংদোকপদো
অশেংবা কৌই।
অতুগা থবক ঈংখাং চংথোকপদা,
লংফৈ ইফৈদা ঈরুবদি লুজয়গা,
চন্দন থিন্দানা ভজনসু তৌদানা
চাক লাম্মতুনা করি করি
কবোক খোইতুম ককা,
হেক চাথোকপা অতুবুনা,
শেংদবা অনাংবা কৌইদনা
(জীবন্দা য়েংতুনা) খংঙব্রা বিধু!

জীবন। চাউথোই নংবু থোঈমল্লিনে,
নচুবা তেকলয়গনি।

চাউ। ঐনা করি তৌবে?
রা অমতা ঙাংবা য়াদ্রে
থোঈমল্লি থোঈমল্লি
হেক্তা মহাঈবা।
অতুগা ময়োনসু করিসু খংদনা
মানা নচুবা তেক্কনি ককা
হাঈবা শারিএ।

জী। তেকত্রবদি—
তেকপদা নত্তে পৈগদবনি খংব্রা?

চাউ। করে ইবো য়াম্না মুংঙাইত্রে,
নংনা থুদেকপ্রা
ঐনা থুদেকপ্রা
চাং হেক্তা ময়েংনরসি।

চন্দন থিন্দানা
কখোক খোইতুম চাববু
মাংভি হাঈরগা
মাবুস্থ করিস্থ হাঈদনা
ৱা হেক্তা মতেনবা,
মুংঙাইতে
থোকসি ইবো। ( মফি শেন্বা)

ন্ধী মাসিদনি ঐনা প্রাণ চাকলিবা,
লাকচথিখোইনা তৌরতুনা,
অমুকস্থ হন্না হেক্তা মহাঈবা।
থোক্তবস্থ সিদা হেক
মতৌনরসি।
অচিকপদা থোকলগা
নং হাঈজগেরা হা? ( মফি শেন্বা )

ন। শেমনৈদা নখোই
অনিগী ফি অসে,
ঐখোই মঙা শুরি
অতৈ কনাস্থ থৎনদে,
নখোই অনিদা শোর হোন্দষমখৈ,
হেক্তা মখৎনৈ ঙাইখোনে।

( ফি শেন্বা গান্বা )

ঐ ৱা হাঈগে তাওনে,
মক্তে
নখোই অনিনা তৌবা শারিবসে
লুখিদ্রে, তুকচবনা নারে।
আ ঘাউগা, মাউগা মানি নক্তে

থংনবত্নু মঙাঙীরে।
মফম মরাং ইথং থংনত্রবত্নুনা
মীনা হংবনা অমা,
মাখোইনা খুম্বমা অমা
লম্বী ময়ুং ইন্দ্রে
মফৈদা কারল অমা হাইত্নুনা লৈবে।

জী দং তুমিন লৈয়ু তানিংদে,
মাসিমা হুমিং চুম্মা
অশিংবদা শাশিন্নরত্নুমা
কনানা লাল্লি কনানা চুল্মি
নং হান্না বিচার তৌখোদনা।
অত্নুদি নংত্রবত্নুনা,
প্রমাণ পাইহ্নে ককা
হেক মতৌবা শান্নে।

না মুংঙাইরে! মুংঙাইরে!
নিঙাইতবু হৌনরবদি
অমনা হাঙী অমনা তাদা
লাইরেকন্নু তোকলগন্নু,
ঐখোইসু নফি শেম্বা
পাংবিগনি।

চাউ করেমনগন্নু ইতাও!
নংসু বিচার তৌ
কনানা চুম্বগে হাঙদনা।

বিধু। নখোইনা থংনরিবা অসে
অর্থ অমত্তা য়াওদবে
তুমিন তুমিন লৈয়ু তানিংদে।

কোর্কেক শুবা শুদংকে।
মানা, চুমনগী থবক থমা
চংপদা লামলগা খোয়াংলগা
চেংপাক চিনি তৈতে পোৎ
অমা চাঙ্গী হাঙ্গিয়ুদনা
মাতু ওইরবদি মতানিংঙি
অতুদি নৎত্রদুনা, হীঃ
খোইতুম চাঙ্গী খোইতুম চাঙ্গী
হাঙ্গিবা অসিবু ঐবু কবেমনখা নৎত্রা ?

খুম্বীন — চুম্মি চুম্মি
খোইবাক, লাল্লু, কাংসুবী
পমবা য়াই পন্দে।
নংবুতা কবেমনরিবনি,
নং শিবো।
থাম্বা য়াদ্রবদি থৌজিনবা
হাঙ্গিবা অতু মঙাঙ্গিবে।
শিবো ইবো সত্য শিবো।

মা। — নত্তে,— ফত্তেদা ঝা মেন তাখিসি।
ইভাও চাউথোই।
নংস্থু খোইমল্লি।
মীবু খোইতুম খোইতুম
হেক মহাঙ্গিবা হৌনদে।
হয়েং মখৈ খোইতুম ককা
হাঙ্গিদুনা থক হাঙ্গিগনু।
তোকনরসি ঝা অসি
মরিক য়াওদনা

মফোন ঙাক ওইদ্রুনা
পুমপাই পাইখিদৌরে।

জী। হেরা, --নংস্থ বিচার মতৌ চাখিদ্রে;

চাউ। বরিদা ফংত্রিবনো ঐবু খংদ্রে
অমুক্তা তাকখো।
ঐহাক মতুং অসিদি
ববোক খোইদ্রুম
ব্রত কৎপা তারে।

জী। তো, তো, অমুকস্থ হাঙ্গরে—
অমুকস্থ হাঙ্গরে।
নখোইনদি ম্বা অমতদা মথন্নবা,
নখোই ইথং মথংনদ্রেদনা
খোইদ্রুম হাঙ্গবা মিং অসে
ঐগী অশাওবা মিংনি হাঙ্গবা,
অদুগা ইমিং অশেংবনা
জীবন কৌই হাঙ্গবা
মাসি নখোই ইথং মথংলিবনি,
ইথং থংনা থংশিন্নদ্রিবা অসি
নচুবা তেক্কদা নংত্রদো। ইয়া।

বি ঐখোইবু মৈতৈদ মৈতৈ
তশেংবা তারে
ম্নাম্না ইকাইরে,
তুমিন খিং লৈরসে
ঐখোইনা তৌগদবা তৌরসিনে।
ইপা ইপু পুম্নমক
নোংচুপ হারমদগী লাক্কুনা

খুন্দারকপা, পানা মচা ঙাক্তনি ।
লাইগুকশিংনা
খুবম অফবা থিনবকপদা
মণিপুর য়োৌরক্কুনা,
ঐখোইবু মফম অসিদা
পোকপা ঙাক্তনি ।
থাইনা ইপা ইপুনা হৌনকপদা
চানবা অভাব ওইহুনা
যাম্মা ৱাবিনমই ।
অহুগা কালিদাসনা হাঙ্গৈরম্বা
"অন্ন চিন্তা চমৎকাব"
হাঙ্গৈবা অসিনা কনমনখিহুনা
ইপা ইপুশিং অহুনা
লৌউ শিংউবনা মক ওইখিবতনি
থনক অতৈ অতৈদনা
খরা খরা তৈনখিহুনা
তৈশিল্লকপনা
লোল-লি, ফাওবা তৈশিল্লক্কুনা
নৈতৈ হাঙ্গৈখ্রিবনি ।
অহুনা ইঙাও ঙাওনা
পংতৌ তৌগন্নুসি,
খরা খরা ইপা ইপুগী
গুণ ঙাকনসি ,
কবিস্তু লৈত্রবা থবক্কীদমক নফি
হেক মশেমনবা হৌনদে ।
ওকখিদ্রবা জাং নাগিদ্রবা

মী মাল্লি,
হাঈরগদি কোর্ব্বাক পাঈবা
হেক্তা মহাঈবা।

যু। চুমই, বিধুনা হাঈবা অসি চুমই।
ঐখোইগীসে নাৱাংনচিংবা
নাৱাং ঙাক্তনা থুল লিংলে।
কুমুদসু অদু মঙাই।
ঐখোইগী সঙ্গ অসিমক্তবু
অসিমনা হেন্না কৈ হাঈনা
হাঈনিংঙাই করিমতা লৈতে।

না অদুবুনে—মেন্দি ইতা তানদানা
ঐনা হংবনা অমা,
নখোইনা খুম্বনা অমা,
ফি শেমনথিবনা অমা
করম তৌগনি অসিদা।

যু। করিনিনা নংনা হংলিবদে?

না। ঐনা হংঙিবদি—কুমুদ খোইগী খুরাইবুগো
কৈরুংবা অসে
ইন্দোন লৈতঙৈদগীরা করিনো
থরা থরা ঙাওবগুম উরে,
অসিবু নখোইসু অমুম উত্রা
উদত্রা হংগে তৌবনি।
মথা ইতা তাদ্রিঙৈদা
মথে ইমা ম.ফি হেক মশেমনৈ
অসিদা ঐনা করি লানথগে!

অত্নুগী ওইরে।
শেংনা খুম্মুগা হাঙ্গীয়ুগা তৌত্নুন।
মী অপংবা মফি শেমনহল্লিবা।
নপুকনিংদি ইশেং শেংদনা
ঙসাইনা হেক মহংঙ্নুনা,
করিম্নু লৈত্তবা অদুবু
করিগী ইরু লুনা খল্লিবা শারি,
চক্কিনা য়ামশিল্লকপগা,
ইন্দোম্নগা লৈখিদবগা,
মচা ইতাও কুমুদনগা
হাঙ্গীবা ইন্দবগা,
মপাঙ্গল শোঙ্গিল্লকপগা
অত্নুনা মতৌবনি।
অসিবু করি ঙাওবগে।
মাত্নুদি হংদ্রত্নুনা,
অশেং শেংদগী পল্লক্নুনা
অপংবা গাধা অসিনা,
অরেম্বদা কয়া থৎনরিবনোদসে।

চাউ। নংনা হেন্না শিংত্রা চুগুম!
মত্তা ইচা চাদ্রত্নুনা
নং ক্কুথরগে থংগনি ঙসি। (ফি শেম্বা)

অং। পুকনিং শেংবা!
শেংত্রেদা,
নংনা কয়া হেন্না শিংলত্নুনা
ঙাইখো,
ইতাও চাউখোই, জীবন নখোই

মাসি ঐগা হান্না লোইথোকনখিগে। (কি শেং)

যু। অপংবা শা !

নিংথিনা হাঙ্গিহুনা

নখোইনা খংগদবা লৈত্রে।

অপংবা তাকপদি কিন্না থিন্দ্রিবা মখৈ

অমুক খংগদবা লৈত্রে।

চুমনা চুমনা লেপ্প,

নমাই নমাইদা কিন্না থিন্থরগে।

বি। মৈতৈ শেংলে মৈতৈ শেংলে।

মৈতৈ অমগা অমগা

তিন্নবা য়াবা হৌনদে।

অদুগা বা অমসু লৈরি,

মুপী তরেৎ, ক্ষেত্রি মঙা,

বামোন অহুম শোঙ্গবা হৌনদে।

ঙসি ঐখোই মঙা শুন্রি

অফবা থক থোকলোই

খামসু খামলরোই

ঐদি লৈসু লৈররোই।

কোর্ব্বেক পাঙ্গবা ইতোমদা

নাইতোম তাজখ্রগে।

লাইরিক হৈতবা সঙ্গু

নখোইগা অমুক হন্না তিন্নররোই।

নখোইনা থোকপা তৌজহৌরো

য়ৈনগে য়ৈনজো

ফুনগে ফুনজো,

শাগা চপ মান্নরবা

লোল সুদবা লোলাশা !
ঐদা য়াওজদ্রগা লোইরে।  ( চংখিবা )

রি। ইয়া, য়া,
ফুথফমদি মাঙোন্দগী
হৌফম থোকইনা।

[illegible]া। মখোং য়াংবা অমা তাল্লু।
ঙাইখোনে ইবো ! চুগুম !
নুপা খোকলবদি অদুক হল্লকখো নহাই
কোর্ব্বেক পুবা ! কোর্ব্বেক পাঙ্গবা !
( চাউবা চংংকপা )

চা ইবুঙোখোই !
মতৌ অমা তৌবে
ঐ থংবা ঙমদ্রে।

[illegible]া। ইযা,— ঐখোইবু মানা হেন্না
ফিংলবা শারিএ,
রাবোন্দি হাঙ্গদনা
মতৌ অমা তৌবে ককা
তৌরবা শারিএ।
মরোল মুন্না তম্মু বুতু !
মতৌ করি তৌরে,
কোর্ব্বাক পুবদি হল্লক্ত্রুতুনা
কে ফাল যেংবা অমা
লাকইবা অসিবু করিনো।

চা। ইবুঙোখোই !
মী হাক্লা নোক্লগনু
কলিদা খুদৈ কংদবনিকো।

দশা অসে,
নখোইস্সু ফংহৈদে হাঙ্গৈবা
করিস্সু লৈতবনিকো।

যু। ঐ মচিং লাকলেকো,
শোইদে,
মাসি ঙসি নাহি তানি।

চাউ কোর্ব্বাক পুবগী পোক্কুবা!
কোর্ফাল ফেংবা।
নংস্সু পণ্ডিত শারে?
করি মতৌনদি তমদনা
হা কলি, হা সত্য, হা ত্রেতা
কবিগী শাপ ত্তৌরবি।

চা অসোমদগী হস্তে হুল্লকপা,
অসোমদগীনা কাংপাকনা থোম্বা,
ঐনা য়ৈনা কাংক্রম মফোন থোক।
তৌবিস্সু ইবুঙো মরিমক।
নোংপোক নোংচুপ থা,
রাং মাইকৈ মরিস্সু
নখোই মরিনি।
সত্য, ত্রেতা, দ্বাপর, কলি,
যুগ মরিস্সু নখোই মরিনি।
মাইকৈ শুংদাই মরিস্সু,
নখোই মরিনি।
কুমুদগী খোং অনি, পাম্বোম অনি,
মশীং মরিস্সু
নখোই মরিনি।

মহাক্কী কাংথোন মখোং
মবিস্থু নখোইনি।
কাংখন চৈখোক মবিস্থু
নখোই মরিনি।
চেন্দশিল্লকলগা
দোলাইবেং মরিস্থু
নখোই মবিনি।
মহাক্কী মতুংদা
মবী মবী ইনবস্থু
মখোই মলিনি।
ঐগী ইযমদনা
রাম, লক্ষ্মণ ভরত,
শত্রুঘ্ন মবি শুইবিযু
পুকনিং হন্দচাং তিনবিযু
নমাইতা মরি পানবিযু।
নচিন মরি কাংবিযু
বেদ মবি পাবিযু।
বেদ মবি চুংশিনবিযু
রাহৈ অমতা শুইবিযু
কুমুদনা ইনমদা যুবনা
মবী মবী পোমলিবা যেংবিযু
মবিনা অমুক্তা কনবিযু।

(খোইরুম নোক্তুনা) চাউবা।
নরাহৈ সুংগাই ইবো।
জীবন ঐঙোন্দা অছুক হঙ্গংলু
ঐনা কনা গনি।

না। মুংঙাইদা খোইতুম !
দোলাইবেং কাংথন চৈখোক !
জী মাতুদনিনে—নখোইবু শংলিংবা হাঙ্গৈবিবা।
রাহে তবা ঙাংবদা
অফবা তরাগী মসুংদা
যৎতবা অমা অনি য়াওবা অতু
অপংবা জীবনি হাঙ্গৈতুনা
লৌবা হৌনদেনে ইবো।
মতা ইচা চাদ্রদুনা
মী ৎইবা হাঙ্গৈবা অসিদি
মীগী যত্তবতা থিবা হৌনদে।
রাম, ভরত, বেদ মন্ত্রি কবা
হাঙ্গৈবা অতুদি কদৌরে।
নংনা তাহৌদ্রবরা মাতুদি।
চাউ চুমই চুমই ইতাও নারাং।
ঐনা ঙসাই খোইতুম হাঙ্গৈবদা
মফি শেম্বদো কনানো ?
জী ইতাও চাউথোই।
নংসু মশেমই।
নংবু মলোম লৈবিবরা
তক অমুক হৌনরমুসি
মীনা শরণাগত ভক্তি
কৎলরবা অসিদা
হাঙ্গৈয়ু হাঙ্গৈয়ু চাউবা।
চা অতৈ নত্তে, ইবুঙোশিংবো
ঙাংহৌবে কুমুদনা।

ফর ফরবা ইশৈ শকপী লৈহৌয়ে
মুক্তারৈখোই য়াওহৌরে।
ঐঙোন্দা ইবুঙো মরিমকপু
কৌক্ল হাঙ্গৈনা
ঙসাইনা হাঙ্গৈরবনি।
নিত্তিগী মরাকপা অতুদা
লাক্কত্রা হাঙ্গৈনা কৌজহৌদ্রে,
অত্তুনা ঐনা চৈ চাবিবনি।
হৌজিকপু নখোইনা
যেংবিদ্রবদি ঐদি
হিংদবা তারে।

অরি। নাবা, নংনা চৈ চাদ্রবদি
যোং কনানা চাগদগে,
মাসে ঙাইহাক কনবিদ্রবদি
শিবা তাবে, চৎসি। (চৎখিবা)

---

# মণ্ডাশুবা উৎপা

## ( মমলিবা মতম )

## কবোকলৈগী য়ুম

( কবোকলৈ শেম শাবা মশম মনা )

কবোকলৈ । ওম্মোকপনি !
ঙসিদি মতা চাখিদ্রেদা,
হোবেন থেংবস্থ থংদে হাঙ্গৈতুনা
ঙাইহাক্কং উবোল ৫ৌ.গ নিংবদগী,
মীকপ তানা তুমথরুরে ।
ওম্মোকপা মং অমস্থ মংইদা
নুংথিন মংবা মং অসে,
শোঙ্গদে হাঙ্গৈনকো ;
থেংবু থেংগ্রমাল্লে
যুবতী কৌবগা চৎলগে ।

( লোইদা' চংলকপা )

লোইদাং । হা ইবেম্মা কবোকলৈ ।
নহানগী কব্রংগী শেল
অত্থুবু লৈরগদ্রা ?
ইনম্মদি চিনমল্লত্থুনা লাকলবনি ।

ক । ইনম্মা মতা চাখিদ্রেদা,
মীনা চৎলন খোৎলমদাই
মতম অসিদা নৎত্রবদি
শেল থোবা য়াদ্রবরা ।
হৌজিক ভহা তহা তৌখিদম্থু
হুমিং, থা হুইনা চাবরনে করিমো
হয়েং পীবা অত্থু মণ্ডাইদনা করিনো ।

[illegible]। থংলে ইবেম্মচ
হোরেনগা হয়েংগা
লৈরিবা মথৈদি,
ঐগী শেল অসে
ফংগদবা লৈত্রে।
শাউগদবা ঐনদি
শাউদ্রতুনা
শেল তোনবা ইবেম্মনা
থোইনা শাউবিরিবসিবো!
হাঈমা ওকচখ্রেদা!
ক। অদুবু হাঈবা ইনম্মা
নশেল তোল্লি হাঈতুনা
মীনা চংলম খোংলমদাইদা,
মতম ইয়েং য়েংদনা
পংথো থোবা হৌনদেনে।
ইজ্জৎ হাঈবা অসে
লৈবা ফংবা নত্তে
ইনম্মগী মতা অসিদি
চংথোকপদা
মঙ্গল ওইনি
হাঈবা নিংদ্রেদা আচ্ছা!
লো। ওন্থোকপনিদা!
মহা অসিগী খোন্দাদি,
ইবেম্মা ঐখোইদি কম্রং অদু য়োঞ্জরগা
অত্তোংবা থরা অদু
চাজরিবনি।

নংদি ইক্তুং খংবিনি,
ঐগী অহুদি অয়াম্বন্থু নত্তে
হেকমক্ক পীথোকপিরকউ।
মুমিং চুপ্পা
খংনবদা হৌহুনা
লৈরিবা অসিবু করিগীনো ?
ঙকচগ্রে ! ঙকচগ্রে !

ক। ঙাইখো ইনম্মা,
করিগী ঙকপিরিবনো ?
নয়ুমদা শগুন তৌরবরা,
নপোং লাকলবরা,
শেল ত্তোনবা হাঙ্গবা অসিদি
হৌরৈনা,
চাউর চাউরবা মীদস্থু ত্তোমন্নি
তান চাত্রবদি
নিংথৌদস্থু নোংমা মৈতান
বাংলিনা।
শেল থৌবা কাল লৈবনি থংঙু।
মীনা চারমদাই, চংলমদাই
মুমিং য়ুংবা মতম,
সন্ধ্যা য়াচংবদা
শেল থৌবা হৌনদবনিকো !
হাকনা পংহাই হাইগংকস্থু।
বাত্তোন্না বাংলপা
কাকনা ঙেক কমদেক্কুনা
মত্তোন পোক ত্তেকপনি

তোনদেনজগনি।
ইরেম্মা ক্বাক মানবী,
চিন্থিবী, লনশোংপী
হৌনদবা হৌনবা
ময়তম মবাং খংবী।
হৌনবা খংথ্রেদা
নথুংতা শুবা কত্রংগী লমন
থা তরুক তোনবী।
ঙকচথ্রেদা।
ফনেক ফিবান অমা লোনবদা
থা তবেং চংবী!
চংনা নরা থাইনহুনা
মীগী তুশেম মাশেমহুনা চাবী।
ইজং ইরাং হৌনৈ হৌনদে
থিহুনা লৈবিরগনু
কদাইনো
কদাইনো হেক্তা মপীখোরবউ।
অহু নংত্রবদি নফি মুনগনি।
ঙসিদি ঐ হল্লবোইদবনি।
চর হাঈ
চবোই মানবী চিনথিবী
নতিক কবি লৈহুনা।

নংনা হাঈজগদবদা হাঈরু
লাউজগদবদা লাউজরু।
লরাইমচাসিগা,

কনাগী তুশেম রাশেমজববগেহে
নহোইগী নতৈ ননাওবু
শেমদোকচররবরা,
থুনা চৎপিগ্রো চিনথিবী
অতু নৎত্রবদি নং ঙসি
নঙকশমদা তুরা য়ানশিন্দুনা
কৈশুম শং য়োৗজগনি।

লো। অচ্চা চা। —তৌবা ঙমখ্রেদা
লৌরাই নিংঙোন
কাক মানবী চিনথিবী সিদে।
লোইদাং ঐথোইগী মাংদা
মঙকপু হাঈগৎপ। শারিএ
শীয়ু শীয়ু হুরানবা তুক শীয়ু।
নতিক থোকলবদি তুক শীয়ু

ক। হুরানবী, চিনথিবী।
হোঃ লৈকাই লৈকাইশা
ঐগী যুমদা হুরানবী অমা চংলে
হুবানবা ফারে, হুরানবা ফারে।

লো চিনথিবী, লনশোৎপী,
ইকাইদবী মাইথাবী,
হুতি হৈবীসিগা।

( ফিংনা যুবতী চংলকপা )

যুবতী করিনো তৌনরিবা অসিবো,
ইন্দোন লোইদাং,
ইনে কবোকলৈ,
মীগী মাংদা করি ককজবগে।

য়ুমলোন কৈরোনবা খৎনরদা
মুপীনা কোইরাও লাউবা অসে
সঙ্গ তৌদবা মী মাগ্নি
ফজদে খৎনবিস্নুদা।

লো। হোইনে ইবেম্মা,
ঐখোইদিনে সঙ্গ তৌজদেনে।
নখোইগী হৌনরোল
শক্তী কৈথেল কাজদেনে।
ইরল তোনবগী চুমনা থৌজবনি।
শিকি অহুমদা তোনববু
শিদ্রি ফাওবা শিংবিদ্রে,
শিক্তনা হেক লৌগনি।
হয়েং নোংঙানদ্রিদৈঙদা
থোং হাংলগদবনি,
সঙ্গ তৌবা ইবেম্মখোই
খংজো ঐ চৎলে। (চৎখিবা)

ক। হাঙীগে মথৈ হাঙীজরু
কৈরুংফমদসু হুংগৎচরু
য়েন্জুংফমদসু তাকচরু
শুকপীবু পীরোই
শুকতোনসু তোন্দে
শুকশিংসু শিংলোই।

যু। ঙাইখো ইনেতোন!
করি তৌনরবগেনে
নখোইনা অমুক খৎনরিবা অসিবু,
মবোনবু মুম্ন। তমখোনে।

ক। কৈদগীনো মা
ঐনা ঙসাই নখোইদা লাকলমবদো
অত্থদগী হল্লকলগা
ঙাইহাক্তং তুম্মুইনে,
ওস্তোকপনি !
মংদস্থ মী খংনরমই
মংলাকনগেস্থ তৌরমই,
উচিন্না মীকপ খোকচত্থনা
হৌগংলমবদা ঙাইরি,
ইফি ইরোন শেংলগা
নং হৌজমত্থনা চংলগে
হাঙ্গনা মন লুংঙাইনা
থোরাং তৌজন্নিঙৈদা,
মাগী কত্রং ইফংস্থ ফংতবা
লংখাই অহুমদং শোংলিনে
মমলস্থ লংখাইদা
শিকি শিকি শিকি অহুমদনি
ঐস্থ নোংমা মপীগে হাঙ্গনা
অস্থম তৌত্থনা লৈবদগী ঙমহৌদ্রে।
হৌনৈ সংসার অপুম্বা অসিঙাক্তনি,
ঙসি হরাও হরাও তৌজন্নিঙৈদা
মহাক্না হাকমল্লমত্থনা
ইনেস্থ কম্বী হেক হৌরুরে।

স্থ। ইনেগী কম্বী মফত অসিনা
খংনবদি ইনেনা হৌরুবিনি।

# ইশৈ

## দুর্গা কারফা

নত্তে, নত্তে ইঃ হে লাল্লেদো রাখল।
নিংথিনা খংজরে ইনে হল্লেনে পাঙল।
মতম তাঙ্গা য়েংবিদে, অয়াম্বা শেনবুস্থু নত্তে
পংথৌ থৌই তোল্লি হাঙনা মাহাক্কী মরল।
ইপুক অসি মুংশিরে নংস্থু মাগী মিচং ওইরে
তোল্লি তোল্লি লাইরবসে লৈতবা ইরল।
ঐনা করি লাল্লি লাল্লি খল্লু নংস্থু তারে হারি।
অহৌশাগী মাগিনিনে তৌজবা নাপল।

যু।  হেরা,—ঐনবু মাগী মিচং ওইবমনে
মাগী শেল অতুবুদি
ইনিমৌ তাঙ্গা মা য়েংলগা
হেক মশিংদোকশি
থেংগ্রে চংসি
ইশৈতুম তারুসি।

ক।  ফরে চংসি চংসি ইবেম্মা।

( অনিমক চংথিবা )

---

## ২বা মতাং

### ১বা উৎপা

মুমিদাং

বিনোদ কৈরুংবগী য়ুম।

( কুমুদ, জীবন, নারাং, মুগ্নীন, চাউবা,

চাউথোঈ, ঈশৈশকপী লৈরম্বা। )

কু। কদাই চাউবা!

ইনে রুবোকলৈখোইদে ?

চা। ঐনা য়াম্না লুনা

লুনা লাকউ হাঈরম্বনি,

হৌজিক ফাওবা লাক্ত্রিবা অসি

ঐসু খংদ্রে ;

( শোনবা ) থবকনদি তবা ফাং

ইশানদি ইরোনদোম

পুমওকপু ওকশিল্লকলে।

( ফোংনা ) ইঃ অতুগা য়েংঙোই ইবুঙো

বাতা অমা লৈরে্দো।

কু। ( ফিংতকনা ) করিনো করিনো চাউবা

হাঈয়ু তাসি।

চা। হৌজিক হাঈবা য়াদ্রি।

হোরেন ইশৈ লোইরগা।

কু। করিনোনে ইনো!

তানিংবনা শিগদোম্নে নহাই

থজিক্তং কাংঙদনা।

চা হৌজিক খাংবা য়াড্রিয়ে
হোবেন ইশৈ লোইরগা
কাংঙগী শাজং ঙমজবী
অমগী রা পুমকাং কাংজগনি।
তখেল্লম্বম কবোকলৈ খামহৌরগা
মমাংদা হাঙ্গিগে।

( কবোকলৈ, যুব ংছকপা )

কু এঃ—ইনে কবোকলৈ লাকলে।
অচংবা মীগী রা
ঙাংনগনু হাঙ্গিবা চুমখ্রেদা।
ইশৈ হৌরো, ইশৈ হৌরো।

ইশৈ শকপী।

## ইশৈ

### বসন্ত তেওরা

কৈদগীনো অমুবা চেকলা
মরক মরক্তা উৎলরিবা
মীনা মমিং কোকিল কৌনৈ
বসন্তগীদি চান্নখোইবা।
উচেক নশক নচুদি পান্দে
ফজবা চেকলাগুম চৎপস্তু উজদে
অহিং ইচিক হুল্লকপা মতমদা
নুংশিবা সুরনা খোংগল্লিবা।
নংগী নিংথিবা খোনফমতুবু
করিদা প্রমাণ তৌসিগে
পুকনিং হুনা নুংশিবা যন্ত্রগী
পঞ্চম সুরবু ঙমজরিবা।

শামৌ সুজা খন্দবা খিবিকনা
নখোল তাবদা পুকনিং সুংঙোনবা
খাইনবশিংগী থম্মোয়নুংদা
মৈনা চ্রকপগুম থোকলিবা।

## ইশৈ

### কাশ্মীর খেমতা বসন্ত

তপনা তপনা মালংনা ছমলকপা
খাইনবশিংগী থম্মোইদা চাকলকপা
নুংশিবা মৈচাকনা খুদাং পিফম তৈবা
নিংথিবা বসন্ত লাকলে।
ফুগাঈনা শাৎতোকলে মাধবী মালতী
লৈহাও সেউটী গুলাপনচিংবী
কদমগী লৈকাদা খোইমুগী মরুপনা
নুংশিবা ইশৈবু শকলকলে।
রাহোংনা শাবা জগোই উবদা
ময়াই কাবী লৈশাবীশিংনা
কোকিলশিংনা শকপা ইশৈ তাবদা
মপুক্কা নিংবা ইশৈ শকলে।

( ইশৈ লেপ্পা )

কু নুংঙাইরে ইবেম্মখোই !
হয়েংমুকন্সু শকথিগনিকো
সে সে লুপা লৌ। ( পীবা )
ঙসিদি চৎলো,
ইতাওখোইন্সু
অতৈ অতৈন্সু রারৌবিগন্সু
অসুম লৈজহৌরগে

থিনদোকচববোই।
ইনে কবোকলৈথোই দি
চাউববু থিলহনগে ঙাইখো।

ময়াম। য়াম্না ফগনি।

( কবোকলৈ, যুবতী, চাউবা, কুমুদ নক্তা অতে অতে থোকখিবা )

কু। চাউবা।

চা। ( কুমুদগী নাকোংদা লোম্না হাঙীবা। ইঙ্গিতনা কন্যাগী মশম শাংবা তাকপা )
(ফোংন ) ইসঃ যজবনা মহানি।

কু খংলে চাউবা।
মং ইবেম্মা যুবতী খরা থিল্লু।
ইনেদি ঙাইথোকো।
বা অমা ঙাংনখিসি।

( যুবতী চাউবা চংখিবা )

ইনে!
চাউবনা হাঙীবা অসি অচুম্রা?
কয়ুম মচানো?

ক। ব্রাখোংদি ইথং খংদনা
ইনেবু বরি খুম্মুগে,
ঐদি তখেল্লম্বম নিংঙোন
ননেনিনে।

কু। থুপকল্লুদা ইনে।
চাউবনা ঙমনা হাঙীরমলেদা
ইনেগা ফি লোনমিন্নবা
লৈশাবীহুবু
কনানো হাঙীবনি।

১। ওবম নিংঙোননি।
ঐখোইগী ইবুংশিং থোকপা
ওবম বীরগী মচানিনে॥
অহুমতা পোকপী
মমা মপানা
লুনা থমজথবীনি।
করিগীনোনে
ঐখোইগী ইবুঙোনা
হংলিবা অসিবো?

২। উম উম মিংশিংলকলে,
ই য়াম্না মুম্না খংডি
মশক মতৌ য়াম্না নিংথিজবনি।
হাকুম অমা ওইরমাল্লে
মহাক্না ফিদোন
চিংখৎনিং চিংখৎমাং
তৌবা কাল অহুদা
ঐখোয়গী হিদেন্দা
ইকুজবদগী ইরাকনহুনা
ঐনা লৌখৎপিখিবনি
কুমশিদি চাওররিনি।
মাদো ইনে
ঐ লৌরগে
লুপা চংগে হাঈবা মখে
চংজসনু
ঐনা শোঙ্গদনা লৌরগদবনি॥

অতুনা ৱা য়ামনতুনা কাম্নদে
কদৌডৈ ঐহু
লাকউ হাঙ্গবগে ইনে ?
ক। করিনো—ঐখোয়গী ইবুঙোখোইগী
মতৌসিবো
চানবা হৈ লৈদৌনা
হাঙ্গিবিবসিবো
ঐগী ইমৌদি
অতু ককা য়াবা নত্তে।
মমা মপানা
লুহোংগনি হাঙ্গনা
থমজবিবনি।
কু লুহোংলবস্মু মাগী বোবদি
ঐনা ওইগনিনে ইনে।
অহানবদা অবোনবগী ভাবতা
অতুক ৱা খলম্মু,
শোইববদি
ইনেগা ঐগা
হন্দক লোইনবে।
ক। তওাই যদেদনা
অতুক হংলমখিগে
ঐ চংলগে সে,
ইমাই পেম্মা
যুবতীনা
শা শারমগনি
থেংথ্রে। ( চংখিবা )

খ। ইনেকো কো
শোইবা য়াদে কো,
কাউবা য়াদে কো
কো কো ইনে কো ( চংখিবা )

---

## অনিশুবা উংপা

অয়ুক

( কবোকলৈগী যুম— কবোকলৈ, বন্ধ। )

ক। ইবেম্মা !
ইনেদা নংবু লোনজামনা
হাঙবিয়ু হাঙনা লাকপসি
মশীং নাইদে।
অতুবু ইমোগী মাশি রূপ গুণগা
য়েংনবদা অমতমক
মতিক চাবা য়াওরমদবনা
ইনেনা খক থো শারমদে
হন্দক্তি ইরুজনিংবগা
খোং তেকপগা
মপা চারে হাঙতুনা হাঙবনি।
অতুনা মুম্না তাও,
ঐ অসে নংঙীদমক্তা
ফননবা খন্দুনা লৈরিবনি,
ফজনবা কৈদৌঙৈদম্ভু হাঙরোংদবনি
ইনে ইখন খন্দনা নত্তে

য়াম্না মুন্না বিচার তৌরগা
হাঈরিবনি।
সে সে,
হেক চংখিবদা
ইগৌবু নুংঙাইনা
থম্বা ঙম্ব',
থৌদাম কুমুদ অসে
মশক মতৌম্ বাস্তে,
নবল মথুমম্
হৌজিক শাল ভসিদা
ম'খোই অসে মঙাইদো।
ইনেনা নংবু
মাঙোন্দা থাজগে অসুম নিংলে
কবি হাঈবগে নংনা ?

বন্দা ইনেতোন। —ঐদি নুপা মশক পংজদে
মশকমূ থজদে।
ইনেতোনখোই খ্বাই,
ইমা, ইপা পুম্নমক্না,
অসুম ফৈ হাঈনা
খন্দুনা থাজবা নুপা
অদুতগী মনাই ওহনগনি।
ইনেতোম্নবু দি
ঐগী ফননবা খনবিদ্রবদি
কনানা খনবিগনি।
ক। হাঈ অপংবী !
লোম্না চেল্লুনে

নমা নপাদসু রাই চিন্দবা
মাতুনা ফৈনহাই।
ঐনা খনবদা
অসুপ খুদোং চাবা নুপা
বাল অসিগী
মঙান যবা থাঙমৈগুম্বা অসে
পংনা থোকলোইনে।

খম্বা (শাণ্ডবপনা) ইনেতোন।
ইনেতোনবু মৈক্তে চম্নু নৎত্রা?
কবিনোনে
ইনেনা নুপীদি ঙইবগা
নুপীগী মগুণ
অসুপ মাংহনবসিবো।
তোনগ্রেদা ইনেতোন।
ইনেতোন্না হাঙ্গবিবা অসিদি
ঐগী ফননবা নত্তে
ঐদসু নত্তনা
খুঙ্গং খুঙ্গং করিনো।
নৈবাক অসিগী
নুপী পুন্নমকী
চাং তাননবা থবকনি।
ঐহাক অসে—
পিশক পিকলিবৈদগী হৌনা
ইহৈ ঈশিং পুন্নদক
ইনেতোন্না তম্বিদুনা
লাকপিথিবনি।

অতুনা ইনেতোম্না হাঙ্গৈথ্রিবা অসি
হন্দক মুক্তদি তাজবে।
য়াম্না ৱানা তাজরবনি
মাতুদগীদি
মখা তাবা তৌবিবন্নু।
নমৈ ঐবু নুংশিখিয়ু,
করিগীদমক
নমৌ ঐবু মীবাইবিতুনা
মীগী মচাবু নিংবিদ্বিবগে ?
ইনেখোইনা
চৎনবা যাবা ৱা তাকপিবদা
ইশ্লোইদবা করি লৈবগে ?
ইনেনা হাঙ্গৈবা ইম্ফে হংঙ্গৈতুনা
শাওবা তৌবিগন্নু।
ইমাস্থ য়ুমদা লৈহৌ'দ,
পাবুংস্থ লৌবুক কুমখি
য়ুমদা মী কনামতা
লৈহৌদে।
ঐ চৎলগে ইনেতোন।

(চৎখিবা, কুমুদ অমবোমদা চংচকপা)

কু (চেপনা চেপনা য়েংবা) এঃ এঃ শোনবা)
মানিদনা,
তিংদা য়াংদানা ফজরিবা
তুংযান
মুপী মচা ওইবগী
অসি মঙাইদনা।

মশকস্থু মফৈ
কুচু কুমেন ঐনা পামজৈ
হাঙৈবা অহুগী মখৈ থেংলদনা।
(ফোংনা) ইনে !
ঝা খরদি হুৎপিশ্রববা ?

ক হোই,—হুৎলুবদগী পুমহো হোবিএ

কু অং অং ! হোনবে
কৈদৌঙৈ
কৈদৌঙৈ চেনসি হাইনখ্রবগে ?

ক । মাদোনগী লম্বেন্দো
যাম্না থাপনখ্রে ।

কু কোইহনগন্নু ইনে ।
যুমলোন অমনিদা মখনৈ,
ইংখোনন্নুং ফাওনহল্লবদি
মাখোইদগী ঐখোই যৌবদি
মিৎপু কুপহৌরোই
হেক্কা মযোগনি ।
অসিদা ইনেনা লম্ফে কদোমদা
পুরগে হাঙৈবগে ?
নংগী নগুণ থংবা ঐনি ।
নত্তে ঐখোইগী ইবুঙো ।
পংফিং ফিংখিন্নু
ঝা লৈবিনে ।

কু হাঙৈরো তাম্নগেনে।

ক অপংবগুমনা অরোনবদা
ইংখোন ফাওনরবদি য়ারোইদৌরে

লৈবাক্কী শোরোক
লুহোংদ্রবদি
লৈবা ঙম্মোই খাঙ্গৈরিনে।

কু। মাতুনিনে ঐনা হৈনগ্নিবস্থ
লুহোংদবা মুপীবুদি
লৌবা হৌনদে,
মাতুমকনি ঐনা পামলিবা!
মসি থোকননবা,
ইনে কবোকলৈনা য়েংবিয়ু।
শীনবা মখৈ ইনেগী নথোনি,
তিংলিবা মখৈ ঐহাক্কী
মুপা মচা থোদাংনি।
অস্তুম কৈ হাঙ্গৈবতা তৌবিবো।
করম তৌসি হাঙ্গৈবগে,
ঐগী ইপাদি
নংগী সাধু বাবানি হাঙ্গৈয়ে
কবি হাঙ্গৈয়ে
শামরক ঙামরক অমগী
মনাক্তদা চত্তুনা লৈরে।
ইনে কবোকলৈনা
ঐহাক্কী অরোন অফোং
মপী কয়া শকপিরো।
ফগদবতা য়েংহুনা তৌবিরো।

ক। ঙাইখো ইবুঙো!
অতৈদি শাইরি
য়া অমা থত্তুনা হংখিগে।

ঐনা য়ামনা থংনিংবা অমা লৈরে।
নংগী সাধু বাবা হাঈবসিবু
কনানো করি জাংনো,
হৌজিক মহাক্কী ময়ুম কদাইদা লৈবগে

কু মাসি, — শামরক ঙামরক হাঈবহুনি।
মাগী অরেপ্পা পরিচয়
কনা অমতনস্থ হাঈবা ঙমদে,
কনা অমনা হাঈ
নুমিদাং নুমিদাং
গোংফমদা তুমই,
কনা অমনা হীয়াংথাংদা
লৈ হাঈ,
অদুগা নোংমস্থু
য়ুম্ফাল, ময়াং য়ুম্ফাল অনিদা
মতম অমতদা, চপ মান্নবা
উই হাঈবস্থু য়াওই।
থাইনগী অহল লম্মন খরনদি,
স্বয়ং মহাদেবনি হাঈবস্থু য়াওই,
ঐদদি ময়ানিংদ্রে,
মৈতরবাক য়েংবা লাকপা
মীরৈবাকচা তাং তৌবনি
হাঈনা নিংঙি।
ঙাইখোদা ইনে মাগী মাথমথিসি,
হৌজিকপু করম্বা উপায়
তৌসি হাঈবগে ?

খ। ভাইখো,—ঐহাক মমা অমুক্তদি উনখিগে
খোংনা হেক্তা মচুতানা
হাঈসি হাঈরবস্থু
মমাতদ্দি
ফাজিনবা য়াত্রা য়েংখিগে।
করি হাঈবগে?

কু। ইমে কবোকলৈ!
ব্বা অসে
ঐভোন্দা অমুক হংবিরগনু
ইনেনা অস্থুম ফৈ
হাঈবত্নুতা মতৌবিখ্রো।
ঐদি কবো কদোম
ওব্বা কদোম
হাঈবত্নুদা লৈজখ্রগে।
শেল তিংভমদ্দাইদতা।

ক। এঃ! ভাইখো
ইনে চমনা থংলে
আ—দো
তুপী অমা লাকইবসে
ইনম্মা লেম্বী ওইরমাল্লে,
ঐ ব্বা খরা হৌখিগে
ইবুঙো চৎলো
অস্থুম নাকোইরোমদা থোকখ্রো
উনরুমুকো।

খু। ইনে কো কো
শোঈবা য়াদে কো। (চৎখিবা)
(লেম্বী ১৬কপা)

| | |
|---|---|
| ক। | ইনম্মা কদোমদগীনো |
| | তৌরকলিবা অসিবো ? |
| লেম্বী | কৈদগীনো ইবেম্মা। |
| | ইনম্মা কোনচাক্তা চৎলুই, |
| | নমৌ য়েংগে হাঈহুমা |
| | অমুম ফাওরকলিবনি। |
| ক | হৌজিক্তা লৈরম্বদগী |
| | চংখিবতা মণ্ডাইদি |
| | হিঃ লুখৎত্রেদা ইমাইপেম্মা |
| | ঐগীদা লৈববো |
| | করিগী থিবা শারিবনো। |
| লে | ইবেম্মা নংগী ননাক্তা লৈবর্বু |
| | থোইদোক্না থিবা নত্তেদা, |
| | করিগী থিরুগদগে। |
| | মাগী পাবুং হল্লকলগনি |
| | অতুগী মতৌবনি। |
| | নমৌ অসে চাউশিল্লকলেদো |
| | থাজ য়োনজবা কাল |
| | য়োরকলেদো। |
| ক। | হোইনে ইনম্মা |
| | ঐসু অমুম অমুম খল্লমই |
| | ইনৌ অসে |
| | রাশি, রূপ গুণসু চংথোল্লি, |
| | মহৈ মশিংসু হৈগল্লি। |
| | অতুগা |
| | মহাকপু হাঈবিয়ু হাঈহুমা |

খোদাম বিনোদ কৈক্লংবগী মচা
কুমুদ কৌবা অসৈ,
ডাহাক লৈতনা লাকইবা ঙক্কগ্রে,
নোংজু মুংশা থাকখিদ্রে।
তৌবদি ইনম্মা
মমাসু লৈত্রেদো
মপাসু সাধু বাবা
খন্দুনা লৈথ্রেদো,
সুপী অমা খিরুবসু
মপুক চাদত্তুনা থাইনথ্রেদো,
ঐদি খুম্ফমবু খংদ্রে
মহাকনা হাঙ্গিরিবসে
অরোল অথুপকী ভাব নত্তেকো
অতুগা ইনম্মা,
হৌজিক কালগী
ইনাক কৈরাক খুনবা,
ইমৌনা চৎথ্রগা
মনিং তুক তৌজকগদবদি
মাসি থোকইদা,
ঐদি ফগবা থল্লি।
ইনম্মখোইসু মখল্লু
শরেংসু থোংবা,
থাওসু ঙৌবা
থোকপ্রা নিংডি।
অফবা মত্তা চাবা হাঙ্গিবসে
তাপ থেংনবা য়াদে

ফনা ফৈ ইনম্মা,
মাঙোন্দতুম পীরসিনা।
লে হা ইবেম্মা !
ইনম্মনা ঙম্বা নস্তেদো
মাগী পাবুং লৈরিদো
ঐসু ফগবরদি খল্লি,
মপাদা ঐ নং চংতুনা
অতুক হাঙ্গৈসি।
থেংথ্রে ইনম্মা চংলগে।
ক ফগনি ফগনি ইনম্মা
ঐসু ইরুক্তরুখিগে। (থোকখিবা)

---

## অহুমশুবা উৎপা

### লম্বী

লৌ কারকপা কাল
(লৌমী পাখং ময়াম ইশৈ শক্তুমা লাকপা)

## ইশৈ

### রামপ্রসাদী সুর আড়া খেমটা

ময়াম মতম অসি মন লুংঙাইরে।
অয়ুক লুমিদাং অনিমক্তা
চাবা থকপা ইহাও হাওরে।
ইশা নহা ওইরিঙৈদা
য়েত্তা শাজৈ, ওইদা লাঙ্গোল
মাংদা ষণবু থারক্তুনা।

পুকনিং হয়াউ ইরোইনন।
অচেৎপা রাখন খন্দূনা
ইমা ইপাগী সেবাবু
ওমজনবা তৌজগনি।
ইমা ইপা অহল লম্মন
লাই গুরুনা পেনবিরগা
লৈশেম্বিবা তাইবংগী
মপুনসু চানবিগনি।

(বিনোদ চংঙকপা, ময়াম্ন খুরম্বা)

বিনোদ ইচাশা,—নখোইগী নতৌসি উবদা
ঐহাক্কী পুকনিং অসে
ওন্থোকনা মুংঙাইখ্রে,
ওন্থোকনা পেনখ্রে।
নখোই,
ঐগী ইচা মুপা
কুমুদ কৌবা অদুদি
থংনবরা ?

পদ্ম। ঐখোই য়ামনা মুগ্না থংনজে।

বি। মহাক্কী মরমচৎনা
ঐহাক্কী পুকনিং অসে
ঙাইহাক্তংদা
মুংঙাইবা ফংদত্তুনা লৈরবনি।
অদুবু ঙসিদি
নখোইগী অতিংবা পুকচেন,
অহল্লম্মান শংবগী মতৌ,
অসি উবদা

পুকনিং অসে
ঙসিতা অরা পোৎথাবি।
ঐমক্তস্ অসুক মুংঙাইরবদা
নখোইবু পোকপশিং অতুনদি
কয়াদা মুংঙাইরবিগবা।

প। খুরা ইবুঙো?
ননাই ঐবু খংবিদরব্রা?
ইপা ইশাগী
মপুকনিং মুংঙাইবিগনি হাঙবা
রাহৈ অসি তাবদা
ননাই ঐগী প্রাণ অসি
পুবা যাখিদ্রেদা।

বি ইবুঙো নংবু কনানো?
খুবাদি বুদ্ধি লৌশিংনগা
খবা মাংলকপনে
খর খর ঙকলেমা।

প। ননাই ঐহাক নিংথৌজম মচানি,
ইমিংনা পদ্ম কৌজৈ,
ঐবু পোকপা ইপানা
যাদবসিং কৌই।

বি রাবৌগণু পদ্মসিংহ,
মী হাঙবসে
ঈশ্বরগী ভক্তিদা নংত্রবদি
অরানবগী মশকনি।
ঐদি ঐগী ইচাগীতা খন্দুনা
নখোই পুম্নমকপু

মপা লৈবা মচাঙাক
ওইনা খল্লুরে।
নঙোন্দদি হিদাক থকপদগী
খংহৌদনা হকচাংদা
টিকি তাবাগুম থোকউবে।
হরাও হবাও লাকচবা
নংগী মুংঙাইবা মাইথোং
ঙাল্লম্বা অতিযাদা
পস্থৌ পনবগী অবাবা নোংনা
মংবগুম মুংবংনখ্রে।
আঃ খল্লুবদা মুংঙাইদা
নংবু পোকপী নমানা
হিংহুনা লৈরিবা অসে
নংগুম্বা মণি যংবন ন।
সংসার অসিদা,
মপাগী গুণ খংবা মচাদি
য়াম্না তাংনা থোকই।
করিনা,
পা দগী চা পোকই,
চা অসিনা শোইদনমক
খল্লুবা অমুক লৈতনা,
পা হাঙবা মিংফম অসি
তংঙাইফদনা ওইগল্লি।
নখোইদি
হৌজিক্কী মতম অসিদা
মুংঙাইবা কাল ওইরি,

নখোইগী মতম অসিদবু
অহল লম্মনগী সেবাগী
লম্বী য়েংগে হাঙ্গনা
নপুকনিংদা নিংলিবা অদো
মাতুবু পিনবিরিবা
জগৎকী মপুবু
বিনোদ ঐনা
হন্না হন্নমক খুকমজরি।
ইচা শা!
নখোইগী থবক পল্লগন্নু চৎলো।

( মযামনা খুরমতনা থোকখিবা )

বি। (শোনবা) হা কৃষ্ণ।
নহাক্কী লীলা অসে অঙকপনিদা।
অঙাং ওইবগী পুক্কচেন্না
অতিংবা উত্তুনা
মপা মপু নিংলিবা
সংসাব অসি
সনাগী মতৌগুমনা উৎলিবা
ফক্কেদা নিংথিদা।
অসিগুমনা ননাই
কুমুদনা চৎলিবা
ফত্তবা লম্বীদগী
মমাই অমুক্কা ওনবিন্নু,
ননাই ঐগীদি
গতি লৈজদ্রে।

## ইশৈ

### ভৈরবী, তেওরা

জয় জয় হরি মুকুন্দ মুরারি
থৌজাল হৈবা হরি নংনা
অঙকপগী লীলাবু শান্নরি।
হরি নংগী নগুণবু
মতৌ করমনা খংমনি।
পাপকী মপোক বিনোদনা
নখোং থন্নাল অনিত্তুবু
হন্না হন্না খুরুমজরি।
ইবুঙো নহাকনা চানবিয়ু।

( চংখিবা )

---

## মরিগুবা উংপা

### বীরগী যুম

( বীর লাঙ্গোল পুত্থনা লৌবুক্তগী হল্লকপা )

বীর। হৈ হৈ, হৈনহাই,
চু অসি লোইবে
শম্বল খাই হাঙ্গীবত্তু মগুাইবে
হেক্তা মনমথেকপা।
হা ইবুঙো। লাকইবা,
ষণ অবাংবী অত্তুদা
থব তাম্মোকউবা।

পদ্ম। (মনুংদা) ফনি, ননাই ঐহাক
ষণসেন লেংনি,
শাবল তান্না হোইদোকগ্রগে।
বীর। মরম ওকইদা,
ইবুঙো নংবু কনানো?
প। (মনুংদা) ননাই পদ্মনি।
বীব। (শোনবা) মরম ওকইদা নহাসে
মরমচং য়াহৈ খোনফম,
ব্যবহাবনা খংলিবা
ফজরিবা।
(ফোংনা) হাই কৈ চংথ্রে মী লৈত্রা?
(লেম্বী চংকপা)
লেম্বী। করি ওইরবনো ঐখোই লৈজে।
বীব। সে সে থমজিল্লু।
(লাঙ্গোল পীবা, লেম্বীন থমজিনখিব)
(শোনবা) লৌউবা হাঙ্গবা
নুপা ওইবগী শিনফম অসে,
য়াইদা। কুমশিদি
মুংশাশিবু থুনা হাইগংলকইদা।
(লেম্বী থোরকপা)
ইবেম্মদে?
লে। মনেতোনগীদা ফনেক লোনবা তম্বা
চংলুবদগী হল্লকলবনি,
লৈরিগনি।
বী। হাঙ্গ হাঙ্গ,
চাউরক শাংলকলবা

# সতী খোংনাং

থাজবা য়েংঙবা কাল য়োরকলবদা,
অঙাংবু য়ুমদগী
পংচৎ চৎথোকহনগনু ।
অস্থুক কুইরবসি
হাঙৈবা হাঙৈজদ্রি
ঙসিদি ঐস্থু ব্রা খরা হাঙৈজগে ।
মচা মুপীগী বিকাব,
নমা ঙইবী ঐখোহনা
থংজবা হৌনৈ ।
ইচাসে,
থাজবা মতম ঙইরকলে ।
মাগী পাবুংখোইনা
করি খনবিরিবগে,
ঐখোন্দা হাঙৈরবস্থু মশীং নাইদ্রে ।
মচা থাজবা হাঙৈবসিদি
থবক্লা পনজাঙনিনা
মুপাগীনি হাঙৈতুনা
নখোইগী য়াকা ঙাইতুনা লৈজরি ।
চুমই । —ইচা থাজবা হাঙৈবসে
লৈবাক পুম্মমক্কীমক
মতু মচা মক্লপ মপাং,
নিংথিনা ভাম্মরগা
থাজবা হৌনৈ ।
মাগী মুমিৎ শুদ্রিদনা মতৌবনি ।
তম্না থোকনা
হাঙৈরিবা অসিগী মনুংদা

পুকনিং চাব অমা য়েংহুনা
হেকমক থাজরগনি।
পোকপা, লুহোংবা, শিবা
অহুম অসে
মীনা ভম্বা নত্তে,
লাইবকনা তম্বা ভাকনি।

লে
মথন্নবা হাঙ্গৈবহুনি
ঐখোইনা হাঙ্গৈবা অসিম্বু
খরা খরা মতাবিয়ু,
মভা তরা হাঙ্গৈররিবা
অসিগী মনুংদা
অমতংদি ফনা মতা চাই,
মাসিদা পীরবদি
ইচাবু মনিং খরা থুংনা
শেংপা, চাবা,
মবাং ফাইগত্রা নিংজৈ।

বী
খব খবদা নত্তে
য়াম্না মুন্না ভাগনি,
করিনা
ইচাগী মরমদম্বু নত্তনা,
অতৈ অতৈ হীরমদম্বু ;
সংসার অসিদা
নংগা ঐগা নত্তনা
কনাগা তাম্নরুগদগে।
মতা চাই হাঙ্গৈরিববু

ফনানো
হাঈয়ু তাসি।

.ল।
হৌজিক কাল অসিদা
ইনাক কৈরাক খুল্লিবা,
তৌবসু শুমলিবা,
মপানসু মথন্তা পোকইব,
মনিং মথান্সু তমলিবা
থৌদাম মচা কুমুদ
অসিনি।
অসিগীদমক
মনে কবোকলৈনা
বম্না হাঈরি।
ঐনা খঞ্জবদদি
মাঙোন্দা পীববদি
ইচাগী মরাইবক ফগত্রা
হাঈমা খল্লি।

পী।
কদাই
নংগী থৌদামমচা
মমন য়াওদনা মী অসিবা,
নংনা ইচাগী মরাইবক
ফৈ ককা হাঈনা
তৌবা শারিবো।
ঐ করিমতা তাজনিংদে
কবিমতা য়াক্সনিংদে
নংগী ইনাক কৈরাক খুনবা

ককা অসে,
ঐ স্নুকপাম পামজদে।

লে।

মখনবিয়ু,
মুপী মচানি হাঈহুনা
ঐখোইগী ৱা ইলো লৌবিদবা
তৌবিগনু।
চেকশিল্লকলগা
মনাই খাউ পুবতন্তু
ৱা তান্নৌ হাঈবা নৈরিবনি।
ইচাপী মরীদদি
অনিস্তু স্নুজদবনিনা
ঐখোইস্তু য়ামনা মুন্না
মতুং য়েংজহুনা খঞ্জবিবনি।

বী

ইঃ খোল অসিদে,
ৱাখল্দি ইতৌ তৌত্রহুনা
তাও লেম্বী ৱা হাঈগে।
নখোইগী অহল লম্মনদো
হুহন কাবা মীরক ভিনবা
শাগৈনি হাঈহুনা
ঐগী ইমা ইপানা থিরুহুনা
ৱাংখৈ কোইজম নৈকাইদগী
কোইজম নিংঙোল নংবু
লুহোংহুনা লৌবনি।
হাওবম বীর ঐগী ইয়ুমদা
লাকৈংদগী ঙসি ফাওবা

নচা লৈশাবী ফারবা ফাওবা
অসিক্তা.
নৱাহৈ অশাওবা অমতা
ইনাকোংদা তারক্তি্র.
নপা নপুগী গুণ ঙাক্তুনা
লৈরিমাল্লে হাঈনা থল্লমই।
আঃ ওন্থোকনা পংনা
লৈরমলেদা.
নহান মখৈ ঐহাক
তুম্বা গুম্বা তুমিম্বা
ইমম মমনা লৈরমলেদনা.
ঙসি নৱাহৈ তাবদা
মীকপ থোকলে
সংসার অসি
থাঙ্গৈশেংবা মায়াতনি হাঈবতু
তশেংনা শোইদ্রে থল্লকলে।
সংসার হাঈবসে মুপীনি
মুপীতবু সংসার কৌনৈ।
নৈতৈ মুপী লৈবনা
মণিপুব অসে
নৈতৈগী সংসার লৈরিবনি।
অসিগুম্বা মুপী নখোইগী
নপুকনিং নরমচক্তদি
শিদ্রিমখৈ অরেম্বা মরৈদ্রে।
মাসে লাইমকনমু নখোইগী
অরেম্বা থংদ্রে হাঈনা

শাস্ত্র খিবিক্তা লাউথুনা
লৈরবা ৱানি ।
মা'সিতবু নিংশিংলুবা,
থল্লুবা লৈতনা তুম্নমলিবা,
বীর ঐ অসে
পংথবা তোনথবা জীবনি ।
ঐনা লাইরবগী মরমনা
অনংবগী ৱাখন্তদা
নংদি নহান মখৈ
যামনা ৱানা খন্দুনতা
লৈবমলিবোইরে ।
তোনথেদা পংথেদা ।

সা ।
হাঈবিবা ৱা অসি কবিনো
ঐদি কবিমতা থংজদ্রে,
খনস্ত খঙ্জদে ।
ইচাগী চাবা শেংপা
মবাং বাইজগত্রা হাঈবগা
অস্তক যামনা
পাওরোন থাবিবা অসিবু
মপাগী পুকনিংদা
মচাগী করমনা
ফননবা লম্বী য়েংবিরিবা ।
মুপী ওইনা পোকপা হাঈব'সিদি
তোনথবা জীবনি,
পাপকী মপৈতনা শাৱবনি ।

মপুন্নোইবগী মমাংদা
ঝাঙাং শাংলবদি
অফবস্নু ফত্তবস্নু
ফত্তবতা ওইনা মীনা তারিবনি।
করিগী পুকচেম অত্তুক পিকপিন্নিবনো।
ইশা অসে ননাইনি
মীনাই নাইথাং তরেৎলক চৎলবস্নু
য়াথং অমতা হাঙ্গজন্নোইদবনি।
ইচাগী মরম ওইবগী
ফুংদা মঙ্গল ওইনবা
থর থনস্যিু হাঙ্গজবতনি।
ইচানা ইনাক থুল্লগা
মনিং তমনা পাল্লগা
লাই গুরুগী সেবা ভমলগা
ঐখোইগী করি মাংবা.
মাসি থোকনবা হাঙ্গজরগা
করমনা নুপীগী মথক্তা থাজবিদবা।
হৌজিক হাঙ্গবিখ্রিবা ঝাতাত্তুদি
নুপী মচা ইমান্নবনা তারবদি
মমাংদা ইকাইবনা
শিবা য়াবা ঝাহৈ ভাক্তনি।
ঐখোয়দি লাইরিকস্নু হৈত্রবী,
পংথ্রবী তোল্লবী জীবনি।
অশিংবা মাগী পাবুংখোইনা
লাইন্নিক লাইশুস্নু হৈরিবনি,
মাং তুং য়েংবিত্তুনা

করম তৌরগা ইচাগী
ফগদগে হাঙবা
ঐগী পুকনিং অসিদা
চিংনবা লৈতনা য়াননবা উৎপিযু।

ঘী। (শোনবা) ফনা য়ামনা
থাগৎনবা য়াবা মৈতৈ চন্নুনি।
থবক অয়াম্বদা
মুপাদগী হেন্না থৌবিবনি,
অসিক্তা লৌশিংগী পান্থ ওইননবা
লাইরিক তমহল্লকপগী লম,
অতুত্তবু মণিপুরদা লৈখিদ্রবনা
মুপী বা ভাংনবা লুপ্রেদা।
মানা হৌজিক হাঙখ্রিবতু
থম্নদবা মীনা চাউরাক তাবদদি,
মচানা ইন্নাক খুল্লগা
মপা মমাগী করি মাংবা,
হাঙরিবা বাহৈ
মপান্থোংগী রাখল
অসিতদা তোংলবদি
ঐনা খঙ্গিন্দুনা উজরিবা
লম্বী অসি, কনাগুম্বা তাবিবনা
পুমলাল লাল্লে হাঙরগনি।
মুপীগা রাঙাং শাংনবা
পামজদে হাঙনা তৌববু
য়াদবা থোকলে।

ফবে ঙসিদি
ঐগী মুপীসি থরা হাঙ্গৈগে।
(ফোংনা) করি যাহৈনা
করমনা তাঙ্কলগা নংনা থংগদগে
থনবদা থনফম থংদ্রে,
মিৎনা উত্তুনা লৈম্বিবা অসি মঙ্গাই
সনা, লুপা হাঙ্গৈবা অসিনা
মফম চাদনা লৈরবদি
কলি হাঙ্গৈবা লাই অত্তু
ঙইরিবনি।
কলি চংলবদা মুংঙাইবা হৌনদে।
সংসাবদা মুংঙাইবা হাঙ্গৈবসে
য়ুম পানবগী মবমদা
মুপানা নুপীগী লমচং
মুপীনা মুপাগী লমচং
মুন্না থংনদুনা
থোঙ্গজেন লিংজেন তিন্নবা
পুকনিং তিংনা
পান্নরিবা য়ুম অদো
স্বর্গগী মুংঙাইবা হাঙ্গৈবত্তু কৌই।
কনাগুম্বা মুপানা
ময়ুমগী মুপীবু মীনাইগুম থম্দুনা
মপোক অসিমগী ধর্ম্ম তিন্নরবনি
হাঙ্গৈবা থম্মত্নুনা চৎলবদি
অত্তুগা মুপীনম্ব
পান্নরিবা মপুবোইবনা

মীরাইবীরে।
মং অমা নত্রগা
ইমং লৈতনা শিবা হৌনব্রা
অসুম থল্লদুনা পাম্নরধদি
য়ুমবান অদো
নরক্কুগীসু হেন্না ত্তোল্লি।
নুংঙাইবা অফববু স্বর্গ কৌই,
নুংঙাইতবা, ফত্তববু নরক কৌই
করিগী অদুক পংলি
ভরাং নহানতা মঙাইম্বি,
লাংথাবান্দগী মপু মচা অমা
লৌরুরগা
তনতান তাস্থোকখিবা অসি মউরি,
সনা মচা ইবেম্মা অদো
লেপনা মমং অনি গুরগদবনি।
মুপীনা মমং অনি গুরবদা
অপোকপা মমা মপানা
নরক তারোইদবা কৈদনো।
মপু মচা অদুতসু
অদুক লাইনা তৌগ্রবদা
নং ঐগী ইচাবুদি মানা থনবিগদ্রা?
থোদামগী থোইজংনবা
লমচংকী লম্বীদা
পাপকী শগোন তোংবা
তাবদা তুজুংবা থবকতনা
মনিং তম্বা

অপংবা মপাগীদি মনি ওইজবা
অথংবা মীনদি তুক্কচনবা
অ'সিদা
কন্নিস্থ লৈত্রবা মায়াগী থুংলাই
তুরেন কাওশিংগুম্বা
সনা লুপা খরদং লৈবগী থন্দুনা
ইচাবু থাজবা।
হিংচাবা অসিগী ময়ুমদা
ইচাবু নিত্তিগী হু পিথকপা,
মাসিবু কনানা তৌবা হৌনবগে
করম্বা মপাগী থবাইদা য়াগদগে।
খম্বা হাঙবী ল্লাইরেম্বীনা
তুংওইনববী নুপী নংনস্থ
ইচানি মহাক্দনা,
যিরোনবদা য়েত্নুনা থিনবগুমনা
বাঙাং খুদিংগী ভত্তনা
হনচক ঙ'চক শাৱবদি
ঐনা নুংঙাইহগদবসি কবিনো।
হাওবম ঙাংবম হাঙবা ঐখোইসে
ইপা ইপুগী গুণস্থ
ইয়েং য়েংদবা য়াদবনি খংঙু।
বাথন্দি ইতৌ তৌদনা
সনা লুপা খরগী মঙাম্বা উবা,
ঐনা নংবগী
অনংবা পান্দমগুম উৎপা,
অসিনদি নং ঐ লৈনিন্নতুনা

করি মুংঙাইফম লৈবগদগে।
য়ামনা ফরে, য়ামনা মুংঙাইবে,
ইচাশিংসু মুপীনিদো
লাইরিক হৈবা মুপাসু নত্তব নিনা
কবি রাখন লৈগদগে
করিসু খংলরোইদবনি।
হাঙ্গৈতুনা ঙাংতুনা করিসু কান্নদে
লৈজহোরো নমা নচা
ঐখোই অহুম লৈমিন্নবদা
পুকচেন খোইজেন তিন্নদতুনা
নরক তাবদি ঐদি তানিংদে,
কন্যা অসে নচানি
নংনা যগদবা য়েংতুনা থাজহোরো।
ঙসি মথৈ ঐদি সাধু বাবাগী
লক্ষ্মীগী খোংলোই ওইথ্রগনি
কবিমতা নপুকনিংদা চিংনবা লৈগনু।
হাওবম বীর ঐহাক্তি
পাংত্রবা রাখল লৈত্রবা মীনি।
ধর্ম্মতদি কাঙ্গৈদনবা রাখল তৌতুনা
নরক য়েংদনবতদি তৌবকউ।

(চংখিবা, কন্যা চংঙকপা।)

কন্যা। ইমা! পাবুংনা শাওতুনা চংথ্রগা
ইমানা তুমিন্না তুম্বাগুম
লৈহৌরিবা অসি কন্নিগীনো?
ওস্থোকপনি ইমা ইবেম্ম!
ঐগী ফননবদি হাঙ্গৈনা

ঙসাই মথৈ হাঙ্গৈরিবা অদো,
হৌজিক্তি মাংননবগী
মশক ওইরে,
ঐহাক ঙসাই মথৈ তাঙ্গৈ।
পাবুংনা হল্লক্ত্রবদা
ইমা ইচানা মতৌ করম লৈগবা,
ইমা! —হৌজিকপু করি খনবিরিব্গে?
ইবেম্মা! —ইমানা করি হাঙ্গৈগ্রবগে
ইমাদি কবিমতা থংহৌদ্রে,
খুমনিংবা কোঙ্গাই খুম্বা নংহৌদ্রে।
ইচাগী ফননবা হাঙ্গৈরুবনি
অসিদা নংগী পাবুংনা
শাওগ্রিবা অসিমদি
ইমানা লানবা তারে।

# ইশৈ

## কৌন

ইচানা ঙসি তাবিরে ইমাই
পাংবনা ইমা তুম্বনি ঙসাই।
থিবা চৎলসি খোঙ্গুল লিরুসি
ফংদনা হল্লোইনে ঐদি ঙসি।
ইমাগী অথোইবা নপানা গুরুনি
মুপীগী অথোইবা মুপানা গুরুনি।
পোক্কে ইচা অতৈমা
মহাক্তুগী খল্লুবনি।

নোংমতা ইমা হাঙ্গৈজররোই
য়েংদনা য়াকা পঞ্জররোই
অফ ফত্ত ইরাইবকনি
ঙসি মুন্না খংজরবনি।

লে মসিনদো ইবেম্মা সংসাবং অসে
মুপী হাঙ্গৈবী অসিনা
অম্রপকী মতিক তোনথ্রবনিদো।
নংগী পাবুং অসিদি
শাওথ্রবদা মৈগুম্বনি
ইংহনবা, মুৎথৎপা লুথ্রবনি।
অদু ফন ওইহৌনম্লু ইমাগীদি গুরুনি।
ইচাগী রাহৈদগী
ঙসিগী মুমিত্তা ইমা মুন্না খংলে
মুপী হাঙ্গৈবা ঐখোইসে
মপুবোইবগী য়াকা
য়েংগদবতনি হাঙ্গৈবা।
চংলসি থিন্দুনা কান্নদ্রে
নংগী পাবুংগী খোংগুল লিরুসি।

কন্যা ভাইখো ইমা!
আ—দো লাপনা
বাবাজী অমনা খুৎ পাইরম্বুনা
পাবুং হল্লকলে।
ভাইহাক্তং লৈখো
ঐদি ইমুং চংলগে।

( কন্যা চংখিবা, সাধু বাবানা বীর খুৎ পাইদুনা চংঙকপা )

সাধু বাবা।

# ইশৈ

## বাউল সুর, আড়া খেমটা

মৈতৈ লৈবাক্কী মুপী অসে
অতৈ লৈবাক্কী মুপীগুমদে।
চৌংদা কাদুনা শীংস্তু চল্লি
পাৎতা কুমদুনা লোংস্তু খোল্লি।
লল্লোন ইতিক্কী থবকস্তু পুনৈ
ইমুং মমুংগী থবকস্তু স্তুনৈ।
ওল্লা হোৱা থেংনা তুম্বা
মাখোইগীদি মশিনচাংনি।
থংক্কুদি মুপা মুপীগী খাঙ্গদে
মাখোঙ্গিন য়াওদবা ইরৈবু লৈতে।
মুম্ম খল্লগা মুপীগী গুণদি
মাখোঙ্গিতনা পানবনি মৈতৈসিদি।
মপুরোইনগী সেবা ভক্তিদস্তু
মৈতৈ চনুনা কাঙ্গজবা লৈতে।

সা। নুপী হাঙ্গবী অসে
কবিস্তু খংজদ্রবা জীবনি,
লাংবিক লাইস্ম হৈতবী,
জ্ঞ নগী লম্বীদা
মপুনাহবগী তুং ইঙ্গবী
ধর্ম্মদনা মরুম থুপচবীনি।
অতুমনদি ওইবগা,
খাংওমদ্রবা সংসাব অস্দিা
খাংহৈবী মপী ওইরিবীনি।

মপুম্নোইবগীদমক্তা
মমিত্তগী মপী তাহ্নবস্থ
অরাবা লিশিং ফংহ্নবস্থ
নোংমতা শীংথানদ্রিবীনি।
হাওবগ শাগৈদা পোকলবা,
পুকচেল চাউরবা অথৌবা।
অমুক্তংগা হস্থনা থনবিখে।
মুপী হাঈবী অসিনা সংসারনি,
সংসার অসি ঙাকলিবনা মুপানি।
হৌজিকপু হন্দোকপিবমলবদি
ধর্ম্ম কাইবা থোকল্লগনি
ধর্ম্ম তানবদা ধর্ম্ম যংলাই।

লে। ঐহাকনা লাঞ্জবা ঙাক্তনি। (থুরুম্বা)

বী। ঐনা ফনা চত্তুনস্থ
ঙম্মরোইদবা
রাখলগী লম্বীদা
যাত্রিক ওইবিবিবা!
অমদি
খম্বা থাওমৈনা
খংদবা অহিংদা
মঙান পীবিরিবা সাধু!
নহাক্কী কৃপাদগী
অশাওবনা মাংবনী
রারি ত্তাজরে।
ঙসি ঐহাকপু
নংগী পাওতাক্কী থৌরিনা

ইরানগী মতুং ইন্না
চেৎনা পুনবিরে,
য়ামনা নুংঙাইজরে
ঙসিদগী হৌদুনা ইচা থাজনবা
থৌরাং তৌজরগনি।

( সানুদা খুকুম্বা )

সা। মতম লৈবা খিঙ্বিক্তা
ঈশ্বরনা কৃপা পীনবা শুইসম্লু
ঐ চৎলগে। ( চৎখিবা )

বী লেম্বী ! ঐনা খনবদা
ইচাবু মঙা তবা
হাঙ্গৈবিররিবা অসিগী মনুংদা
নিংথৌজম মচা পদ্মসিংহ কৌবা অসে
ঐগী পুকনিংদা য়ামনা পামলে,
ইচা অসি
মাঙোম্না পীনিংলে।
নংনা করি হাঙ্গৈরি ?

লে মহাক্কী পাবুংনা ফৈ হাঙ্গৈবদুতা
ঐগী অফবনি।
মুপীমচানা চাউনা য়ুমদা থম্বা ফত্রে
থুনা লুহোংনবা তৌবিয়ু।

বী চুমই—ঙসি মঙানি তরানি
অসিগী মনুংদা হোংলগনি।
লাকও চৎসি
মতু থোকনবা
থৌরাং তৌরসি। ( অনিমক চৎখিবা )

# মঙাশুবা উৎপা

অযুক

লেম্বী

( শোইবম শামু, কাওবম গোবিন্দ লাকপা )

শামু ।

কাওবম শাগৈগী মনি ।
মিংকমনা ফজরবা গোবিন্দ কৌবা
রাখন্দা মতিক চানা লৈতেংলিবা ।
তাবিয়ু,
ঐনা অস্তুম তজবদা
মহৌশাদি হাওবম বীর হাঙবা অসে
ফনা শিংত্তি হাঙনা তাববু,
হন্দক্তি খর খবা
ঙাওরবা মাল্লে হাঙনা নিংলে ।
মহাক্কী মচাম্নুপী
কন্যা হাঙবী অসে
নিংথিজবা রূপ গুণস্থু চংথোনবা
মরন মথুমস্থু রাস্তবা
থৌদাম কুমুদনা
লুহোংনবা মতিক চাবা লন
পুথোক্কে হাঙবদা
মহাকনা য়াদত্নুনা
লাঙরবা, মপাস্থু লৈত্রবা,
শাগৈস্থু পীকপা,
মচিন মনাও অনিস্থু শুত্রবা
নিংথৌজমচা পদ্ম অসিদা

পীবে হয়েং লুহোংগনি হাঙ্গনা
বার্ত্তন তৌরম্বা অসিদা
ঐগী ভকপা থেংথ্রে।
বীববু ভাওদে হাঙ্গবা ভম্মবোই।
যেংউ ইতাও।
মসিদা বীরবু করমনা
শিং— হাঙ্গনা
থাগৎফম লৈবগে ?

গোবিন্দ। ইতাও শামু।—ওন্থোকইনা নংসে,
অশিংবা খনগংনবদা
যাওরবা মানি নংদি।
অতুবু ভসিদি
অম্নুপ ভ্রম তৌবিবসিবো—বিননো ?
কদাই পদ্মগা কুমুদগাবু
কননা চংদমনবিবিবগে
মননা শবনা লৈবগা
লনা লৈবা কৌবগে ?
পদ্ম হাঙ্গনা অভ্রা অসি
চনই শাগৈম্নু পিকই
মবন লুপা সনাম্নু লৈতে
অম্নুনদি ওইরবদা
ঈশ্বরগী মফমদা
শ্রদ্ধা ভক্তি লৈ।
লাই গুরু মশক খংভি
অতুগা অফ যত্তবু
তোপনা থাইদোকপা ভম্বা

মীনা তানবা ফংদ্রবা
জ্ঞানগী শাগুনৈনা
মাগী থম্মোয়ননুংদা
মতম নৈনা নিবিক্তা ওাল্লি।
অসিনা ঐনা খঙ্বদদি
অথোইবা লল নৈবা হাঙ্গীবত্তুদি
মহাকনি হাঙ্গীনা খল্লি।
অতুনা মহাকপু
ইনাক খুনবান শাঙ্গীনা নিংই।
লুপা, সনা হাঙ্গীনিদি
অহল লময়া শাঙ্গীশংনা
তুরেল কাপ্পীংগা পান্দনাইন।
ইচৌরকপাদা ইহুন মতা চাবা
অমা খেংনক্তংবগা পনবা,
হৈচেন ফংলগা পংতাও তাওথিবা
অতুগুমতুনা লুপা সনা
হাঙ্গীবা অসিন্থু
অসেপ্পা মপু অমত্তগী নত্তে হাঙ্গীনৈ
লুপা, সনা নৈবতাকনস্থু
জ্ঞানগী লম্বীদদি ফংবা ঙমদে।
জ্ঞ ন নৈবা পাম্ম হাঙ্গীবা
অভ্রাং অসি মশা নহা ওইরি,
লল, সনা লুপা তানবগী
মতম হৌরকপাদা ভায়রি।
মহাকস্থু ইনাক খুলহৈদে
হাঙ্গীবা করিস্থু নৈতে।

কুমুদ হাঙৈবা অসিদি
মরৌশিং মথৌনানা তানবস্থু নন্তবা
মপাগী মরল থরদং লৈবা অসে,
নোংমা নোংমগী
ময়েং তাহনবনা
মতম থৱগী মতুংদদি
মকোক্তা মথুৎ হাপলগনি
হাঙৈনা নিংডি।
প্রম'ণ অমত্তু পীগে তাও,
পদ্ম অসিনা কুমুদগী
ইনাক থুল্লিবাস ওইহল্লসি
মচু ওইরবদি
মশাগীস্থু চাওগংকনি।
লৈকোক লৈকাই অমদি
কৈথকীস্থ কাল্লগনি,
হাঙৈদুনা কাম্নরোইদবনি।
পদ্ম অসিনা নংলিবা অসি
কুমুদবু ওইহন্দুনা অতুক থল্ল,
মীরক্তা স্থুকউ উরবোই
কৈস্থুমদস্তা উরগদবনি।
মসি ফাওবা থন্দুনা
মীশক থংলিবা বীর অসে,
ভাওরাকপাকা পল্লুগস্থু
শিংথ্রবা মান।
থাগত্তবকা য়াদে।

শা। মবাইবক যতুনা
ইনাক থুনবা মচা ওইনা
পোকলিবা অসিবু
করমনা
যতুনা মশিংদা চনবা য়াগদগে,
পোকলকপদগী কুমুদদি
তানংবা মচেং অমত্তসু
মশাদা পক্ত্রিনা ।

গো। মতুদনি,
মাবু মীগী জ্ঞান লৈতে হাঈবিবা

শা। করমনা ?

গো। মমা শিবগা বাবা থংদবা
মমাগী নুংশিবা মশাদা লৈত্রবা,
মাসিবু মীবা ?
শামকনসু অসুম তৌদে ।
যণদসু মপী শিবগা
ষংগাউনা খোংতুনা
পোইজেন চেল্লি ।
অতুমক্কী জ্ঞান ফাওবা লৈত্রবা
অতুগা
লৈমসিজ লৌবগা
করম লোইনগনি হাঈবা
বাগা ব্যবহার খংদবা,
মরান লৈতনা চিংঙৈ হেক
থাইনথোকপা ভস্বা,
মপাগী মরন নাংহনবগীসু

ইকাইবা নাইদ্রবা,
অসিবু মীগী মশীংদা
চল্লুকম কম্নিমত্তা লৈতে,
কৈদোউদম্ব অফবনি
হাইফম থোক্তে।

শা। মমা শিবগা বাদবদি
অঙাং ওইবগী মতৌজবনি।
নুপী থাইনরগা মীবু
ফত্তবনি হাঙবা হেক যাত্রা?

গো। আহা–হা—হা–হা (োকপা)
ইতাও শামু!
ওম্ঘোকপা বানি,
করম হাঙবা, মমা শিবগা
অঙাংনা বাদবকো।
নংগা ঐগা মমৈদদি
খুৎ চোংনরখিবা তাবি,
মতু থিরবা তরাথোকনা কোইরবা
মাবু অঙাংনিকো।
মসিনা য়ুমগী নুপীনি
মপোক অসিমগী
ধর্ম্ম তিন্নরবিনি
থাইনবা য়াদেন্থ থংদবা
লমগী নুপীদা কোইবগুম
থন্দোকপা ঙম্বা
কমনা ফগনি মহাকপু।
বা মথা তানরগম্নুসি

বীরগী মচাদি
ঐখোইগী ইচাগুম্বনি,
লুহোংবগী থবক নোমলুরসি
চৎসি চৎসি। (অনিমক চৎখিব।)

---

## তরুকশুবা উৎপা

মুংথিল
কবোকলৈগী য়ুম
নারাং অমসুং কবোকলৈ

নারাং ইনে! — কন্যাদি লুহোংখিগদবা
মিকুপ্তা মঙাইরে।
ঐখোইগী মুপা অসিমদি
হৌজিক ফাওবা
লৌখিগনি মহাঈরি
লুহোংদ্রিবৈ মরক অসিদা
ইনেগী করম্বা গতি লৈরিবগে?
ঐাদ রারে।
মাগী মক্তবু চেকশিল্লকলগা
ঐঙোন্দতা মনৈবা মহৌশানি
নৈবা থাংবা ঙমদ্রবুনা
লাকবিংনি
নহাক অসে।

## ইশৈ

### ফাকরী

য়াম' হৈনা কুইনা ওইরবী কুমুদ ইনগী খুরজী
লকচবা ঙাবু চাজৈ এৗনা নিংথিনা
চিংখৎ গা খুরজী।
নুজানহা শগোল ওইবীগী ওইরি নংনা
খুরজী।
এৗনা লুনা কুপনা শেম্মরগা পাঈরনি মানা
খুরজী
মপা কৈতে ফজবী কন্যা মিত্তা মাল্লিবী শজী
পিখ্রে তারে পিতৎপা পদ্ম কৌনফম লৈজদবা
পাজী।
লুহোংবা নুমিৎসু ঙসিনি তম্না পিখে পানজী
ফাওরো ফাওরো করি লৈরিবা
এৗগীদি নংনি।
নুংশি তেম্না পাল্লবশিংগী থকনবা
ঈশিংগী তোংজি।
কন্যা ঈশিং পীথক্কুনা ফংজরো সনা
খুজী।

কবোকলৈ — বুদ্ধি লৌশিং চমনরে
কারিমতা তৌফম থংদরে,
অসিদগী হেন্না হোৎননিংঙাই লৈত্রে
মুংদা ঈশিং চাইবগুমগ্রে
কবিমতা কান্নদ্রে।

না। — মহুনদি চৎনবা পোৎ নত্তে ইনে।

ক। চৎনবা চৎনদবা করিনো
ঐমা শাবা যাবা পোৎলনে।

না। তৌমুদা ইনে!
হাঙ্গদোকলগা ফজরোইদা।

ক। করিনো,—ফজবা ফজদবা হাঙ্গবসিবো

না। ইহে। —থোক হাঙ্গদোক্নুনা ঙসি।

ক। ইবুঙো মতুতা তায় স।

না। নহানঙৈদদি ইনেনা
ঙমগনি হাঙ্গদুনা
লুপা কুন লৌখোকপ্রগা
হৌজিক পংশিন্নবিবগে
হাঙ্গবা।

ক। ইবুঙো!
খোল লৈবাকমচা তাখিদ্রেদা।
কুমুদনা ঐঙোন্দা
শেল থৌরু হাঙ্গদুনা
থারকপ্রা ইবুঙোবো?

না। থারক্কে মতানা হাঙ্গবনি।

ক। অদু ওইরবদি শেনগী রাদি পনগন্নু
শেন্দি ঐনা থৌগদবা লৈরি থংড়।

না। করমনা?

ক। ইবুঙো।—হন্দক্কী থবকসে
ঐ য়াম রাখরে
নামৎ য়ামনা মাংপ্রবা পোৎনি।
য়ারক্কবদি মন্নাইবকনি
ঐগী মতম চংখিবগী খল্লবদি

ঐনত্নুম লুপা কুন তাল্লক্কদবা লৈরি
বাখল খর খর তৌত্নুনা
চৎনবা য়াবা বা ঙাংঙ্শা।

না। ইশে !— (শোনবা)
ইনে অসিদি করিমতা থাং চংদ্রেনা,
নুপী থাজগনু হাঙৈষত্নু তৌয়েদো।
(ফোংনা) চৎনবা বা হাঙৈবত্নু
হৌজিকন্নু ইতাও কুমুদদা
কন্যা হেক্তা পীয়ু
করিনো নংনা পাম্বা,
নকোক্তা সনা য়োমবিয়ুবা ?

ক। হৌজিক্তি ইনেগী শক্তি লৈত্রে।
ঙাপ্রুম মমৈদা খুজিন্না শীকপা তারে
মতম খুয়ৌনথ্রে।
অত্নুগা ইনে লেমনা তোকলোই
সত্য, মবা মশুম যৌগ্রবসু
ঙম্বা মখৈ হোৎনখিগনি।
ঙসিদি লুহোংবগী
মুপা ময়ুমনসু বার্ত্তোন তৌবকলি,
নুপী ময়ুমনসু পোৎলোই শেৎপিয়
হাঙৈরি,
অত্নুনা লুহোংবা তুক চৎলুখিগে
থেংথ্রে,
দক্ষিণা থবা লৌজরুখিগে।

না। করে ইমে,—ঐ ঙসিদি
কুমুদগী মপুক ফারুখিগে

মানা ময়াম্বিরবদি
ইনে লৈম্বিদো।
ঐ চৎলে। ( চৎখিবা )

ক। ফরে ফরে ইবুঙো
মা কাইদনরা তৌঙ্কি
ইনে লৈরি।

( লেশ্নী চংডকপা )

লেশ্নী হা ইবেম্মা !
নংবু করি তৌরিবগে
নমো পোংলোই খর শেংপিয়
হান্দরগা।
মী তিনবা হৌরে
লাকও লাকও
ইনম্মা চৎলমলগে। ( চৎখিবা )

ক লাকচরে লাকচরে ইনম্মা।
( শোনবা ) ঐমা ঙোগদবসি
লাইমা চিনখ্রেদা।
চানবিবদি অমনম্বু অমনম্বু
ইচান মচানবি
থোইদোকনা খংজক
হৈজরুবম্বু নত্তে
অরু অহেনবী থবক
অমতং হান্দরকলবদি
ঐডোন্দা হেক্তা মন্তারে।
মসি হান্দরগদি
মতোমরুরী মরুপ থাগৎনবুপ

মথোকলবা
হুম, অতৈদি ইলাই লাইরি
কুমুদনা তৌগদবসি করমনো
মসি খল্লুবদা
ঐদি চম্মমনগ্রে।
মতা চাত্রবদি মচিংলৈবা,
মচী পানবগুম্বনিনা
ঐঙোন্দহুম
পংতাই তাইনবক্কব্রা হাঙ্গৈহুনা
মুংশা থিগ্রেদা।
লাইনা তঙ্গা লাক্কন্নি।
কণ্যা হাঙ্গবী,
অসিগুম্বী ফুপীনচাদি উখিদ্রি।
মাগুম্বা মণিপুর অসিদা
অনিশুনা পোকলমগনি
হাঙ্গনা নিংদে।
শাওবু শাওনিংত্তি
মহাকধক্তা কবোকলৈ
ইমিং মাংখিবা তারে।
মবা মমুম য়োঙ্খরম্লু
কৈদগী লেমনা থাগদগে।
শিত্রি ফাওবা
কবোকলৈ ইমিং মাংদনবা
হোৎনখিগদবনি।         ( চৎখিবা )

# তঙুবা মতাং

## অহানবা উৎপা

বীরগী য়ুম

লুহোংফম

( পালা কোঙ্গনা ফম্বা, মযাঙ্গদা লুহোংফান থাবা, পুরোহিত মন্ত্র শোনবা, বাব ফ্রিশেং শেক্তুনা মন্ত্র তুং ইনবা, ফান্দা বর ফিজেত্তা পদ্ম ফম্বা কন্যা মৈতৈ লুহোংবা ফিজেত্তা লৈ কোঙ্গবা )

## ইশৈ

অম্না অলাপ

পালা বৃষভানুগী মমোম ইবেম্মা
কৃষ্ণভবু নিংলবী
কৃষ্ণনস্তু নিংলিবী
রাহৈ ফজবী খোঞ্জেন মেংলবী
শক্রস্তু মপা লৈত্রবী
কৃষ্ণদা লৈরাং কচ্চরি।

( কন্যানা ববদা লৈ হুকপা, খুরুমজনা ফান্দা ওই থংনা ফম্বা, বরনা কন্যাদা লৈ পরেং অমা অমুক হুকপা, ববগী সেবা চংবনা লৈ-স্তু কম্বোক্তুনা অনিমক হৌগৎহনবা, পালাদা চপ মান্ননা খুরমজনবা অতুগা পুশিনবা )

নুপা মযাম। ( মন্নুংদা ) নুপানা হেন্না ফজৈ।
নুপী মযাম। ( মন্নুংদা ) নুপীনা হেন্না ফজৈ।
( মযাম লাংবা )

নুপা অমা। ( মন্নুংদা ) কাংশুবী পুরকলো।
নুপী অমা। ( মন্নুংদা ) পানা লাল্লো।
( পালাদি ইশৈ লেপ্তবা )

পালা।　　　　　　　　ইশৈ

অস্মু কল্যাণ

লৈরাং কৎপা লোইরে
নিংথিবা মিৎয়েং তানরে।
বনগী চেকলা খিবিকনা
অনিগী ফজবা উবদা
হরাওবা ওমখৈ লৈতরে
নাম শোনবা লেপ্তরে
রাধা কৃষ্ণ অনিগী
নৌনা শামবা নিতিগী　　　( ফি য়েনবা )
লোইরেদো ওসিগী
নাম শোল্লো হরিগী
হরি শোল্লো হরি শোল্লো
　　　　পুকনিং।

বীর।　　ইতাও শামু!
　　　　ইতাও গোবিন্দ!

( মঙ্গুংদা যেংতুনা কৌবা-
শামু, গোবিন্দ চংবা )

নচা থিনবা চৎপিয়ুকো
ঐগী কনা লৈজদেদো।

শামু, গোবিন্দ।　চৎকনি চৎকনি
　　　　ঐখোই ওমনা চৎকনি।

বীর।　　পালা ওঝাশিংবু
　　　　ঝাম্মৌবিগনুকো
　　　　লাইরবগী কর্ম্মনিদো
　　　　কৎতি কৎনিং লৈদি লৈজদা

কবিগুম্বা বস্ত্র অমতা
মচুতাবা ওমজদে।

পালা। য়ামনা মুংঙাইরে পেম্লে। (চৎখিবা)

লেম্বী। (মমুংদা) হা ইমাগী ইবেম্মা!
চৎলোকো ইবেম্মা (কপ্পা)

শামু। কপহৈদে কপহৈদে।

গোবিন্দ। ইত্তাও চৎসি
চৎসি চৎসি ময়ামমক।

(ময়াম চৎখিবা)

## অনিশুবা উংপা

### বিনোদকী য়ুম

### কুমুদ

কুমুদ। লাকচৈদা লাকচৈদা
ইন্দ্রক কন্যা মপা মচানা তোখিবা অসে
নহান মথৈ
ঐ মঙাইরে হাঈনা
নাপল য়াংনা লৈমম্বা
কুমুদ ঐহাক অরেম্বা তারে।
হে পুকনিং মসিদা নং
তুমিন্না তোকলগন্ত্রা?

(ঙাইহাক থনবা)

হুম য়ানিংদে
থল্লু থল্লুরগা
খোইদো অসি ক্ষুকখিপদোরে।

লাঈরবা করিন্নু লৈত্রবা
হাওবমগী ঙাওজুনবা মীরনমু
কুমুদ ঐখোইবু
মী ওইনা থানখিদ্রবনিকো।
ইরম্মা মপান নাইদ্রবা
ইনাই ইশন মক্তনা
লৈরিক লৈরাক থনবা
ইশক্তা য়েংডি মণিপুরদা ইপা লৈতবা
ইগুণদা য়েংডি যুবরাজগা মান্নবা
অসিবু মুথন থন্দবা।
ঐনা হৌজিক শাওরক্তনা
নত্ত নত্তবা তৌশিল্লকলবদি
মমৈ মকোক ওনগনি
হাঙ্গবা থংদবা শারিএ।
ফরে,
কুমুদগী নিংথিবা নৌরমদা
হীনাও ফৈনা শাবা
হাওবম শাগৈ মরক্তগী অঙাওবা,
রাথন থন্দনা থঞ্জিননবা শাবা,
হৌজিক কুমুদগী অশাওবদগী থোরকপা
হু চেনবা থোরম তৌরগে
নতিক থোকলবদি অদুক থিংঙু,
ঙমলবদি অদুক থাংউ।
মাংননবা তৌরগদবনি
চুমনতা মাংহনবতা নত্তনা
মথবাই মঙা য়াওনা লুনা তৌজববা

অপংবা মীয়োন ছুকতবা
নমাক স্থুপা পদ্ম.
মথরাই মন্ডা লোগে
ইথুৎপাক্কী কল্লগদবা
মৈতৈ মচা কনা পোকপা য়েংগে।
কৈদগী কৈগুম্বা কুমুদনা
চমনা লেমনা তোকদগে।
শুমলে ফোংনা
শুমজ্রে লোননা
শোঙ্গদনা মশা মাংননবা তৌগদবনি।
রাখল নৈতবা বীরগী সঙ্গদগী
মহাক্কী মমিং মণিপুরদগী মুৎথৎকদবনি
পুকনিং তপথো, —তপথো
নিংবা থোরম পাংনবা
থোরাং তৌবদা, পাংদ্রিবৈদা
ইফিং ফিংদুনা
ইনাই ইষণ ফাওবা
খংহনবা ফবা নত্তে।
আ—দা লাকইবা অসে
মারাং ওইরমাল্লে
হাকনা ফিংবা য়াদ্রি।

(মারাং চংঙকপা)

ইতাও!
হৌজিক অসিদা ঐগীদমক
করি করি খনবিরিবগে?

নারাং। চান্নথোইবা ! তোকলোগবা,
হৌজিকপু করি তৌরুগদগে।
অতোপ্পা শাগৈগী মংদা তিনথ্রবা
মৌবু নিংবা থাদোকলো,
ঐদি মসি হাঙ্গৈগে হাঙ্গৈতুনা
লাকচরিবনি।

কু। পিশক পিকলিংদগী তিন্নবকলবা
ঐগী পুকনিংস্থু তেংনা খংবিরবা
মরুপ।
হন্দক্কী কর্ম্ম অসিদা
ঐনা নরাংগৈদগী নরাদা ইল্লকইবা ঐনা
নারাং কৌবা ইতাও নং অসে
অবেপ্পা মরুপনি নত্তে খংজগে।
কুমুদগী প্রাণ পুবা য়াদ্রে।
মাবু
থোইনা পাংথংবগী রা নত্তে।
ইপ্যক অসিদা ঐহ অমা চংগ্রে
ইকাই চুংশি য়ান্নগ্রে।
নংনা
ইত্তেং পাংবি পাংবিদে নাইদনা
ঐদি
ঐনা থোকপা অমা তৌবগদবনি।
ইতাও।

না। নহা ওইরিংদগী
নতুং ইল্লকলবা মারাংনবু
নরাহৈ অসি তারগা

নানথোকপা হৌনব্রা
অশুম্বগী মচা ইবুঙো !
নংনা চিন্নবদা চংঙ্রবসু
চিংথোক্লুনা নঙ্গাং খাগে লৈরিবনি।
মতম চাদ্রে
হাঈবগী হাঈরুবতনি,
হৌজিকসু করি পাম্বগে
মতৌ করম তৌসিগে
হেক্তা হাঈয়ু ।
নারাং ঐনা
নাপল তৌবা নত্তে
ইপুকনিংদা লৈবা লৌশিংতদি
নঙোন্দা তেংলমলগে ।

কু। ঐনা পাম্বদি
ঐবু ইকাইবা পীরিবা অসিগী
পদ্মবু ইকাইবা মরম অমা পীবা
মহুনা পেল্লক্ত্রগা
মতুং থোকপা অমুক থম্নবা
মসি পামই ।
অদুগী পোথী অমতা পুথোকউ
ইতাও !

না। ইতাও। মহুদি লাইথ্রবা রানি
করিগী অদুক রানা থল্লুরি ।

কু। করমনা ?

না। নখোইগী শেল পুথোক পুশীলগী
হিসাব লাইরিক অমা লৈবদাই ?

কু। লৈ।

না। মতুদা কুম্মৈ লৈরে।

কু। করি কুম্মৈনোনে ইত্তাও!
কোইনা ঙাংথ্রেদা
ভাবোক্তি নংলা?

না। হোয়,—কুম্মৈ লিংখৎপা কুমুদ,
কুম্মৈ থোকপনা পদ্ম
কুম্মৈ ভাবোকনা ঐহাক,
ৱারুগম্মু
মী থাত্তুনা পদ্ম কৌহল্লু।
মহাক লাকলগা থবক থোক্কনি।

কু। চাউবা। চাউবা।

চা। (মচুংদা) করি ওইরবনো?

কু। থুরকউবা ইবো
কবম্বা ঙাংনো হংথ্রেদা।

(চাউবা চংঙকপা)

চা। (শাওরপনা) করি ওইরবনো?

না। সে সে চাউবা।
নিংথৌজম পদ্মদো
ঙাইহাক্তা কৌরু,
শোঈদনা লাক্কবা য়াদে হাঈয়ু
মানা 'করিগীনো' হংলগা
য়েংঙোই স্মুম হাঈয়ু,
মখোইগী পাজীনা তোল্লম্বা
শেলগী হিসাব
বিনোদ কৈরুংবগী বহিদা লৈরে

অহু চমননবগীদমক
কৈরুংবনা কৌবনি হাঙ্গয়ু।

চা। যনি। ( চংখিবা )

কু। ইতাও। করম তৌসি হাঙ্গবগে?

না। লাকলগনি, থিল্লে
নখোইগী হিসাব বহি অদো
মুকফু কলমগা লোঙ্গমনা
পুবকলোনে।

( কুমুদ চংখিবা )

(শোনবা) কুমুদসি মথরাই মুংঙাইত্রে
খরদি মুংঙাইনবা তৌগেদো।

( কুমুদ বহিনচিংবা পু থাকপা )

কু। সে ইতাও ( পীবা, নারাং লৌবা )
মসিদা করম তৌসি হাঙ্গবা?

না। ঐনা তৌগনি ইতাও!
য়েংদমক য়েংউ।

( বহিদা ইপিনবা )

ঐনা ইরিবসে,
পদ্মগী মপা যাদবনা
লুপা য়াংথৈ পুরি
শীংদ্রি হাঙ্গবা হিসাবনি।
হোরেন মহাক লাকলগা
শেল থৌ
হৌজিকমক পীয়ু হাঙ্গয়ু
আসিবাইদগী হৌতুনা

কুম্মৈ হেক্তা মকৎলো
অসি মঙাইদনা।
কু ইঃ কৈ হাঙ্গী,
মহাকনবু কদাইদগী লুপা য়াংখৈ
শীংবা ঙমগনি।
নংনা ইন্নিবা অসিদি
শোঙ্গিন্নবোইদ্রা?
না। শোঙ্গিরোইদা!
ঐন্সু অচুক হাকনা হৈবদি
নত্তে হাঙ্গীববু
মুংশা থিগন্সু
ঙসিগীসিদি শোইরোই।
কু। ফরে,—মসিদা ইকাইবা পীবা য়াবা
কুম্মৈ অমদি মরোইরগনি।
এঃ ইতাও!
পদ্ম অসে লাকন্সু লাকলে।
না। য়ামনা ফরে ইতাও,
হৈ শিংউ।

( কুমুদ, নারাং ফম্বা; পদ্ম, চাউবা চংঙকপা )

পদ্ম। কদাঙ্গী চাউবা!
খুন্না ইবুঙো কৈরুংবদে?
কু। পদ্ম! পাবুং থিরুদ্রবন্সু
ঐগা চমনরগা হেক্তা ময়াগনি।
করিবু হাঙ্গীবনো?
তাইবুঙোনা তাকপিন্নিবা অসিবো
ঐ ভাব তাজদরে।

কু। শেনবু উরগা
অরোৎপা শেন্দোনবমদি
থক ভাব তাবা হৌনদবনি।
হুংঙোইনা লীল উরগা
চোংবগুম্বনি।

প। তাইবুঙো!
ঐদি অপংবা করিস্থু খংজব্রবা
অক্সবা মীরক তিনজব্রবা মীনি,
প্রমাণ প্যাম্বেকক্ষা খংজদে
করিনো তাকপিরিবা অসিবো
শেংনা অমুক্তা হাঙ্গিবিয়ু।

কু। করিনো শেংনা অমুক হাঙ্গীবা
হাঙ্গিনবা হাঙ্গিরিবা অসিবো
ইথং থংনা খংশিন্নব্রবদি
করম তৌগনি,
ইতুম তুমদনা তুমশিন্নরবদি
হৌদোকপা বাপ্রে।
অঙাং ইবুঙো!
নংনা শেঙ্গোনবনি,
ঐনা শেনবুনি।
নপানা ইপাম্বী লুপা মাংথৈ পৃথি
শিংঙমক্তি,
ইপাম্বী মরম্দি ঐম্বী ইরম্মিদো
কোকথোকনিংঙে ইনিং
থৌনিংঙে ইসিং
ঐগী ইতিকমিদো।

ইপন যাদোনত্তি লৈত্রবনিনা
মপানা তোঙ্লম্বা শেল,
মচানা শিংবা চৌনৈ
অতুগী নঙোন্দা থোজরিবসিনি।
প্রমাণ পাম্বে নত্তে
তুম্বিরগমু মীকপ থোকপিরো,
হরাও হরাও শিংদোকুনা
লম্মন কোকথো।

প। তাইবুঙো!
ইপাদি মীগী মরম তোঙ্লি
হাঙবদি তাজদেনা।
অতুগা ইপানা লৈতবদি
কুমওন লোইখ্রে
চহি অনি ফারকদোরে।
অসুক কুইবা অসিদদি
থুবা ইবুঙোনা লোংমতা থোরবমু লৈতে
হৌজিক্তা তাইবুঙোনা হাঙবিরিবা অসিবু
করম্বা রানো?

কু। বিজয়েদা ইবুঙো,
কুইনা থোত্রবদি
শিংঙরোই হাঙবিরবনে?

প। তোঙ্লম্মী হাঙবা অরেপপসু থংদনা
লাঙরবা ঐঙোন্দগী শেল লোবগা
তাইবুঙোগী করম্বা মুংঙাইগদবা
লৈরপ্তে তৌবিগম্লা।

ক। তোন্দনা শেল লোবা য়াবা হৌমদেনে ইবো,

নং ওসি ৱা কাঙ্গৈরম্নগনি
ঐ য়ামনা শাওনিংলে।
প। শাওবিগনু তাইবুঙো!
লাঙ্গৈরবা তোল্লবা জীবনি,
ঐবু তথি তথি তৌবিগনু
ধর্ম্ম য়েংবিয়ু।
কু। ধর্ম্ম খংবা শারেদা!
মপানা তোনবা শেন্দি শিংনিংদ্রগা
মানবু ঐঙোন্দা ধর্ম্ম য়েংবিয়ুকক্‌া
তৌজবা শারিএ।
ইকাইদবা মাইথাবা
লন শোৎপসে,
নশক কুইনা য়েংনিংদে
ধর্ম্ম লৈবা ইবুঙো!
তুক্কচগ্রে।
কদাই পীবু পীবিয়ো।
প। তাইবুঙো ৱাহৈ অদো
অহুৱাইদগী হেনবিরগনুদা।
করিনু লৈত্রবা ঐঙোন্দা
পংতাক তাকপিহুনা
ঐদি জীব পিশকনিনা
য়াথং অহু পুজবা ওমজদ্রে।
কু। করি পদম!
মসিদগী হেল্লগা
নংনা ঐঙোন্দা কমি তৌজরগনি,
ঐঙোন্দা লংজবা শাগিব্রা

ইরল থৌবদা পীসকী

নখজাইদা মুপ্পাকপা থাবক্তা

কমানা কন্নি তৌরমগদ্রি।

মতোইনরা না?

প। (শোনবা) ইহে,

ঐগী ইমাইবম্বদা ওইরে।

হাউজ মাইক্রকপা

অশাওবমা মাংওইরে,

মীরক চিনবা মীনা ভাংবা হৌনদবা

বাঙাং চাক্তা চাংখ্রে।

মী ওইবগী ঈ শক্তকপ্রখ্রেনা

তৌরিবা অসিদে,

অসিদা থংনা চেনা তৌরগা

ঐদি সহায় উপায় লৈজদ্রবনি।

অহুবু থংনদবা

অসুক হোংনদ্রবু

লৈথোকপা ঙমশিনদ্রে।

মপা লৈজদ্রবা মচা

তোমখ্রেদা।

ইপা ইবুঙো!

নহাক লৈরগদি

মচা ঐগী অমারেদি উপায়বনিক্নো।

বাখ্রেদা

ওঙোকপা মীনা ভায়া হৌনদ্রবা

বাগী পুন্নেমা

বাদি ওইনা তাজদে।

ইরাইবক থীবগী ঙসি
অথেংবা পনদোম লোমলে্ ।
করি তৌরুরগনি হিংহ্নুনা,
শিরবন্থু অত্থু মণ্ডাইরে,
মুপা মচা থৌদাং য়েংনরগে ।
অ: ঐনা লাকপদা
ইমাণ্ডদি তাকলমদ্রেকো,
করিগুম্বা শেল অসি তোল্লি
হাঙবা ইমানা খংলমলবদি
নোঙ্গাথ্রবা ইপা ইবুঙো ব্
পাংদ্রবা পাপ চেন্নবা
ঐ পোকলগা
মীগী মবল শিংবা ঙমদহ্নুনা
নরক য়েংহ্নুনা লৈবরিগদ্রা ।
হা: কৃষ্ণ ! ব্রাথ্রেদা
খংনদ্রিবৈদা অমুক্তদি
ইমাদা হংলুখিবা খোকপা
মাল্লে ।

(ফোংনা) তাইবুঙো !
হৌজিক ফাওবা ঐদি
শেল তোল্লি হাঙবসি খংজদ্রি,
ইমানা করিগুম্বা খংলমগদ্রা
অমুক্তদি হংজরুখিগে ।

কু । মরৈ তৌগম্মু পদ্ম !
মুপা ওইবা নহাকমকনবু

মরৈ তৌরবদা
নমা ঙ্গুপীনদি করম তৌগনি।
নং অসি রা য়ামনা পেৎথ্রে,
শেল তোনবা হৌনৈ।
হৌনৈ হাঙ্গৈদুনা
নপানা তোল্লমলিবনি।
অঙ্গুপ কুইবস্তু শিংঙক্তি,
হৌজিকস্তু তবানি মঙানি লৈরগা
শিংগে হেক মহাইয়ু
অদুগা মচংচখো অদুমঙাই।
ঐবু হিংচাবরা
অদুদি নৎত্রদুনা
নমথাক তৌদুনা মুমিৎ চুপ্পা লৈরে।
শেল থৌবা থাবদস্তু
নহান মথৈ লোৎলুদুনা থেংনদ্রগা
খংশিন্নদদুনা ঙসিস্তু চৎকে তৌবা
কনানা য়াবিগনি হাঙ্গৈনা
খনবা শাবিবনো।
ইকাইবা নাইদবা তৌবিয়ু
হেক্ত মশিংদোকপিরমলগা
তরা থোকনা চৎপিখো
নশক য়েনিংদে।
প। ফরে তাইবুঙো!
ঐনা হৌজিক চৎপা থোকলবদি
তাইবুঙোনা করি তৌবিগনি?
কু। নতিক ফরি লৈদুনা চৎকনি

চৎলু চৎলু য়েংসি,
চাউবা কৈদৌরি।

( চাউবা হৌগৎকে তৌবা

প। নথবাই মাংগনি চাউবা চংঙকম্থু,
তাইবুঙো য়ী খ্বোদাবিগম্থু
হেক্তা হৌগৎপ্রিয়কউ ;
মতা ইচম্ চাত্রম্ভুনা
ঙসাই মথৈ তাবা হৌনৈ
খংনবা হাঙীবা অসি
ফজদে হাঙীনা খাংলগা
মী নত্তবগুম পংহাঙী মহাঙীবদি,
নচুৎ অত্তুননি নশক উথদা
অহল্লম্মন্না লমজাইরিব।
নংনদি কনা কজয়ে
হাঙীনা নিংবা শারি
নমাংদা কন্নানম্থু বা ঙাংনিংদে
মীনা তুকচনরি।
ঐঙোন্দবু করি তৌজরগনি
লম্বু মীগী মগ্রণ লৈবা
য়াবা হৌনব্রা ?
মীরক অক্কবদা
বাঙাং তমলক্ত্রবা
চোংখোয়কউ তমলগা চ্যাংচখো
ঐনা তমলগা নক্কক থুদেক্তনা
ইপা ইবুঙো নোজাব্রম্থু

ইমাংদা তোইপল পনবগী
পন্থেং পীরমলগে।
মী হাৎপগী দণ্ডি মতুং ইন্না
প্রাণ থাগ্রবস্থু থাগ্রগে।

কু। করি পদ্ম !

( হোগৎকে তৌবা, মাধবী কন্যা চেনশিল্লকপা )

মাধবী। করিনো করিনো ইবুঙো
নংগী তাইবুঙোগা
অতুম হাঈনবা হৌনব্রা,

(কুমুদদা য়েংদুনা) হৌনদে লাও
ইবুঙো !
ননাওগা করি তৌনরমলবগে ?
ননাও অসে মীদক তিন্দবা
যাঙাং হৈতবা মীনিকো
অপংবা নহানি
বারৌবিগম্নকো,
মপা লৈজব্রবা মচানিদো।

কু। ইন্মান ! নংস্থু লাকলে।
মুন্না তাও,
খংশিন্নদনুনা করিস্থু কান্নরোই পদ্ম।
নংনা ঐঙোন্দা অরৌ লংলগা
কৈস্তুমশং চংগদবতনি।
মীগী মরল তোল্লগা
খংশিন্নদনুনা তাওশিন্নবা
হেক মখারবদি,
লৈবাক অসি নংনা পাল্লিব্রা ?

মহারাজ চরাইরোংবগী
মহুৎ হেক মশিল্লোদনা
হৌগৎলকউ,
থোরকউ লাকউ ককা হাঈহুনা
তৌবা শারিএ।
মতুনা করিম্ন চৎনরোই
মসে,
ইরল তোনবগীনি
নখোং নথুৎ পুনশিন্দুনা
কৈশুম শংদা,
শেল শিংত্রিবা কাওবা থমলগা
ইনিং তমনা
ইথুৎনা পেম্না ফুদৎকদবনি।

মা। করি ৱানো ইবুঙো।
খোল অসিদি য়ামনা য়ৌনরেনা,
কনানা কনাগী মরল তোল্লুরবগে
ইম্মাদি ইথং থংজত্রি
অমুক্তা তাকপিখো।
নচিন ননাও
খোল পংহা হাজিরখিন্ন।

খু। করি ৱানোনে
মসিদনি ঐনা প্রাণ চাকলিবা।
ভাইখো পদ্ম!
নংবু য়েংজৌনেসে
হিসাব কোর্বেক অসি
তো তো

চহি অনিগী মমাংদগী নংত্রা
ইস্কান নংস্থ
সে সে য়েংবিয়ুসে

( বহি উংপা )

প। ( পারগা মমা মচা লু লুকপা )

কন্যা। তাইবুঙো।
শেন্দি কয়া ওইরবনো ?

কু। অং অং ইবেম্মা
ইবেম্মা — সু — খি

( মকোক হোৎপগম তৌবা )

লুপা য়াংখৈতনিমা।

কন্যা। লুপাগী মহুৎ
সনা ওইনা শিংবদি
য়াবিগদ্রা ?

না। (লোম্না) ইতাও
লৈখোন অমা তৌরকলে।
য়াই হাঙ্গৈয়ু

মু। য়াই ইবেম্মা।

কন্যা। (পদ্মদা য়েংহুনা) অদু ওইরবদি
বারৌবিগনু ইবুঙো
মাগী মমাংদা বা হাঙ্গৈজে হাঙ্গৈহুনা।
খংনবা হাঙ্গৈবা অসি
কয়া পানজদে
তোল্লি তোন্দে থিবিরগনু,
ঐগী গুরুগী লীক অসি
সনা মোহোর অনিমখাইগীনি

মসি পীথোকল্লমলগা
লম্মন কোকপা হাঙ্গৈবন্থু
ওইরগনি।

লে করি তাকপিবগে ?

প। খংদ্রে,—ইমাথোইনা করি হাঙ্গৈরিবগে ?

মা। ইবেম্মা! হুনেমগী ইচিন্দগী করম তৌনা
তনৌ তনৌরবা ইমৌগী
নিংথিববা ওক্তা
শিনরিবা লীকপু লৌথোকউ হাঙ্গৈগদবা?
মমথ্রেদা তাইবংপান!
ঐগী ইপুরোইবা অদো
থোইদোকনা মীখা পোনবা
মীগী মরল তোনব। মীদি নত্তেকো।
অন্থুবু ইচা মুপা
ইবুঙো কুমুদ অসিনন্থু
তোন্দনা তোল্লি করম হাইগবা।

কন্যা তাইবুঙো! লীক অসে
ঐনা পিশক পীকলিদৈদগী
শুজবা নোমজবা হৈরকপদগী
লম্লাই শুজন্থনা তানজরকপা
তরং তরংবা ঈশ্বরনা পীনবিবা
ইরল অশেংবনি।
মসি সনা মোহোর অনিমখাইনি
হাঙ্গৈরিবা লুপা য়াংথৈগীদি
মসিনা মপা চাদে থল্লবন্থু

তাইবুঙোগী অচৌবা
মগুণ্না ঙাকপিদুনা লৌবিয়ু ।
ঙসি মখৈ লম্মন কোকপগী মশীংদা
চঞ্জখ্রগে ।

( ঙক্তুগী লীক লৌথোকপা )

না । থম্মু থম্মু ইবেম্মা ।

(লৈপাক্তা থম্বা )

মা । চৎসি চৎসি ইবুঙো থেংলে
লাঈরবনা লেমনা লৈথোকপা চুমদে,
চৎসি ইবেম্মা ।
ইবুঙো কুমুদ ! ননাও অসে
চৎখিবা কাসু ইন্দ্রান্দি
খংহৌদ্রে ।
নচন অপিশক অসিনা
সুম তৌদুনা ইবুঙোনা কৌখি
হাঈনা তমলে ।
হল্লকমন্দ্রদুনা ইন্দ্রান্না খিরকপনি ।
মতুংদদি ননাও অসি চানবিয়ুকো,
ইন্দ্রানখোঈগী তুংদা
থক খংন চৈন তৌবিগনু ।
মপা লৈত্রবা মচানি,
মপা লৈত্রবা মচা হাঈবসিদি
সংসারদা তোনবা মখৈ
তোনথ্রবা জীবনি ।
ননাওনা নত্ত নত্তবা
খংদদুনা হাঈরম্বদো

খোইখা লীমখা থাবিগন্নু,
বাবৌবিগন্নুকো,
ইন্দ্রানখোঙ্গী চচ্চবগে।

( অহুম্মক খোকখিবা )

কু। য়ামনা কবে চৎপিরো।
চাউবা! ইনে কবোকলৈ কৌরু।

( চাউবস্ন চৎখিবা )

ইতাও। (লীক লোখত্তুনা)
মাগী লীক অসিমা
ঐডোন্দা বিপ্নি ওইবা তারে।
লীলগী মশক শুইরত্নুনা
ঐগী পোৎথাক্তম পীদনা
ইতত্তুনা চীকপা তারে'
পদ্ম লাকনগে তৌরগা
কন্যাগী লীকনা ঐবু লাকনবা তারে।
লেমজবন্সু ফংহৌত্রে
ইফাইবত্তুম মংঙ্গুরে।
কয়িন্সু কায়রে
হম্না হম্না মাই চোপনবন্তা খোকলে,
থল্লু থল্লুবগা
মুংঙাইত্তবনা হেল্লে।
শিংলবা নাম্বাং কৌবা
ঐগী অখোইবা মরুপ!
কয়ি উপায় লৈয়িবগে?

না। কয়িনো কুমুদ!
নংবু ভাব ইতা তাত্রেনা,

ফরিগুম্বা কান্দা কন্যা অসে
নংগী শোইদনা ওইরগনি।
মতুংগী খুদম অহানবা
ওসি নিংথিজনা উৎলরে।
য়েংউ,
মপোকওৈদগী তাজন্নকলবা লন
নখুংপাক্তা লাকপা হৌরে,
লনগী মপুনা খাংজরমগদবা
তরানি মওাই
শোইদনা মশানা খংনা
লাকচন্নগদবনি।
ঐনা অতুক থনবদি
মীওোন্দা হান্না ওংওুম্নবা মুপী
কোন্না লৌবসে মাংনৈদো
মসিগী দমক্তনি।

কু। মুংওাইদা নান্নাং
নরাহৈ তারগা থন্না ইংঙি,
মাংবা শেংবহুদি কোন্না থন্নসি
ইলাইবু লাইম্নি।
করম তৌরগা লৌবা য়াগদগে
মসিদা হান্না থম্নু।
( কবোকলৈ চংলকপা )

মা। ইনে কবোকলৈসু লাকলে
থন্নসি।

কু। ইনে!—মওানি তন্নানিসিগী মমুংদা

নংনা করি ইপায় তৌরগা
কন্যাবু ঐঙোন্দা পীবা য়াগদগে ?
ঐগী হৃদি অসে চাকখ্রেদা
অমুক্তা ইংহল্লুগবা,
ইংহনবদা নথৌদাং
ওইরকলবী ইনে।

কবোকলৈ ইবুঙো।—ইনে লোইয়ে গতি লৈত্রে ॥
তোকলোগবা কুমুদ !
অসি য়োরবা ফাওবা
লাইমা হনখিদ্রেদা
নং অসে।

কু ওম্প্লোকপনি ইনে,
নংদি মুপীনিনা খংলবোই
তুবেল ঈচেন হঙ্গৎপা উরব্রা ?
অতুগুমদুনা কুমুদনা নিংথ্রবা
লম্বী অমুক হোংবা ঙমদ্রেনে ইনে ॥
লাঙ্গথোকনু করম তৌসিগে ?

ক। মরা অসি লৈরিঙৈদদি
ইনেগী শক্তি লৈত্রে।

না। মরা অসি হাৎসি হাঙ্গব্রা ?

ক। হো অতুবা কৈনো
খংবু খংজদ্রেদা।

কু। খংজদে হাঙ্গবনি য়ারোই,
চেকশিল্লকলগা নখোই অনিদি
ঐগী প্রাণনিদো
করি তৌসি হাঙ্গবগে মণং করম হাৎসি হাইষগে ?

পদ্ম হাঙবসে, হৌজিক্তি
ঐগী অতদায় থোকলেদো।
অকপা লৌশিং অমতা
নথোই অনিনা পুথোকপিল্লো।
ঐদি শিরবস্থ অদু মঙাইরে
সত্যনা সাক্ষী ওইরসমু
নোংমতা ওইরবসু
কম্বাবু লৌদনদি তোকলমোই।

না। ডাইখো ডাইখো অদু ওইরবদি,
ঐনা অদুক তাববু,
লিল পুবা মতে মনাও লাক্কনা
কোক্কাক্তা লিল জগোই শাহৌই
হাঈনা ডাই।
মদুম। অশেংবা ওইরবদি
কুমুদনা নিংলিবসি থুংলগনি,
অদুক থিরুসি।

ক। করমনা নিংবা থুংগদবা
ইবুংঙো নাবাং?

না। লিল পুবা হাঈবসিদি
হু মখল মখা য়ামনা পুই হাঈনৈ,
করিগুম্বা মচু তাবা
ঐনা নিংলিবা হু অসি য়াওরমলবদি
মদু খরা কংলগা লোইরেদনা।

কু। মদুনা করম তৌগদবা?

না। (লোমথা) মী ডাবা য়াদেনা,
সে সে চাবা মুমিংতগী

মঙানি তরুকনি লৈরগা শিবা
হু মখল ফংলবদি
মহু পদ্মদা পীজরগা
কুমুদগী নিংবা থুংলেদনা।
চাবা সুমিত্তগী চোম্বনা শিরবনিনা
পীজবদস্থ খুদোং চাবে
মীনস্থ মী হাৎলি হাঙ্গবা
গুন্মোই পীজবা মীহুবু।
অসুমনদি ওইরবদা
ঐখোই মহৌশা ইতিন
তিন্নদবনা পীজগদবদি লুখ্রেদা।
মন্থগীদি ঐ লৈ
চৎসি চৎসি থিরুসি।

ক।

(অহুম্মক খোকখিবা)

---

## অহুমশুবা উৎপা

### লম্বী

( লিল পুবা মতৈ মনাও চংঙকপা, হুপানা তুম্বা খোংবা, মতুনা লিলপোৎ পুবা। )

## ইশৈ

### বিহাগ কওয়ালী

মতৈ মনাও। লাকও লাকও নৈবাক পুম্বা
ঙেংঙো লাওনে লিলগী জগোই
অঙকপগী মতৌনি ফজবগী
মওংনি।
উদ্রবদি থাজবিরোই ঙেংঙিদ্রবদি
খংবিরোই
খংদা উদবা ঙেংবিনবা অরাপ্পদগী লাকপনি
য়ামনা রানা তম্বিরবা মতম চংনা
তাকলবা।
মতোক ফম্বা থাঙ্গত্তুনা শাগদবা জগোইনি
ফুংঙাইত্রগা পীবিগন্নু ফুংঙাইরগা পীবিয়ু
লিক্লোল খুজীং খরদং লাঙ্গিরবা ঐঙোন্দা।
( কুমুদ নারাং কবোকদৈ চংঙকপা )

নারাং। ঙাইখো ঙাইখো লিল পুবা!

লীল পুবা। করিনো?

না। মী অহুমনা ঙেংবদা
কয়া লৌগনি?

লি। মীশীংদা চত্তে পুংজাদা চৎলি
অমতনা ঙেংলবসু
ময়ামনা ঙেংলবসু অঙ্গানি
পুং অমদা লুপা মঙা লৌজে।

কুমুদ। শাহল্লো য়েংঙসি
মতম কোম্না য়েংনসি।

লি। য়ামনা ফগনি।

লিল পুবা। ইশৈ

দাদরা

মতৈ মনাও। য়েংবিরো ঐগী লিলগী জগোই
ঐগী লিলগী জগোই,
মতোক ফম্না শারে
তাংলৈ থারো অনিমা।
তান চারে তাংলৈ মরৈ তমলে
তাংলৈ মরৈ তমলে।
খু খু কামলে থারো
তানগা লোইননা।

না। ওকলে ওকলে,
মমল করা থোকলে?

লি। ইবুঙোথোই।
লুপা অছমদং নিঙরি।

কু। ইয়াম্বা!
লুপা অছমদু পীরগনি।
বা অম-গা হংগে
শেংনা তাকজা?

লি। করিনো হংবিয়ু
অথংবা ওইরবদি
তাকতগনি।

না। নংবু—

(লোম্না) করিগুম্বা য়োম্নবা

হু পুরকপ্রা ?

লি। পুরকই।

না। (লোম্না) করম কয়ম্বা হুনো,

মমননা কমদোৰা ?

লি। ফর ফরবা য়াওরি

মনমতা নম্বদা মী শিবা,

হেক শোকপদা মী শিবা,

অদুগা পীজরগা

নিনি হুমনিদা

মঙানি তবানিদা

থাদা চহিদা শিবা জাং য়াওরি।

খ্বাইদগী হেন্না ফবা

পীজরগা চয়োন্দা শিবা

পীজবদগী অচাবদো মমোনস্থ থোক্কবা

মচু মমেন থোইনা এন্দবা

হু চাবগী চিক্ক করিমতা লৈতবা

অদুগুম্বা হু য়াওরি।

মমন্তবু—

গাড়ীনা চিংই।

না। পীজরগা তরেৎনিদা শিবা

নংগী হু অদো

মী অমা শিননবা পীজবদা

কয়া য়ামনা চংগনি,

অদুগা মমননা কয়া লোগনি ?

লি। চংনিং মথাঙ্গী অমগী আন্দাজ
মীঙোন্দা পীজবা ঙমলবদি
অচাবা মী অদো
তবেংনি শুবদা
চাখিবা মতম অতুমক্তদা
শোঙ্গদনা শিগনি।
চাখিবদগী হৌনা
বাঃঙাংবা ঙম্লোই
জ্ঞানসু লৈরোই।
মমন্দি
চংনিং মথাঙ্গী অমগী মরূমদা
লুপা চনি লৌজে।
না। খাম্মলী, খরা তাও।
লি তাবদি ঙমজররোই।
কু। সে সে মমল চনিসু লৌবো।
জগোইগী লুপা অহুমসিসু লৌরো।

(লুপা পীবা)

নংগী হু অহু পীরো,
মীঙোন্দা তাকউমুকো।

লি। (লুপা লৌবা, হু পীবা, নারাং লৌবা)

ইবুঙোথোই!
নখোইদা খুরুমজরি,
ঐ য়ামনা লোম্না য়োনজরিবনি।
ঐদি লৈবা য়াদ্রে
ঙসিদক
কাছাড়দা চচ্চরগনি।

(লিল পুবা মতৈ মনাও চৎখিবা)

না। হৌজিক্তি
ইনেগী নথৌ লাকলবনিনা
হু অসি শিন্নরবনি।

( পীব, লৌবা )

শোইগনিকো ইনে।

কু ইনে করমনা পীজগনি,
ঐদি খন্নবদা মমথ্রেদা।

ক। মতুগী দমক
করিমতা নুংশা থিগনু ইয়াশা!
ঐনা শোইদনবা
ঙসি হয়েং অসিগী
মনুংদা হোংনরগনি।
মতুংগী পোংথিদুন খন্নরুরো,
ঐ চংলে। ( চংখিবা )

না ঐখোইসু চংলে
শোইহনগনুকো ইনে। ( অনিস্সু চংখিবা )

## মরিশুবা উৎপা

### পদ্মগী য়ুম

### মুংথিন

( পদ্ম অমস্থং কন্যা )

কন্যা। ঙসিগীসিবু
কৈদনো লেংগদৌরিবসিবো ?

পদ্ম। ঐহাক,
লৌবুক কুমলুগে।

কন্যা। ৱা অমতা হাঈজথিগে
হাঈবৰু থীল্লগদ্রা ?

প। করিগী থিনগদগে
হাঈয়ু তাসি।

কন্যা। ঐহাকী চোংকদ্রবা মিৎলু
পাম্বোম য়ামনা তোইনা
চোংই,
ঙসি অয়ুক য়াহৌরকপদা
বৃন্দাদেবী থুকমজগে
থোকচবদম্মু কাকনা
ইথক্তা পাইদুনা
লাকনা লাকনা খোংই।
মসিগুম্বা থুদম অসিবু
ফত্তে হাঈনা.
মমাংঙৈদা পাবুংনা
ৱারি শাবিখি।
ইবুঙো !

নঙ্গাক নত্তমা
তোল্লবী ননাই ঐদি কনা খংজদ্রে
হন্দক্কী মপোক অসিদা নত্তে
মপোক মপোক খুদিংগী মনাইনি।
মসি খনবিদ্রুনা
ঐনা হাঙ্গজবা তাবিয়ু,
ঙসিদদি লেংখোকপিয়গনু।
খুদম অসিদমু নত্তনা
মংসু য়ামনা মুংঙাইরমদ্রে।
অদুগা মী হাঙ্গবসিমক্তবু
য়েকনা তিংখংনা কোঙ্গাইনিদো।
প। মংসু তম্মু তাসি।

কন্যা।

## ইশৈ

### কীর্ত্তন আড়া ঠেকা

মপু করি হাঙ্গসিবা ঙসি।
হিংলিঙৈ শিরগা মপোক মপোক্তা
নংনা থাবিগনু ঐসি।
অহিংগী মমৈদা উজবা মংনিদো
খনবদা রারে থরাইসি,
ইচেল কল্লবা লাইজ ইরৈদা
তাওথখিনে রানা নংসি।
কারকপসু উদে হয়সু য়েংঙমদে
লাকপা উদে ঐনা,
ঙসিদি লেংবিনু তাবিয়ু নিজৈয়ে
খুরুমজরি খুয়া খাদা।

প।

থংলে ইবেম্মা !
মং হাঙ্গবসে
করিগুম্বা কান্দা চুম্বা য়াওই।
অতুবু ঙসি নংগী মং অসিদি
থোক্তনবা শ্রীকৃষ্ণনা
কৃপা তৌবিগনি।
মসিগীদমক নপুকনিংদা
থোইদোকনা বারুগনু।
অরাবা বাথনগী মৈনা
চাক্তুনা
নংগী নিংথিজরবা হকচাং
মউ অসে
উং ওইনা মাংখিবা তারে।
অফবা খল্লগা
অনৌবা ময়োল হুনবনি।
ঐহাক অসি
কনাগুম্বা মীগী মফমদা
লাল্লুবা লৈত্রি।
মীগী মাংননবনু তৌরুদবা
লাঙ্গরনসু পোকলবা ঐহাকপু
লাইনা লাঙ্গবিরোই
লেপনা কৃপা তৌবিগনি।
করিগী দমক বারুগনি
মহাকনা
থবাই হকচাং অমদি
ঐনা ফংজঁবদা ইতিক চাত্রবা

কন্যা কৌবী ইথরাইগী থরাই
পীনবিহুনা লাঙ্গৈরবা সংসার অসি
স্বর্গগুমনা থমবিরি।
অহুৎস্বা ইবুঙো মহাকনা
পুগে হাঙ্গৈবা
লম্বীদা চিংলবদবু
করমনা চত্তবা ঙমগনি।
পুনশিগী ইচেন্না
চেম্বরকপদা
অনৌ অনৌবা
লৈরাইদা থেংবতনি।
কন্যানা অফবা
রাখনগী লৈনা শেম্বা
পাওতাক নাচোম,
যত্ন তৌনা
পুকনিং নাপদা
করিগী দমক পদ্মনা
হয়াওবগা লোইননা
চিল্লোইদবা লৈবগে ?
ঐ হুমিং তাদ্রিঙৈদা লাকনি।
ইমাগী মনাক্তা
ইমাগী খুংঙাইনবা
ময়াথং লৌহুনা সেবা তৌবন্মু।
মমলবা লাঙ্গৈরবগী
য়ুম অসি
ইরাইবকনা ফংজরবা

কন্যা কৌবী মণিনা
মতম লৈবা খিবিক্তা
ঙাম্লিবনি।
ঐ অতুক চংলুখিগে।

(থোকনখিবা)

---

## মঙাশুবা উংপা

### মুংথিল

লম্বী

কবোকলৈ চংঙকপা

কবোকলৈ। (শোনবা) পানা অসি য়েংবদা
কনানসু হু য়াওই হাঙবা
থংলরোই।
ঐনা পাপ তৌবনা নত্তে,
কন্যানা ঐগী বা ইনমন্দত্তুনা
কুমুদগী থৌইনশিন্না ইতেং ওইবনা
পাপ চেনবা পদ্মনা
পানামা প্রাণ থাগদৌরিবনি।
মসিদা ঐহাক্কী করিসু দোষ লৈতে
পুকনিং!
থুক্কনু, কিগনু।
করিসু মুংশা থীগনু।
তৌগে হাঙনা চংবা থবক্তা
কিন্নুনা হনফদে।

কীরবদি তৌগনু
তৌরবদি হনগনু
হাঙ্গবা ইপা ইপুগী
পাউরৌ লৈরি।
খল্লুরগা পন্ম হাংপদবু
কবোকলৈ ঐনা
করি চিংনফম লৈবগে ?
ঐনা মীরোন খংডকপদগী
তৌজরকপা শিনফম,
মী অমগা অমগা নুংশিনহনবা
অসিগী লংলা লংজিন লেংবা
ফত্তবা থবকসু নত্তবা
অসিদা য়েথংপা কন্যা,
মাগী মপুরোইবা অপংবা অমা
মাংহনবদবু করি চিংনগনি।
মসিগুম্বা থবক অসিদি
মমাংঙৈদা লক্কা থোকখ্রে
মতুংদসু লক্কা লাকখিগনি,
ঙসিদা থোকপা
অনৌবা কুম্মে নত্তে,
সুপকী কীগন্ত পুকনিং।
পন্ম মাগুম্বদা
হু হাপ্পা পানা পীজবদি
হরাউনা খম্মোকউ।
ঙসি মানা নিংথিনা
চাও হাঙ্গবা য়াত্রগা

নমতুনা অকীবা লৈতনা
ময়া ফাক্তুনা ইনগদবনি।
তৌগে ঙসি ঐগী ইতিক।

( হাঙ্গৈরপ য়েংবা )

এঃ আদা লাকলিবা অসে
পদ্ম মাল্লি!
মানি মানি শোইদ্রে
থবক পাংননবা হোৎনবদা
ফিংগন্মু পুকনিং তপথখো।
মরাইবকনা শিউ তমগ্রবদা
কনানা খেৎপা ঙমগদগে,
ময়ুমদদি চিনপাদবনি পানা পীজবা।
অতুনা লাইনা মাবু
ঐগী দমক
পুবিরকলে অচিকপা
কনাসু চত্তবা লম্বীসিদা।
অতুনদি
চিনবানথোং খোইহী তৈশিন্নরগে।

( পদ্ম চংঙকপা )

হাইমা ইবুঙো!
নংদি কদোমদনো?

পদ্ম। ইন্দোনবু
ঐহাক লৌবুক কুমজগে।

ক। মরম ওকইদকো ইচাদে
শকনা ফজবনে

নৱাহৈ নরমচংনা ফজবনে
কন্যা মরাইবক ফৈদা সত্য।
অমুগা ওরাং নহান্দি
কুমুদগা করি করিনো
শোরি পারি তৌনৈ হাঙ্গনা তাই।
মহুস্থ কন্যানা লীক পীরমহুনা
নংনা লাকচগ্রে হাঙ্গিবৰু চুম্ব্রা?
প। হোই, পীরমই।
খোইদোকনা ঐনা লাকচৰা নত্তে
লম্মন শিংঙম্বতনি।
ক ইন্দোম্না তাবদি
কুমুদনা মচোং মপাক নাইদনা
পংঙাং ঙাংলকপদা
নংনা মঙক থুদেককে
তৌই হাঙ্গনা তাই।
কলক পেনখ্রে!
মসি মচোং মপাক নাইথিদ্রে
অতুমনা মহু য়থেকপনা চুমই।
ইমৌগী লীক অহুবুদি
ইচাসিদি
নংগী নপাঙ্গল লৈরিৰৈদা
তরা শাদোকপস্থ মঙাইদনা।
মমা মপানস্থ মথস্তা পোকই
মখোইনা শারবস্থ শাশিত্তবা পোংনি
করি দায় লৈবমোমা।
মুংঙাইরে ইন্দোন পেনখ্রে।

অহুগা ইন্দোন্দি
নখোইদা লুহোংবা মতুং
নোংমা কোনবদা লাকলম্বদো,
মতুগী মুমিৎতা য়ুমদা
হেক হল্লকপদগী নিংথম চন্দুনা
লাইহৌনা নোংমত্তা কাংখিদরে
খব নাকুরে।
ঙসি ঙবাংতা
খর খর হৌগৎচরকই,
ইমৌ মশক উদবা কুইরহুনা
নখোইরোম পাংলকলিবনি।
মাদি নৈহৌব্রা?

প। নৈহৌই।

ক। ফরে ফবে নংমু চৎলো,
ইন্দোন নখোই য়োকুখিগে।
সে সে অতৈ করিমু য়াওবক্তে
পানা মতপ অমতং য়াওরি
অসি চাখোসে।

প কৈদগী ইন্দোনহুম হাবিয়ু।

ক ইন্দোন্দি নখোইদা
পিক থম্মা চারুরগনি।
ঐগীদি করিমু য়াওরক্তে
মসি চাখিদ্রবদি
ঙসিগী মুংঙাইররোইদবনি ঐদি।
(পানা পীবা, লোহুনা খুরমলগা চাবা)

প। ঙসিগী ইন্দোমা পীজবা

পানা অসিদি
ওম্থোকনা হাওগ্রেদা
অম্লুক হাওবা অমুক্তা চাখিদ্রি।
ঐ য়ামনা থুনা হঞ্জরক্কনি
ঐ লাক্লিব্রা ফাওবা ঐখোইদা
হুম!
মতা অমা তৌইনা
কোকচাওবী কাইনা।

ক। কোক ঙাওরব্রা ইবুঙো?

প। ইন্দোন ঐহাকপু
মতৌ অমা তৌরে
হুমাংনা পুমচোৎ চোৎলে
চুম্নগী পানানা
কোক ঙাওবতা নত্রে
সংসার অসি পুম্মমমগ্রে
জ্ঞান লৈশিনলক্লে।
কোরৌহনবা উখিদ্রে
হাঃ কন্যা নংগী মংদা
তারগদ্রা ঐবো। (কমথবা)
ইন্দোন ঈশিং ঈশিং
ঈশিং খজিক্তা পীথকপিয়ু।

ক। করিনো! করিনো!
ইচাদি মাংলেদনা
ইন্দোন ঈশিং শোকউখিগে।

(থোকখিবা)

প।

লৌশিং কৌবী লাইরেম্বী
মতম লৈবা খিবিক্তা নংনা,
ঈশ্বরগী য়াথং ইন্দুনা
ইশাবু শেনবিরকইবী
হৌজিক ঙাইহাক্তংদগী মমুংদা
পদ্মগী হৃদি পদ্মদগী
কদাইদা লেংথোকপিগ্রবগে,
অমুক্তা লেংশিনবিরকখোবা
হাঃ ইমা অপোকপী
নচা পদ্ম
বা ঙাংবা ঙমশিল্লক্তে ।
ঐগী হকচাং অসি
অমম্বা লৈচিন মরক্তা
অকনবা নোংমদোন
নোংলৈমা লৈতুনা
অকংবা তেরা মফোম্মা
পাইবগুম লৈফম থংদ্রে ।
থবাক অসিম্ব চাকখ্রেদা,
মসিদি চুমনগী পানানা
কোক ঙাওবা নত্রে
করিমতা ভাবম্ব তাদ্রে ।
হাঃ তাইবংপানগী মপু !
ননাই পদ্মবু
শ্রীপাদ পদ্মদগী থাদোকপিরগম্ব
পিশক পিকলিভৈদগী

নখোং থম্বালতবু নিংজরকলবা
তোম্লবা ননাই ঐনি।
ননাই ঐগী হকচাংদা
নংনা পীনবিবা
ঈশ্বর নংগী ছায়া ওইরবা
ঈদগী শোর থাইদোকলকলে।
হকচাং অসি মৈনা,
চাকশিল্লকলে। ( ছিপথবা )
হা পলেম ইমা ইবেম্মা লৈহৌরো।
ঐগী দমক্তা রাহৌরবী
কন্যা কন্যা,
হা যশোদা মপারি
শ্রীকৃষ্ণ কৌবা ইবুঙো!

(থরো থরো ওনবা)

ইরৈ খচ্চবা ঙমলিদৈঙদা
অমুক্তগা কৌজহৌথিগে
রাধাকান্ত!
শ্রীমতি রাধিকাগী চাম্নথোইরবা।
ননাইনা—না রারিবা
অসি—অমুক্তা—মিৎয়েং
তাবিয়ু
অমু—ক্তা—ন—না—ইনা
কৌ—জ—বা
তা— ( রা ঙাংদবা )

( ঈশিং পুতুনা কবোকদৈ চংঙকপা )

ক। (ফিংনা) হাইমাইপেম্মা!
করিনো ভৌরিবসিখো,
ইবুঙো পদ্মসিং।
করমমো
কবিনো ঐনা হৌজিক তৌগদবসিবো
(শোমবা) মীদি তালক থোকপ্রেদা
মসিদা তুমিন্না লৈথোকলবদি
কৈশুমশং য়োবা তারে ঐহাক।
(ফোংনা) হা হা কনা কনা লৈবগে
লৈকাই সিরাইসিবো।
মসিদা মুপা অমা তুম্বনা লৈরে
শিরমাল্লে শিরমাল্লে
থুনা লাকও থুনা লাকও।

( লৈকাইগী মী অনি চেল্লকপা )

অহানবা মী। হা করিনো কব্রি তৌরবগে
কমানো তুরিবসিনা?

ক। খংদে খংদে মশক খংদে।
ঐনা অসুম লাকপদা
লাপনা তুখিল্লা উই হাঈদনা
চেনশিল্লকপদা মঙাইরমই ঐস্থু।

অনিশুবা মী। মীশক কোম্না য়েংসি
মুংশা শোর হোল্লিত্রা
হান্না য়েংখো ইবাইতোন।

( অহানবা মী কমথুনা য়েংবা )

১বা মী। মুংশা শোরদি হোল্লি

কমানো মসিবো ( য়েংবা )
এ এ নিংথৌজম পদ্মনিনা।

২য়া মী। হিঃ পদ্মদি
মশাদা অনা অয়েক
লাইথুং লৈবা মী নত্তেনা।

ক। অসিবু ঐখোইগী
কন্যাগী মতৈ
পদ্ম হাঈবদুমনে ?

১বা মী। মানি। ইনে কবোকলৈ।

ক। মাংলেদনা অদুদি
(চংশিন্দুনা পদ্মগী কোক মফেদা থাংগৎপা, মফীনা হুমাই হুম্প)
ইমৌদি মাংলেদনা
ইবুঙোখোই
কনানো নখোং য়াংবা অমত্তা
ময়ুমদা খর তাকপিজন্দ্রবদি
কময় তৌসিগে।

২বা মী। ইনে ঋংগন্ন।
করিস্থ তৌরোই,
শিবা নত্তে
মকোক তুক ঙাওবগুম তৌবনি।
ইবাইতোন ঙাইহাক্তং লৈরমখো
ঐ অদুক তাকউখিগে।

১বা মী। খর থুরকউ ইবুঙো,
চুমনগী কোক ঙাওবদা
মত্তবগুম উরি।

( ২বা মী চংখিবা )

ক। হাঃ ইবুঙো করমনা করমনা ?
নংবু মাইবা শাত্রা ?
মশা অসি করম করম্বা
লৈখোল উরবগেনে ?

১বা মী। ইনে চুমনগী কোক ঙাওবা
ওইরবদি
পানা চাবগী
লৈখোল ওইনা উরিবসি
তিন কংলোইদবনি।
পানা খরম্মু
ওথোক্কুনা তারিবসে
মহী য়াওদে।
ঐ মাইবা শাদে
কম্বিস্মু খংজবা নত্তে
অতুমনদি ওইবদা
খোদো অসি খর ওকই।

(২বা মী, মাধবী লাকপা)

মাধবী কদাই ইচাদে
তুরিবা অসিরা
করিনো ইচানা তৌরিবসিদে ?

(পদ্ম মনাক্তা ফম্না, শিৎ নানবা)

করিনো ইবুঙো !
নংনা উফুল মরক্তা
হিপলমলিবসিদে,
ইচাদি ঝা ঙাংবা
ঙমদ্রবোইনা ;

ইঃ মকোক অসিদি
মৈ মরূম শাখ্রেনা।

( কন্যা চংঙকপা )

কন্যা। ওস্থোকপনি তৌরিবসিদি
ঐদি মাংলেদনা
হা ইবুঙো, করিনোসিদে

( খুয়াদা খোং নোইবা )

# ইশৈ

## ভৈরবী একতালা

শাবি ইবুঙো ইমান মচা পাম্মুবা
করিন্নুংগী লৈদা চেপ্লিরে
তাকপিয়ু ঙাইবিখো থরাই মণি
করিগী তুমিন্না লৈবিরে।
লাকচরে ননাও লাইবক থীবী
লেংওসিনে লাঈর-শংদা।
তরাম তশোই নিতি নিংথিবা নওং
মফম কৈদা থম্বিখরে।
করি খনবিবা তোল্লবী ননাইবু
চংকে তাকতবা য়াজরোই
নত্তে মপোকসিদা লেংদবা ননাইনি
মুজা লেপনা তুং ইনজনিয়ে।

( কপ্পা )

মা। ইবেম্মা!—ইচাগী খোং অদো তুক য়েংউ।

কন্যা খোং অনিমক খুজিন মথৈ মুসুক মুই।
ইংবসু উন মরুম ইংই।

(কপ্পা) হা ইবুঙো অসিরা
থুনা হল্লক্কনি হাঈবদে।

মা ইচাদি মিংফম হোংলেনা,
ইচাগী মিংফমদি ফজথবনিদা
করিনো পদ্মসিং! (কপ্পা)
থম্বালগা মান্নরবা
নংগী নমিৎ অহুনা
মফম কদাইদা থমগে।
ইচাগী শোর অসি
অথিংবা অমম্ব য়াওরকলেনা
করিনো তৌরিবসিদি।
হা মোংদম্বা
করিমুংগী ইচাবু
অসুক বাবা দশাসি
পীরমলিবনো?
ইমাগী ইবুঙো!
ইমা লাকলে
ভাইহাক তুমগোই হুল্লবম্ব হৌগৎলো,
ইমাগা পোম্বী চিল্লোকনবসিগবা।
ইমা লাকলগা নংনা
করিগী তুমহুনা লৈথোকলি
হৌগৎলো।
ইমানা কৌবা খুমলো
ইমাগী মণি পদ্মসিং
হা ইমাগী ইবুঙো!

২বা মী। ইন্দোন মাধবী, কপথিল্ল

করিস্থ তৌবা লৈত্রি।
নহাকনা ফিংগৎলবদি
লাঈকননবা যারগনি।
মফম অসিদা অস্থম লৈহ্রনা
মাইবা অথংবা অমা
কৌসি হাঈত্রা ?
পো-থাংহ্নবা পুরগা
য়ুম য়ৌসি হাঈত্রা ?
নখোইনা পাম্বা অমতং হাঈয়ু।

১স্থা মী — মসি থোদো অমনি।
মফম অসিদা কুইনা লৈবা
ফগনি হাঈনা নিংদে,
শুমলবদি খুনমক য়ুম য়ৌবনা
ফগনি হাঈনা নিংই।
য়ুম য়ৌরগা
মাইবা কৌবনা ফগনি।

ক। — ইবুঙোখোই !
মাইবদি কনা কৌবা ফগদগে ?

২বা মী — ইনে,—হৌজিক কালগী চৎনরিবা
অসিগুম্বা লাইনা
লাইপু শলাই থংদবসি
য়েংলিবদি
অথামগী ইবুধৌ
ভৈগ্যসিং মঙাই।

দা। — ইচাশা !
ননাও অসে মপা লৈত্রবা

নচিন মমাওন্থু লৈজদ্রবা
কনা লৈত্রবা মচানি।
য়ুম য়োৌগদবসিদি!

ক। ইবুঙোখোইনা কৃপা তৌবিয়ু!
(কন্যাদা) ইবেম্মা কন্যা! ওস্মোকপনি!
ওসিগী মতৌসে,
কৈথেন কাগে কত্রং লৈগে
লাকপনি, কারয়োই হল্লগে।
ওসি ইচানা তুখিবসি উবা
ঐনা ইহান হাল্লি,
ইচাশিংস্থু ঐনা কৌবনি।
করম্বা মতৌনো
ঐদি পুমঙক ওকপ্রে।
ননি নমৌবুস্থু ইনেনা কৌহনবনি
ইনে কুইরে, য়ুমদদি অহুক
হল্লুখিগে।
ইচে, ঐ অহুক চৎলুখিগে
অহুক তন্না হল্লকনি।

মা। ইবেম্মা! ইবেম্মা!
নচা থাদোকপিস্থু
থুনা লাকপিয়ুকো।

ক। কনি কনি।
কন্যা ইনে চৎলে। (চৎখিবা)

কন্যা। ইনেতোন।

১বা মী। অহুদি চৎনবা তৌরসি
ঐথোই পোজমমলগে!

ইন্দোন হাকনা মুংশা থীরুগন্নু
ঐখোই লৈল্লি
ওম্বামথৈ হোৎনত্নুনা
য়ুম য়ৌনবা হোৎমগনি।

(পোগে তৌবা, য়ুথন খাদবা)

---

# ৪শুবা মতাং

## অহানবা উৎপা

### মাইবগী য়ুম

(কুমুদ, নারাং, কবোকলৈ লাকপা)

কবোকলৈ। অথামগী ইবুধৌ
ভৈগ্যাগী য়ুমদি অসিনি।
রা য়ামত্নুনা কান্নরোই
শোইদনা কৌরগদবনি।

নারাং। ইনে!—হোরেন পীস্নু পীথোকলম
কৌত্ত্রবদি
নংনা শিংগদবনিদো।

ক। ইবুঙো নং অমা শিংত্রে -
চালুক থাবস্নু মং,
চাক ভাকপস্নু মং,
মকোক ফম্বস্নু মং,
লাইমা হৈত্রে।

নং ঐ তান্নহনা
শোঈররোই হাইরকলবা মক্তদা,
ৱা শাংনরগন্নুসি।

কুমুদ নত্তে থংনবিগন্নু,
ইমুং অসিবু
মী লৈতমাল্লে
ইনে অমুক্তা কৌহনা হংঙু।

ক ৱা অমতা হংজগে
ইমুং অসিবু মী লৈব্রা ?

মাইবী। (মন্নুংদা) হা কনানো
করি হাঈবগে ?

(মাইবী থোরকপা)

কু ইবেনবোক ঐখোইনি।
ইবুধৌ লৈব্রা ?

মা। হা ইবুঙো নংবু কনানো ?
নশক থর থর থংবগুম তৌইদি হাঈববু
ইবেনবু মিং নানগা ফত্তরবসিনা
থাঙ্গৈশেংনা থংদ্রে।
নমিং করি কৌবগে ?

না। কুমুদ কৌই।

মা। কয়ুমনো ?

না। থোদামনি।

মা। কনানা পোকপা ?

মা বিনোদ কৈরুংবনা পোকপা।

মা। হাইমাইপেন্মা !

কৈজ্জংবগী মচা তোমপোক
কুমুদ হাঙ্গবন্থু অসি ওইরে।
মশক মতৌদি হীয়াং কুম্মেমি,
অদুগা হৌজিক কাল অসিদা
তৌবা ওমই হাঙ্গনস্থু তাই।
কুমশী য়াওশংদা
মখা লৈকাই পেনা তাবদা
লুপা কুন হেক পীথোকলমই
হাঙ্গনস্থু তাই।
খংলে,
তাই তাই নমিং তাই।
য়াম্মনা ওক্তে হাইনা তাই।

ক। ইবেন,—মীনা হংবদি খুমদ্রদুনা।
মা। হাইমাইপেম্মা
মো নহা অমস্থু
য়াওম্মকলিনাসিদে।
না। ইবেনবোক
ৱান্নকপা কোনখিয়ু,
হৌজিকপু
ইবুধৌ লৈত্রা লৈতত্রা
মদু হান্না তাকপিখো।
মা করম্বা ৱানো নহাসিদে
মীগী মচা মৱাবু
লৈত্রা লৈতত্রা হেক্তা মহংবসিবো
নখোইনা লাকপসিগী
ৱারোম হান্নহাঙ্গখো,

থংদনা লৈ লৈতে
পা হৌনদে।
ঐখোইদি নুপা নহাবু
য়ামনা লুনা থমজরিবনি।

ক। ইবেন,—চহি অছু য়োরবদা
করি তৌগে হায়ইছুনা থুপলিবা
লৈ লৈতেদা তাকপিয়ু.
ঐখোই য়ামনা খোরাংনা ভাইজরে।

মা। অই!—করম্বা নহা নুপী চিন্থীবিনো
ঐনা অহল ওইরগা.
নংনা রাবিরিব্র?
নং নহানি হায়ইছুনা
ঐখোই নবুধোগী
পুজারী ওইবিগে হায়বিবিব্রা?
মাদি ইখং খংদ্রেছুনা
নং নচা নরা পালম্মোঈ
নুপী ওইবগী লৈখোন
মচেৎ অমতা পক্তে।
ভাজোহাঈ হায়বিগে
নুপী হায়বসে
নুপাগী মনাইমি,
নুপা হায়বসে
নুপী ঐখোইগী ইবুঙোনি।
নুপানা ফত্তবা লিশিং তৌরবস্তু
পাপ লক্ষা তৌরবস্তু
নুপী ওইবা ঐখোইনা

মহুবু ফজবনি অফবনি
হাঙ্গবা হৌনদে।
মুপী ঐখোইগীদি
হৌনবা সেবাদা কাইদ্রগা লোইরে,
মহুতবু মুপীগী লমচৎনি থংজো।
হৌজিক নখোইদি অছুম লাকই।
ইপুরোইবদি অহনস্থ অহন্নি
নখোইনা ইমাংদা
যাগে পুনগে তৌরবদি
করম তৌগ নি নং খংব্রা ?
দং মসিবুনে
ঐনা খংহৌদম্না
নখোই মশেন
হান্না উনজপ্রবদি
ঐনা কবি হাঙ্গদগে,
হান্ননা ঐগা উনববনিনা
ইবুঙো মাগী অফব্রা ফজব্রা
হাঙ্গবা মুন্না খংলগা
থবক তৌগনি।
নখোইনা থুম য়েংকক অমা
লোইদ্রিভেদা যুমথাং য়ৈগদবগী
মুপা মীরাইবা শাজংতো
মসিদা তম্মগম্নু।
নখোইনা হান্না মরম তাকত্রবদি
হংগম্নু, ঐ থুম্মোই।

ক।   এঃ—ঐ রা মথা তাদিংজে।

কু ইবেনবোক!
ঐখোইগীদা অনাবা অমা
য়াওরদুনা
ইবুধৌ কৌজবা লাকচবনি।

মা হোঈ। হোঈ!
য়ামনা কন্না নারম্বা ত্তারে,
মাইবা কৌবদা সুপী সুপা খাক্তনা
নৈকাই হৌরকলেদনা।

না। (শোনবা) লাইমা শাথিপ্রেদা।
(ফোংনা) চুমই ইবেন
কন্না নারম্বা মকনি,
ইবুধৌ উনজবগা
লাঈনা লাইশক ৱারি তৌজগে,
ঐখোই সুংশা থীনদুনা
পংচেন চেন্নরকলবনি
লৈ লৈত্তে তাকপিরোবা।

মা। হো ঙসাইনা অদুম হাইয়ুদনা
নবুধৌ চেপলী
অদুক লেংখৎলুথিগে।

( চংথিবা )

না। হন্নুবী অসি
য়ুম্বাল লোন্দি থেংলে।

কু। তুমিন লৈরো, থোরকলে।

( ভৈগ্য চংঙকপা মিৎ নোইদুনা )

ভৈগ্য। ইবুঙোখোই
করি থবক্তীমো?

শনা। ইবুধোবু
ননাই ঐখোই
করিগুম্বা অমত্তং লৈজত্রনা
লাকচরিবনি।

ভৈ। করিনো
হাঈয়ু তাসিদনা।

ফু। নিংথৌজম পদ্ম হাঈবত্থু
য়ামনা কন্না নারে,
মতুগীদমক
ইবুধোবু কৌরব্রা
অত্রু হংজগে হাঈত্রুনা তৌবনি।

ভৈ কৌরদেনা হৌজিকমক্তে,
করিগীনো
নখোইনা হংলিবদে?

না পদ্ম হাঈবসে
ঐখোইগী য়ামনা
চান্নথবা মরূপনি,
ঙসি লম্বীদা
থংহৌদনা তুত্রুনা
মরোন মরীম্বু থোক্তনা নারে,
অসিগুম্বা লাঈনা অসিদদি
ইবুধো মত্তনা
য়েংবিনিংঙাই লৈত্তেদো,
অত্রুনা ময়াম তাম্রবদা
ইবুধো কৌনি হাঈনৈ।
মহাক্কী লাঈনা অত্রুনা

খ্বাইগা মান্নদবা অতুদা
মহৈ মহৈ পংচেন চেন্নবে,
ঐখোইমকনা নীংবদি
মখোঙ্গী মী য়োরম্মগনি
হাঙ্গনা নীংঙকপনি,
য়োরমদ্রিবসিনদি
খব ঙকলে।
ঐখোইনা যুম্মুমক্তি নত্রিবনিনা
ইবুধৌ পুজম্বম্ব
কয়া ফজদ্রি
অতুনা হংজবনি,
করিমতা শঙ্কা তৌবিগনু।
ঐখোই অমুক হল্লুথিগে,
য়ুম্মুগী মী অমৰু
শোইদনা কৌহজ্জবগনি।
অতুগা মহাক অসে
শোঙ্গবা য়াবা নত্তে
য়ুম্মুগীদি খংজদে
ঐখোইনা ভমজবা
দক্ষিণা হান্না খর কচ্চরমলগে
হাঙ্গবৰু করি হাঙ্গবনো?

ভৈ অই অই
কম্না ক—ক—ক—কম্না
অতো নরা থুমই
তাবদা ওইনমই।

(ইমুংলোমদা ওনশিন্মুনা)

হাঙ্গ হাঙ্গ লৈত্রা?

মা। (মন্নুংদা) কৈজে করি হাঙ্গিবনো?

ভৈ। ফিদা পুবকউ
ইবুঙোশিংগী হিদাক্কা
হাল্লকউনা কাবিনো
রা খংখিদ্রেদা লাইমা।

মা। (মন্নুংদা) তৌজবক্কে তৌজবক্কে।

না এ কবিমতা তৌবিগনু
ইবুধোগী মাংদা ফিদাস্থ ফমজনিংদে
হীদাকস্থ খকচনিংদে,
ইবেনোক পুবিরক্কনু।
ইবুধৌ।
নাবা হাঙ্গিবসে
অফ ফত্তবদি লাইনা তম্বনি,
যেংবিবগী দমক্তা
হান্নবা লুপা কুন্থ্রদং
দক্ষিণা কচ্চবমলগে,
থুনা হন্দুনা কৌবনবা
থৌবাং অমতা তৌজক্কখিগে
হাঙ্গিবব্ কবি তাকপিবনো?

ভৈ পেল্লেদা অতো,
ব্যবহারনা ফজবিবা
অহল লম্মনগী মাংদা
হীদাক থকপা হৌনদে চুমই।
নংনা ঙসি তৌরিবসে,
নখুত্তি লাস্থোক্ত্রি,

মরাহৈ মখৈ তাবদদি
ইপু লোইরে !

না। থীল্লে ইতাও।

কু। সে সে দক্ষিণা লৈয়ে,
অত্নুক লৌশিবিয়ু।

( লুপা পীবা, ভৈগ্য লৌশিনবা )

ভৈ। (শোনবা) ঙসিগী মং অসি
মীকপ স্নকথোক থোকখিদ্রেদা
কুইনা মংথ্রেদা,
অত্নুগা ভাবম্নু ওম্বোকনা তানা
মংথ্রেদা।
অহল লমন্না হাঙ্গৈববু
মংদা লুপা ফংবসে
চেংহী চফুদা থমহৌবা ঙমলবদি
মীকপ থোকলগা য়েংবদা লৈরমই,
মাংখিবা পাইখিবা
ঙমদে হাঙ্গৈনৈ।
নহানমুক পৈশা তরুক
পাঙ্গৈরম্ববু থমহৌদে,
ঙসি ঐগী মং অসিদি
বুদ্ধি ফনা তাই,
চত্তুনা অত্নুক
থম্মুখিবা থোকই।

( চৎকে ত্তৌবা )

না। কৈদনো ইবুধৌ
মপাল্লোমদদে ?

ভৈ। (ফোংনা) মাংখিদনবা চেংহী চফুদা
লুপা থম্মুগে।

না। মপান্দা থম্বা চেংহী চফুদা লুপা থম্বা হৌনদে
মাংখিনিয়ে।

ভৈ করিনো ইবুঙো
নংনা খংবরনে।

মা। খংজৈ খংজৈ
ইমুংদা থম্বিক।

ভৈ। ঙাইখো।
ইবুঙো নংবু কদোমদগীনো
নংনা লাকইবসিবো ?

না। (শোনবা) ইহে বুদ্ধি চোইরুবোইরে।
(ফোংনা) ইবুধৌ ইবুঙো
মং নত্তে তাইবংনি
মসিদম্মু নত্তে
য়ামনা কৎখিগনি।
পদ্মসিং শোঙবা য়াবা নত্তে
ঐখোইদি মাগী দমক্তা লৈরিবনি,
অহুনা বা অমতগা হাঙজগে
কাউবিগনু ;
হোরেন ফৌরহুনা
ইবুধৌনা চৎপিরগা
থৌ-রাং যেসা তৌবিহুনা
ঙম্বা মথৈ হোৎনবদা
ফত্তবা থোকলবদি
থবক অমতদি তৌবিয়ু

হাঈববু
নহা ৱানি হাঈদুনা
লৌবিৱোইদ্রা ?

ভৈ। হিঃ হিঃ
কবিগী লৌদনি,
(শোনব) ঐ খব ভাগুরুরবোইয়ে।

না। মহৌশানা শাবৈ হৌবসু নত্তুনা
লম্বী লমখাংদা
খংহৌদনা তু-ৱাক্তুনা
নাবা অসিদি
দূর্গানা য়ৈবনি লাইথেনি হাঈনৈ।
মত্‌না অশেংবা ওইববদি
নারিবা মী অত্থুনা
নুপা ওইরগা মত্থুনা,
নুপী ওইবগা মৱানা,
অঙাং ওইরগা মমা নত্রগা মপা,
কনাসু বারি সম্বন্ধ লৈত্রগা
অচেৎপা মরূপ অমা,
মীচিক মীখোন তাদ্রবদা চত্তুনা
কামাখ্যা লাইরেম্বীগী
হিয়াংথাং চীংথক্তা হৌবা
নোংনাং কোরি মনা তরেৎতং
অচৎপা মী অত্থুনা
সুংশা শোর হোনদনা
হেক্তুনা পুরকপা ভমলবদি,
মত্থুনা শুরগা মহী লৌথুনা

অনাবা অহুগী
মমিৎ মনাদা ময়াদা
মহী অহু খয় হাপ,
মশাদা খব তৈ, ত্তৌয়গা
অনাবা লাইকোকই
মীরোন তাই অহুম হাঙৈনৈ।
ইবুধৌ অরাবা থিবিগনু,
মাইবা হাঙৈবসিদি
বৈদ নগানিদো
ঐখোইগী হাঙৈজফমনিদো
অহুনা মাহু ফাওবা
চংহন খোংহন্দুনা হোংনবিনু
রাবিবগী মতিক সেবা তৌজখিগনি
উম,—ইবুঙো নংনা হাঙৈরিবা
দূর্গানা য়ৈবা হাঙৈবা লাঙৈনাসে
ইপুখোইস্ন মতাই মথংজৈ,
য়ৈবা হাঙৈবা বাহৈং অসিদি পম্নদে
মহাদূর্গী, যোগিনী, ডাকিনী
অমদি অকোকশা ওকনবা
হাঙৈনৈ,
মাইবগী কাংলোম্দস্ন
অসিগুম্বা লাঙৈনা অসিদি
ইরাং চবান্দগী হেম্না তৌনদে
মসিগী মথৈ ইপু থংজৈ
হৌজিক্কী কামাখ্যা,
লাইরেম্বীগী মশাইগোন,

ভৈ।

হিয়াংথাং চীংথক্তা হৌবা
নোংনাং কোরি মনা হেক্কুনা
হীদাক তৌবা হাঙ্গবসে
ইপুখোই খংদ্রি
শোঙ্গদনা ফগদ্রা অঙাং ?

না। শোঙ্গরোই ইবুধৌ,
মসি গরুড় পুরাণদা
য়ামনা কুপনা
টীকা ওইনা হন্দুনা য়াওরিবনি

ভৈ। মহু য়োৎরবদি শোঙ্গদবা তারে
ইপুখোইনা খংদবা ওইরে।
ইপু হাঙ্গগে
সত্য ! হাঙ্গগে
অমুক মুংঙাইরবদবু
ইপু অমুক থমলুখিগে।

কু ফগনি।

( ভৈগা চংখিবা )

না। কৌরবা থোকলবদি
হমুবা অসি শোঙ্গদনা হাঙ্গরগনি
অমুনা ইনে থবক পুন্নমকসি
খর চেকশিন্না শেন্নবিরোদো।
মখোইন্নোমদগী মাইবা কৌবা
মী লাক লাক্কুনা থেংনরবদি
কজ্জররোই
চৎসিনা ঐখোইবো।

খু। চুমই চৎসি।
ইপুবু কৌরনবা
মী থাঙ্গরকলগে
ঐখোই চচ্চরমলগে।

ভৈ। (মন্নুংদা) ফরে ফরে ইশুশা!

(মাইবা মাইবী থোবকপা)

কৌরবদি লাক্তি শেন্দি হান্না লাকলে,
হন্দক্কী অনাবা অসি
মরূপ মপাং ফগ্রেদা।
অনাবগী মপুক ফবনা
অফবা মরূপ ফংব্রা,
মরূপনা মপুক ফবনা
অনাববু লুনা নিংব্রা
ঐহাকপু অহল ওইরে
কুইনস্থ নংমল্লে হাঙ্গৈদুনা
লাইনা চানবিব্রা
অমদি তৌরে পেম্মা।
অতুগা মুন্না খল্লবদি
অনাবা অসি শুণদি লৈবা তাই,
মহাক নাবগী মরমনা
ঐবু লাঙ্গৈনা কুবিরিবনি।
হন্দক ইমাই পাকলবদি
ঐখোইগী অনংবসি
খরদি কোকলগনি।
মীগী লম্মন থুম্মন তোল্লিবস্থ কোকলগনি,
মতা চারগা নংগীস্থ নফি অমতং
তম্বিবা ওমগব্রা নিংই।

মা। চহি অসি য়ৌবদা
খোইদোকনা ফিরোন
পামহৌরুবা লৈজদ্রে।
মবুধোখোইনা
মাই পাকলগা,
মতুতনা ঐখোইগী
অথোইবা লৈতেংনি।

ভৈ। অই অই
কমনা কমনা পেম্মা,
অতুগুইববদি
লৈদবা যারেদনা?

মা হোঙ্গ অম্মানি।
দ্রৌপদীগী স্বয়ম্বরদা
তেনগা থোংবা ভীষ্ম
মহৌশানা শাবিরকইবা
অতু মঙাই।
ঐদি মবুধোগী মিত্তা
শিখণ্ডী ওজরকইবা অতুনি।
হাই, ঐনা কবিদা মীরাইগে।
মুপীগী পাওরোন থাবা
কান্নদবদা ঝাগৌগনবা
শিব ফাওবা থাদবোইরে।
মুপী হাঙ্গবী নখোইগী
নবুদ্ধি অসিদি
শিরমদাই ফাওবা
পংবমক্তনা শিংলরোইদবনি।

মমাংঙৈদা নং ঐ
অঙাং ওইরিঙৈদা
তরা থোকনা খৎনখিববু
হৌজিক অসিদা নিংশিংলুবা
হৌনব্রা,
খল্লুগন্থ নত্ত নত্তবা ভাব।
হৌজিক ঐগী চন্নী
হুন্ফ্ তরা হেল্লকলে,
পুনশিগী লম্বেন্দা
মাং তেল্লে তুংনা শাংহৌরে।
মী অহন য়োংনি হাঈনা
অঙাংনা লংনবা কালন্থ য়ৌরবনি।
জীবিকাগী থাবা য়াদবনা
বৈদ ব্যবসা তৌহুনা
ধর্ম্ম তাল্লিবা অসিদা
করিগী নপুক পৈরিবগে পেন্মা?

মা থংজৈ
অহুনা নোংমতা করিস্থ হাঈজদে।
হৌরকইবা ইচা ইশুবুতদি
য়ুম য়েংদনা
ফাইদোক্নুনা মীগীদা
মাইবা থক শাগন্থ
হাঈজরমলগদি,
কবিনা ঐনা চাকখিবা মৈচাক
কাওবা ওমজদবনা।

মখোই মখোইগী নহাশিংদা
লাইমন লৈজগনি হাঙ্গৈবিগনি,
মাইবমী ইমুং
লাইমন লৈতবা হৌনদে।
মচু ফনমক ওইতুনস্থ
ইবুঙো ঐ থক শাওজদে,
মুপা হাঙ্গৈবসিদি
তরাগী মপুনি।

ভৈ। (শোনবা) ওকথ্রেদা মুপী হাঙ্গৈবসে
(ফোংনা) লৈখাক্কী লোইনরকইবী।
লাইনা কৃপা তৌবিরগা
নং ঐগী মঙ্গলনি,
নংবু ঐনা থমজরিবদি
কর্ণগী পদ্মাবতীনি
হাঙ্গৈনা থঙ্গারিবনি।
হন্দক্কী অসিদা মাইপাকপা—
লাই থুরস্মু।

(মাধবী চংঙকপা)

কনানো ইবেম্মা
করি থবক্কীনো?

মাধবী। ননাই ঐহাক
নিংথৌজম ওংবী মাধবীনী,
ঐবু খংবিদরব্রা?

ভৈ। খংই খংই ইবেম্মা,
মাধবী!

করিগীনো নংনা লাকপদে ?

মাধবী — নশু অপিশক
পদ্মসিং অত্থু
ঙসাইদগী মীরোন তাদত্থনা
য়াম্না কন্না হোৎনরে,
ঙাইহাক্তং লেংবিত্থনা
মথুধৌনা য়েংবিয়ু
হাঙ্গজগে লাকচরিবনি।
কৃপা তৌবিয়ু
ঐগী থবাইসি য়াম্না বারে।

ভৈ — আ সংসারগী হৌনবনি
বারুগনু ইবেম্মা।
খুড়া লাকলগে
নং চৎলমলো।
মুপীনা মাইবা কৌবসে
লোঙ্গনত্থনা চৎহৈদে,
করি করি থো-রাং তৌনবা
লাংথৈ্রককা খরা লাংঙম্মু।

মাধবী — ফগনি,—ঐ চচ্চরমলগে।

( চৎখিবা )

ভৈ — পেম্মা লাইনিংঙম্মু
ঐ অত্থুক চৎলুখিগে।

মা — ফনি ফনি
জয় মঙ্গল জয় মঙ্গল।

( থোকখিবা )

# অনিশুবা উৎপা

## পদ্মগী যুম

(পদ্ম হিপ্পা, কন্যা খুযাদা ফম্বা, মাধবী লুখুমদা, কবোকলৈনা মযাইদা ফম্বা, লুমাই হুম্বা, মাইবা ভৈগ্য চংভবপা )

মাধবী । মবুধো লাকপিসি।

ভৈ। কদাই কদাই
ঐ অত্তুক য়েংগে।

( ফম্বা )

লাংথৈদ্রি লৈবত্রা ?

মা। লৈজবে।

( কন্যানা হৌগৎতুনা পীবা )

ভৈ (থৌ ত্তৌবা) হে ইমা ভগবতী
ননাই অপিশক পদ্মসিং হাঙবসে
নংগী ছায়াগা মাইয়োক্নরমান্নে
অত্তুনা নহাক্না
ননাইগী চবমদা থবাক্তা
লুদা তোংদা কোক্তা
লুশমদা তোংহুনা
ননাইবু অবাবা পীরিবসে
তৌবিগনু থাদোকপিয়ু।
ইমা নংদি জগৎকী মমানি
সত্য ত্রেতা দ্বাপবদগী হৌনা
য়োকপীবদা নশিন ওইরকপীনি।
ননাই অসিনা খংজদহুনা
দোষ লংলবনু কোকপিয়ু।

লাংথৈ্র মপোপ তরেৎ
কবোক নাচন তবেৎ
হৈবম তবেৎ
লৈবম তরেৎ
ঙারম তরেৎ
থাওমৈ তরেৎ
অসি খবাই পুংনা তবেৎ
পানবদা হাপলহুনা
ফিরান তরেৎ
খরাই পুংনাদা থেৎচহুনা
ননাই ঐনা
অনাবসিবু লাইকোকচগে
হাঙ্গৈনা ভক্তি তৌনা
ঈরাৎ চবান কচ্চরি।
ওঁ ক্লীঁ হ্রীং শ্রীং
শফবেং শফরেং হুঁ হুঁ
মহা প্রত্যাঙ্গিনী বক্ষ রক্ষ স্বহা
কবম তৌবগে ইবেম্মা মাধবী,
ঐনা হৌজিক শোনবহুদা
নচাগী থবাক্তা লুবক্তা
করিগুম্বা চ্রীক চ্রীক লাওনা
কুমথলাকথরকপা তাব্রা ?

মা। থোইদোকপা তাজদে।

ভৈ। লুইদা অনাবসে
য়াম্মা কম্মা লায়েনথ্রে,

ঐনা লাকনবা
থরা রাগদৌরি।
(শোনবা) হীদাক অমতংদি লৈ
মসি লৌরুগদবদি চিনগ্রেদা।
মা। করি হীদাকনো
কদাইদা লৈবনো?
তাকপিয়ু ঐ লৌজরুগে।
ভৈ। ইবেম্মা,—নংনা ঐনা লৌরুবা য়াদে
অহুবু য়ারবদি করিগী রাগদগে?
মা। অহুদি কমম তৌগদবনো?
ভৈ। হাঈগে তাও,
লাইয়েনা লম্বী লমখাংদা তুহুনা
মীরোন তাদনা নাবসে
দূর্গা যোগিনি ডাকিণীগী ছায়া
ওকনবনি।
মসিগ্ স্বা লাঈনা অসিদি
নারিবা মী অহুনা
মুপা ওইরগা মতুনা
মুপী ওইরগা মবানা
অহিং নোংয়াইদা চত্তুনা
হীয়াংথাং চীংথক কারগা
দেবীগী লাইশং মনিংদা হৌবা
নোংনাং শোরী পাম্বীদগী
মনা তয়েংতং
অচৎপা মী অহুনা
মুংশা শোর হোম্দনা

হেক্কউরগা মচু শুচুনা
মহী নিংথিনা লোগদবনি,
মহী অচুনা অনাবগী
থোং মপান্দা হাপকনি,
মশাদম্ম তৈগনি
মনমম্ম নমহনগনি।
মচু তৌরগা অনাবা লাইকোকএ
অম্মম হাঙ্গনা লৈবা
লাইরবা ওইয়ে।
লাঙ্গবা হাঙ্গবসে
লাঙ্গনা লৈ হাঙ্গচুনা
লাইরবা কৌবনি।
তো মসিবু
করমনা ইশু মুপী অসিবু
ইচিন অসিনা
চৎলু হাঙ্গরসিবা,
চৎপদা মী অনি শুবম্ম য়াদে,
হল্লকপদা নোংঙানবম্ম য়াদে
মীনা ঙম্বা ৱারদো।

কন্যা। ইবুধৌ ননাই ঐহাক চৎচগনি।

ভৈ। চৎলু চৎলু ইবেম্মা
লাইবক য়েংসি।
লাঙ্গনা অসিগুম্বসি
পংনা থোক্তবনা
কনানম্ম চৎখিদ্রি,
হন্দক্তি কৃষ্ণগী কৃপা য়েংসি।

কন্যা কদৌডৈ চৎকদবনো?

ভৈ। নাখিবা অসি

ঙসি কয়ানি শুরে?

মা। ঙসি নুংথিল্লগীনি।

ভৈ। ঐনা তাজবা থংজবদি

নাখিবা নুমিত্তগী

তরুকনি শুবদা

চৎকদবনি হাঙ্গনা তাজৈ,

অতুনা ঙসি নিনি হুমনিসি

য়েংখিসি,

মফৃংত্রবদি শোইদনা চৎলু।

কন্যা ঐ শোঙ্গদনা চৎচগনি।

ভৈ। হৌজিকমক থোইদোক হেন্দোকপগী

খুদম উদ্রি অতুনা

ঐস্তু য়ুমদা হল্লুখিগে।

মা। ফগনি।

(ভৈগ্য চৎথিবা, লম্বী য়ুথম থাদবা)

---

## অন্থুমশুবা উৎপা

### লশ্মী

( কুমুদ নাবাং চংঙকপা )

কুমুদ। লাক্ত্রেদা হাঙ্গীনবদি শোইদবনিদা।

নাবাং। মুপীনিনা খরা মথিনবা হাঙ্গীবন্থুনি।

( কবোকলৈ চংঙকপা )

কু। ঙাইনবা বাখ্রেদা কমদৌরে?

কবোকলৈ শোঙ্গীদ্রে শোঙ্গীদ্রে।

কু। করমনা ইনে?

ক। ঐ নিত্তিগী হেক
লাঙ্গীকননবা চৎলিবনি—
মাইবনা তরুকনি শুবদা হাঙ্গী,
ঙসি শুরে।
অনাবদি কৎত্রে
অত্থুনা ঙসিদি মহাক
শোঙ্গীদনা চৎলগনি,
ঐ হৌজিক্তা মখোইদগী লাকইবনি।

কু। য়াম্না করে
ইতাও নাবাং ঐখোই অনি
চৎলসিদো,
ইনেদি লাই নিংবিরম্মু,
ঙসি ঐগী নুপা মচা
থৌদাং য়েংবা মুমিৎনি।
থবক পাংলগা নকোক সনা য়োমগনি।

ক। ঙাইখো ইবুঙো!

ফিংগন্নু তপথোকো কুমুদ।
নংগী মতৌসিগা
ইনেদি নুংশা থিগ্রে,
মগুং কম তৌগদৌরিবনো ?

কু। মগুং হাইধা অমুক লৈতে
উদবু উনরবদি লোইরে।
নুংশা থীগন্নু ইনে
মশক উরবদি ইতাও নারাং
থুপ্তুনা লৈহনগনি,
য়াওহল্লোই।
অহানবদা থেমত্নুনা
নৌত্নুনা য়েংগদি,
য়াদ্রগা ফাত্নুনা পুগনি,
মারন কোঞ্জিনলোম লান্নগা
চঞ্জিং কারাম মশাং তাত্নুনা
থৌবান তাম্না পুখিগনি।

ক লেপনা থেংনৌ
ইনেগী বরদগী।
চৎলো চৎলো
ইনেম্নু হল্লগে।

( তোপনা থোকনবা, থোংজাই অনি লাকপা )

খুলাকপা। হৈদখোং কৌবা, নিংথৌগী মচা
ইবুঙো !
য়ানা চৎলুত্নুনা কান্নদে
মতোমদা চৎখিবা

মুপী অসি হাংলসি
করি হাঙবগে ?

হৈদখোং — তোংয়াং কৌবা খুলাকপা !
ইপাদি হাও ওইরবমু
উখাগী নিংথৌনি। মুপামি
ইপাগী লুখা থামবা
মুপী হাংপা হৌনদে
ঐ পামদে।
ওইরাংলোমদা চংখিবা
মুপা অনি অসিগী
মতুং ইন্নসি,
মখোই অসি
থাঙদোকনবা ভাইরগা
অমা হাংলসি ।

খু। — মুংভাইদা নিংথৌ মচা
মুপা থোকইদা।
চুমই,
মুপী হাংপা হৌনদে।
মুপীদি অমত্থু লাকপা উই,
উহনবা ফত্তে থুনা চংসি।
চংখ্রিবা মুপা অমি অসিগী মমুংদা
মতা চাবা অমা হাংলুসি।

( চংখিবা )

## মরিশুবা উৎপা

### নোংয়াই

### কামাখ্যা চীং

( কন্যা চংঙকপা )

কন্যা। ইশৈ

ভৈরবী, ঝপতাল

হে ইমা কামাখ্যা কৌবী দেবী
হে ইমা লৈবাক্কী মমা,
নংগী চরণ অনিনা
তাইবংপুম্বগীদি মুমিৎ।
ঐনা করিবু কৎসিবা
করমনা পুজা তৌসিবা
মন্ত্র তন্ত্র হৈজদবী
অফ ফত্ত খংজদবী
নাওরা পংবী নচানি
শাগৈ পিকপা মুজানি।
পাম্বে লৈতরবীনা ( কপ্পা। )
মন্ত্রগুমনা তাবিয়ু
ইমিত্তগী ইপিসিনা
খুয়া থম্বাল শেংনম্বিয়ু
নমাইনা নিজরিবা
শোঙ্গদনা পীনবিয়ু।

কন্যা। হে ইমা ইবেম্মা
হিয়াংথাং লাইরেম্বী!

ননাই ঐদি তোল্লবী,
পাংদ্রবী, পংথ্রবী,
করিস্নু লৈজদ্রবী জীবনি,
অহিং অথেংবা আসিদা
থরাই খুবাক্তা হাপচদুনা
নংগী চরণদা
ইপুরোইবগী
থরাই নিজগে লাকচরি।
মাইবনা তাকললকপা
নসাইগোন্দা হৌরিবা
নোংনাং কোরি
হীদাক ওইনবা মনা তরেৎতং
নিজগে ইমা।
পীনবিবা হীদাক অত্থুনা
মরম ওইদুনা
ইপুরোইবগী প্রাণ পীনবিয়ু।

(খুরুম্বা, হোৗগৎতুনা হীদাক হেকপা,
ফিজিদা কিবা, চৎকে তৌবা, কুমুদ লাকপা)

কুমুদ। চৎখিগনু ঙাইখো কন্যা!

(কন্যা থংতুনা লৈখোক্তুনা লেপ্পা)

কু। ইবেম্মা!
নহাকী দমক্তা
অহিং নুংথিল খংদনা
চাবা থকপা তুম্বা নাইদনা
নংমা পিশক্ক পিকলিঙৈদগী
ওসি ফাওবা

আশা তৌহনা লাকপনা
মকং ফম্নবা জঙ্গলদা
লম্মৈনা চাকপগুম
থরাই অসি চাকলবা ঐনি।
মফম মরাং খংদনা
অঙাওবগী মলক ওইনা
মতুং ইন্দুনতা লৈরবা কুমুদনি।
ঐগী হকচাং অসে
নংবু মুংশিবগী মৈনা
নোংমা নোংমগী
নোংমা নোংমগী হেন্না চাকলকপনা
হিংগনি হাঙবা নিংবা লৈত্রে।
অসিবু অমৃতগী মশক ওইরবা
নংগী নিংথীরবা চেংলোনা
ইমাংদা লেপ্তুনা
অমদি, নয়াথং অথুম্বা রাহৈনা
মন্ত্রগী মশক ওইরহনা
কুমুদ ঐগী চাকলিবা প্রাণ অসি
অমুক্তা ইংহল্লু।

( কন্যা মকল্লুকপা, খুমদবা )

কু। করিনো ইবেম্মা
করিগী খুমদ্রিবগে
করি থল্লিবগে ?
সংসার হাঙবা অসিদা
পোকওমদনা পোকলবা জীবনি,
অসিদা কুমুদ কৌবা ঐনা

নংনা পীকলিউদা
ঈরাকনহুনা শিরমগদবদগী
নংগী প্রাণ কনগ্রবনি।
মহুদগী হৌনা নশক থংহুনা
নংবুতা নিংজহুনা লাকলবনি।
ঐগী থরাই অসে
ঐগী নংত্রে
নংগী নতুংদা ইন্দুনা
মতম নাইদনা
ননাক্তদা লৈগ্রে।
মসি হাঈশিন্নবা বা নত্তে,
ঐগী ইন্দ্রি মনুংদা লৈরিবা
ঈ, তোং, কায়াৎ খুদিংমক্তা
কন্না কৌবী নংগী
নিংথীজরবী চেংলৌন'
চেংনা লৈতাহুনা ভাল্লিবনি।
মসি কুমুদ ঐনা ফুকপা ভম্ম্রোইদবা
পাম্বৌগী মশক ওইগ্রে,
মরানা শিংলি পুম্নমক্তা য়েংশিনগ্রে।
অহুনা ইবেম্মা!
নংগী প্রাণ কঙ্গ্রবা
ঐহাক্কী প্রাণ অসিবু
অমুক্তা কল্লু।

কন্না। হেক শোকমিন্নজরবা
ইবুংগা মান্নরবা!

ঐগী অৱাবা
ঈৱাকমবদগী কনবিগ্রবা।
নহাক্কী নকমদা হাঈজরি,
মতম লৈবা খিবিক্তা
ঐনা অৱাবা তাৱবদা
ভাকপিগদি নিংজৈ।
হৌজিক্কী মতম অসিদা
ঐগী ইপুরোইববু
শিবা চংবা থংদনা
য়াম্না কম্না নাতুনা লৈরে।
মতুগী মরমনা হৌদাক হেক্কে হাঈতুনা
ঐহাক অসি
হৌনৈ হৌনদে নাইদনা
ইকাই ইকি হুগ্রেক্তুনা
য়াম্না য়ানা
অহিং অসিদা লাকচরবনি।
লম্বী পীনবিতুনা
ইপুরোইবগী থবাই কনজবা
ওম্বা য়েংজগে,
লম থাদোকপিয়ু।
কন্যা,—মুপা ওইবনা হাঈজবসে
য়াম্না তোনগ্রবগী
লমচৎ অমনি।
অহুবু নংগী নকম অসিদা
ঐগী প্রাণনা
তুংনফম ওইগ্রবনা

কু।

হন্না হন্না হাঙ্গজরিবনি,
নং অসি মপোক অসিমগী
ঐহাক্কীনি হাঙ্গনা খুমনিংত্রবস্তু
মতম খরদংগী
নোংমা নিনিদগী
নত্রগা পুংজা খরদংগী ওইরবস্তু
নয়াথংদনা ওইরবস্তু
নং অসি কুমুদ ঐগী
ওইরে হাঙ্গবা খংহল্লু,
অতুগা লম থাদোকদবনি
নত্রবদি ঙসি লম থাদোকলোই

কন্যা। সুপা মরক্তগী
মীথোই মীহেল্লিবা !
ঐহাক্তি ভোল্লবী,
পাঙ্গল লৈজত্রদী সুপী মচানি
ইপুরোইবনা ৱাহৌবা মৈচাক
খল্লুবদা থাংবা ঙমদ্রবীনি ।
ঐ চচ্চরগে,
নোংঙাল্লবদি
ঐনা পুজরিবা
হীদাক অসি
মগুণ লৈরোই হাঙ্গনা
মাইবনা হাঙ্গরকই ।

কু। কাম্নরোই কন্যা,
ঐনা হন্না হন্না হাঙ্গজববু
নংনা য়াত্রবদি

নংগী ফজফম
করিমত্তা থোকলোই।
খুৎলাই পাঙ্গবা
শাশানবনা ফারবা শজী
মখুত্তগী কৈদৌভৈ নানখোকখিবগে ?
করিস্থ কাম্নোইদবনি
ঐনা হাঙ্গরিবসি
নিংথিনা খুম্মু।
নপুরোইবগী আশাত্থ থাদোকলো.
মহাক্তি হিংলরোইদবনি
শোঙ্গদনা শিরগদবনি,
ঐঙ্গী খুভিম্মগী
পানাগা লোইননা
হু চারবনি।
নংবুস্থ মফম অসিদা
অচিকপা অহিংঙ্কা
পুথোক্তে হাঙ্গবগী
মাইবদা ইনশিন্দুনা থাহম্মকপনি।
নোংনাং কোবি মনানা
হু চাবরা মী হিংবা হৌনদে।
তৌভিক্তি নহাক অসি
ঐগী খুবাক্তা তাবকনি,
অত্থনা নশানা মানা
হরাওবগা লোঙ্গননা
অকবা নপাও খুমলো।

কন্যা। (শোনবা) হা কৃষ্ণ
মানা হাঈরিবা অসিমক্তনা
অচুম্বা ওইরবদি
মুপী মচা ঐনা
ৱারিবা অসিগী ধর্ম্ম য়েংবিয়ু।
(ফোংনা) কুমুদ লম্বী থাদোকউ
ঐ চৎকে।
নোংশা অমোমগী মনাক্তা
লমহুই ল'বনা খোঁশাবা
করিস্থু কান্নরোই।
কু। করি!—নং ঐবু থংদ্রা?
ময়াং য়ুম্ফান্দা লৈরিবা
মুপা মরক্তগী অথোইবা
থোঁদাম মচা কুমুদ ঐবু
নংনা থংদবা শারি।
ফজবা ৱাহৈনা
লোইনবা য়াগদ্রা
হাঈবগী তৌবনি।
অতুক চোপনা অশিংনদ্ববদি
ঙসি তাংলৌ অথেংবা
মীচীক মীখোন তাদ্রবা
নোংয়াই চবুক লোল্লবা অসিদা
নংবু ঐমা ইনিং তৌনা
পুনিংবা লম্বীদা
মথুৎ পাইতুনা চীংবদা
কনানা কম্বি তৌজমগনি?

নংনা চৎকদবা কৈদনো
য়েংউ,
লমহুই লাবগী পাঙ্গল।
(কুমুদনা কন্যা থাগে তৌবা, কন্যানা ছুম্নিনা থীমগে তৌবা।)

কন্যা। থংব্রা, — মুপা মরক্তগী
মুপীদগীসু হেন্না তোল্লবা!
ঐবু খুমন চাকোক
মৈতৈ চম্নুনি হাঙ্গীবা খংব্রা?
ইখুত্তা পাইবা ছুম্নিনা
নংগী প্রাণ লৌরগা
নোংশা অমোমগী
ইথৌনা খংহনগদ্নি।
খোংফম অত্নদগী লেংগম্নু,
লেংলবদি নথরাই মাংগনি।

(চৎখিবা)

কু। অণ্ডকপগী গুরুংদা
তারবা কুমুদ!
করিনো নংনা তৌরিবা অসি।
করিস্নু লৈত্রবী
মুপী মচা অমগী মমাংদা
ঐগী ফজবা মিংচৎকী লম্বীদা
নমাই ওন্দুনা চেনবা।
অত্নগা পুকনিং!
নংনা করিগীনো
মায়াগী মশক ওইরবী
কন্যাগী মমাংদা

ঙাইহাক্তং জ্ঞান মমখিন্থনা
হাঙ্গৈবা হৌনত্রবা ৱাহৈনা
ৱারি শাখিবা !
করিনো ঐনা ঙসি তৌরিবসিবো
অক-ফত্ত ইখল খলহৌদনা
পদ্ম হু পীজবগী
মকা ফোংখ্রেনা,
ঐদি মাংলেদনা সিদে।
হৌজিকপু কদোমদনো
ঐনা চংকদবা
মাইকৈ খংদে।
ঙসিদি ঐগী হকচাং অসি
মত্তা অমম্থ তৌরকল্লেনা
জ্ঞান করিমতা লৈরক্তে।
ইত্তাও নাৱাংমা কদোমদনো,
য়েংউ য়েংউবা
মাইকৈ পুমনমক্তা
অকিবগী মশক ওইরবা মূর্ত্তিনা
ইমাংদা কোইথৎ থংখ্রে।
ঐনা চংকদবা লম্বী লৈত্রে।
মিংস্থ উরক্তে, মাম্থ য়েশিনখ্রে।
হৈরবা মূর্ত্তি অসি
নকশিল্পকলে করিনো তৌরিবসিবো !
হংবম্থ কৌবম্থ শুমদে
ভুক্তলা খ্রেক্তরা !
( চিংনা চিংদা য়েংনা, খোংজাই অদি চংহুনা লুখা )

নত্তে ! নত্তে ! মশক খংলে
অমি শুবি অনি শুরি ।
অমনা পদ্মনি
অমদি—আ—হা – হা– হা
কন্যানি ।
পদ্মনা থাং পাঈরি
থাং থাংগৎলকলে,
ঐবু য়ানগদৌয়ে
চংশিল্লকলে,
কন্যানা থৌমি পাঈবি
থৌবিনা পুনগদৌবে ।
পদ্ম, কন্যা,
ঐবু কনবিয়ু,
ঐ লাল্লে
নখোই অনিগী মকমদা
ঐ লামখ্রে ।
ঐগী প্রাণতদি কল্লু ।
ইপানা ইতোমদা পোকপনি,
নারাংহুনা মত্তবা মচৎমা
ঙসিগী নুমিৎ
অয়াবা পস্থেংলে ।
আঃ কাল অসিদা
ইমাতদি লাকইনা
ইমানা ঐবু কৌরেনা
ইমা ! ইমা ! ইমা ইবেম্মা
অপোকপী ! নচা লাকলে

ইমাগী তুং ইঙ্গরকলে
সংসার অসি মৈমা
পুমচাক চাকলে।

হৈদখোং। ( কুমুদবু ফাহুনা মশম পাইত্তুনা পুশিনথিবা )

খুলাকপা। নিংথিনা মঙ্গোক ককউ
কৈদৌঙৈদস্তু অফবা
মী ওইরমলোই।

(মন্নুংদা থাংনা ককপা মখোল )

কু। (মন্নুংদা) ইতাও নাবাং কৈদনো !

খু। ফত্তবা পুকচেন চেনবা মীতনা
অহিং অথেংবদা চৎপনি।
ঐখোইগা ঙসি থেংনবনা
ফত্তবা মাগী মপাপ কোক্কনি।
করিনা ককল্লিবা মকোকসি
পাপ মচেৎ অমতা পক্ত্রবা
খোংজাই নিংথৌগী
লুখা থানরগনি।
অদুনদি
মপাপ তৌরমলংস্তু
কোকলগদবনি।

( মন্নুংদা য়েংত্তুনা )

মশাদি হন্দোকলো
মকোক্তা পুরকলো
চৎসি।

( চৎখিবা )

---

## মণ্ডাশুবা উৎপা

### বিধুগী য়ুম

( মারাং ফিংনা লাকপা )

মারাং ইতাও। ইতাও।
ইতাও বিধু লৈত্রা?
ঙাইহাক্তা থোকপিরকউগবা ইতাও।

( বিধু থোরকপা )

বিধু। করিনো ইতাও।
কদাই চৎলুই
অসুক থেংলবা অহিংদা।

না। ইতাও ইবুঙো:
নঙোন্দা করি তমসিগে
ঐ বা ঙাংকম থংদ্রে।

বি করিনো?
নংবু ইফিং ফিংলত্নুনা,
তপথো—
করি তৌরবগেনে?

না। ঐহাক হিংগনি হাঈবা
থাজবা লৈত্রে।
শোঈদনা শিরগদবনি
খল্লুবদা চরম কংলে
মুংশা শোর কুমজিল্লকলে,
মিৎসু উরক্ত্রে,
সংসার অসি
ইমন মনশিল্লকলে

ইস। খোংজাইনা!

বি। খোংজাইনা করি তৌরবগে?

নারাং। ইতাও!

ঐ অসে ফত্তবা থবক্তা
লানজিন থংউবগী মহৈ ফংলে।
কুমুদগী কুমন্ত্রণাদা য়াওরুবনা
হৌজিক্তি অরাবগী পন্থেংলে।
ইচিন অসিনা করমনা কাংথুনা
করি হাঙৈনা
নঙোন্দা পাও তমসিগে,
তম্ফম থংদ্রে।
অশিংবা মরুপ।
হৌজিক অসিদা
করম্বা পোথি তৌরগা
ঐবু হিংবা য়াগদগে
অমতা তাকপিয়ুগবা।
ঐনা খঞ্জবদি
ঐ হিংগনি হাঙৈবসি
লাম্বা ফংদ্রে।
অথুনা খৌরি চরম কংশিনগ্রে,
লউবাই অসি মৈমুক শাগ্রে।

বি। ইতাও—নংনা হাঙৈরিবসে
ঐ করিমতা ভাব তাদ্রে।
করি করি তৌমরবগে,
ঘারি ঘাখোং চুমনা
অমুক্তা লৈখো।

শিরগনি হাঙৈহুনা
নতোমদ' পংকী কিগমু
তপথখো ইতাও.
শিবব্ লিংপা য়াত্রা?
নং অসি
মুপা মচা মানখিদ্রেদা।
হৌজিক ঐনা লাকইবসি
হিয়াংথাংদগী নি,
কুমুদগা ঐগা চৎলুবনি,
হনমিন্নরকপদা লমখাংদা
কুমুদবু খোংজাইনা হাৎখ্রে।
চৎপল্ল কুমুদগী
ময়ুমদগী খোংশাম্নি,
ঐখোই অনি চপ মান্নবা
খোকমিন্নরকপনি.
মসি মনাইশিং উহৌই।
হৌজিক্ত থবক্না মত্তা চাদ্রবনিনা
মহাক্। শিখিবা অসিগী
দোষ ঐডোন্দা তাহুনা
ইথবাই অসি মাংলগব্রা
হাঙৈবগী খল্লুবদা
ঐগী জ্ঞান অসি মাংলবমি।
তানিংদেদা নারাং!
কুমুদগা নংগা চৎমিন্নবদগী
খোংজাইনা মাবু হাৎখ্রপা
নঙোন্দা করি তাকম লৈবগে?

না

বি।

নংনা হাৎলুব্রা অতুবো ?
হৌজিক চত্তুনা
মপাদা ত্তাকউরগা
অতু মঙাই ।
অতুগা থাজবদি
খব ব্রাংলি,
অথুপ্পা মবম অমা
লৈরমখিগনি হাঙৈনা নিংই
করিনা—
নং অসে মহৌশা মথৈ
নবুক কয়া শেংদে
চীঙোন য়াম্না হৈবা
মী ওইনা তৌই
অতুনা থাজবা কৌবা লৈতে ।
নবুক শেংলবদি
অফবা লম্বী খঙবা যাগনি,
অতু নংত্রবদি
করিসু কাম্নবোই ।
খি শিংত্তিদা বিধু ।
হৌজিক্কী মতম অসিদা
নংগা তান্নদনদি
ঐগী প্রাণ
ছিংফম লৈত্রে হাঙৈনা খন্দুনা
লাকলবা ঐনা
অতৌবা থবকপু
করিগী থুগ্নুগদগে,

খাকচবা লৈতনা
তমজগনি ইতাও।
থাঙ্গৈশেংনা
কুমুদনা ফত্তবা থবক তৌবদা
মতেং পাংলুবনি।
হিয়াংথাংদা
ওসি নোংয়াইগী মতমদা
পদ্ম মাঝিবা অসিগী
ছিদাক হেকপা কন্যানা
মতোমতা চৎলি,
মহুদা কুমুদনা
কন্যাবু ফাগনি হাঙৈহ্নমা
ঐন্থু য়াওনা চৎলুবনি।
ঐনা লাপ্তকনা
লোম্না থুপ্তনা লৈ,
মানা কন্যাগী মনাক্তা চংহ্নমা
ফাগে তৌই,
মতম অহুদা
ইথং খংহৌদনা
খোংজাই অনি লাকুনা
কুমুদবু ফাহ্নমা হাংখ্রে।
ঐনা হোৎচিনজৈ, য়ৌত্রিজৈদা
খোংজাইনা কুমুদগী
মফোক মথৈ ককুনা পুখ্রে,
ঐগদি উমহৌত্রে।

অত্নুগা মরক অত্নুদা
কন্যানা করোমদা মাংখিবা
মত্নুস্নু মুম্না খংহৌদ্রে।
অসিনি ইতাও
তৌরিবা থবক্তি,
লম অনিমক্তা
ফত্তবা ওাক ওইবনা
ঐগী প্রাণ অসে
য়াম্না বাথ্রবনি।
অওইবা থাঙ্গেশেংবা
তমজরবসিনি।
করম তৌরগা ফগদগে
হাঙবা অমত্তং নং খল্লু,
ঐখোইগী সঙ্গী মনুংদা
নংনা খ্বাইদগী হেন্না শিংবনি
হাঙনা খন্দুনা
লাকচরবমি।
বি। ধর্ম্ম লৈতবা মী
তুমনা মাংই হাঙনবা
লাইরিক খিবিক্তা লাউরিবনি,
মসিবু মংনা
খংদবা তাদবনা
দশা অসি থোকইবনি।
কয়ে হৌজিক্তি বাক্লগন্নু
হৌথ্রবা থবক্কী দমক
পংবা রাবা হৌনদে

ইমুং চংঙসি
বুদ্ধি তানা তান্নরগা
মপাদা তাকনবা তৌসি।

( চংখিবা )

## তরুকগুবা উৎপা

( কবোকলৈগী হিপনফম )

কবোকলৈ

কবোকলৈ (শোনবা) কন্যাসু চংখ্রে
কুমুদসু চংখ্রি,
ঙসিগী থবক অসি
কবম তৌরিগবা,
রাখ্রেদা থল্লুবদা।
কন্যাবু মমাংঙৈদা
কুমুদদা পীশি হায়না
ঐনা হোৎনরুবা অচুনা
ঙসিগী থবক অসিদা
মতা চারক্তবদি
ঐঙোন্দচুম বা তানবক্তনা তোক্কব্রা ?
ফত্তবা থবক্তা থৌশিনবা
পুকনিং অসি লৈতাদেদা।
(ফোংনা) হাই
মুপী মচানবু
তৌরবা থবক্তা
মুংশা থীবা হৌনদে,

কবোকলৈ ঐগী থোকপা
লাইনা তম্বা লাক্কনি ;
করিস্থ খল্লুফম লৈতে
খল্লুদনস্থ কান্নদে,
নে'ংঙানগদবস্থ নকশিল্লকলে
ঙাইহাক্তুংহ্নম হীপখিগে,
তুমনিংবনা শিগদৌয়ে।

(হকাম চনবা, ফমুং চংবা)

গুরুকৃষ্ণ বৈষ্ণব ! (তুমথিবা)

(মংলাকনবা, লাই লাকপা)

লাই। পাপীনি লমচৎ ফৎত্রবী !
মীগী তুশেম রাশেমহ্নবা
অরাবা খন্দনা পাল্লিবী।
নংগুম্বা অমা হাৎপদা
মংলাকনবা লাই ঐগী
করি চিংনফম লৈবগে ?
ফত্তবা নচৎনা নশিনচাং
অরানবা থবক্কা নথৌদাং
অদুগুম্বা নংনস্থ তুম্বা শারি।
তাইবং পান্না খংহৌরসনু--
নুপী ওইনা পোকলগা
তুশেম রাশেম্বগী
থবক তৌরবদি,
লাইনা কম্নি দণ্ডি তৌবগে
হাপ্টবহু।
অদুনা ঙসিগী নুমিত্তা

নঙোন্দগী খুমাবা হৌরগে।
চিত্রকুপ্তনা ঐবু থারক্কপা
থৌ পাংলগে।
অহিং কৌবী লাইবেম্বী
মংলাকনবা লাই ঐগী
মচু তাথ্রবা কুম্মৈ য়েংহৌরো।

( কবোকলৈ নম্বগুম উৎপা )

ক। আ—আ—আ আ

( মংলাকনবা লাই অমুক থাদোকপা )

লাই রাবা য়ৌদ্রি! রাবা য়ৌদ্রি!
অসিনা মতিক চাদ্রি,
খংজো
ফত্তবা মীগী
মনা ফংবা অসুম হৌনবনি।

( অমুকসু নম্বগুম উৎপা )

ক। আ - আ--আ

লাই ফরে,—হিপলমদাইদা গুসাই নংনা
গুরুকৃষ্ণ বৈষ্ণব
শোনখিবা অদুনা
ছন্দকমুক্তি কনবিরগে,
মতুংদা অমুক তৌরবদি
খংগনি নং
শোঈদনা হাংকদবনি।

( থালোক্তুনা লাই চংখিবা )

ক ( তুম্বদগী হৌগত্তুনা )
হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ

ওম্বোক্লা ৱারুরেদা
ইমাইপেম্মা শিরমগনিদা,
হে সত্য
সত্যনা সাক্ষী ওইরসন্নু,
মতুং মনাও অসিদি
মীগী মথৱাই শোকপা
নত্তবা থবক অমতা তৌজররোই।
তুশেম ৱাশেম্বগী থবক অসিদি
লাইনা য়াখিদ্রবোইরে,
শুসি মুম্না খংজরে
ঐনা তৌখিবা
ইপাপ খঞ্জবদা
কীবনা ঐ লৈবা য়াদ্রে।
ইশম কোক্তুনা
হয়েংমক লম্বোইরগে,
বৃন্দাবন্দা চত্তুনা লৈরুরগে।

(বিনোদগী য়ুম য়ুখন থাদবা)

## তরেংশুবা উংপা

( বিনোদ কৈকুংবগী য়ুম )

বিনোদ, নাৰ'ং, বিধু

খুলগী অহল অনি

বিনোদ। নাৰাং !
নংনা তম্বৰু
নতাওগা নংগা
হিয়াংথাংদা চংলুই হাঈবদি
কৰি থবক্কী চংলুবগে ?
অতুগা মতৌ করম্না
নতাওনা শিহৌবনো
অমুক্তগা হন্না তমখো খুরাদা।

নাৰাং। খুৰা ইবুঙো !
ঐবু হৌজিক জ্ঞান
করিমত্তা লৈজদ্রে,
ইতাওগী খোঙ্গুন্দদি
হান্না লীরুখিসি।
হল্লকলগা।
অকাউবা পুন্নক নিংশিংজতুনা
লোইনা তমজগে।

খুনগী অহম
অহানবা। কৰি ৰানোনে নাৰাং
নংনা ঙাংলিবা অতুবো,
লম্বেল মফম অতুৰাইদা
মওং অসুম ভৌনা শিবনি

হাঙ্গৈবা থংদনা
করম তৌনা
খোঙ্গুল লীবা য়াগদগে ?

খুনগী অহন

অনিশুবা। ঐখোইমা ঙাংনিংদহুনা তৌবনি,
হৌজিক কালগী
অঙাংশিং অসিগী মীরোন্দি
মতা অমা ওইনা তৌগ্রবনি।
হৌজিক মানা ঙাংলিবসি
কয়াদা থকসি খাসি নাইখিদ্রবা।
মীগী মচা শিবগী
ৱারোন তমউ হাঙ্গৈরগা
মানা য়ৈথৎলিবসে
মানা ঙমগদবগীদা
হোৎনবা শারিবনি।
য়েংউ অঙাং নং,
মতা চাদ্রবদি
কৈগুমশং য়োগনি
হাঙ্গৈবা থংদবা শারিএ।

বিধু। খুবা ইবুঙোস্থ
অহল লম্মনস্থ
ঙাইহাক্তা হস্থবিখো।
ইত্তাও অসে
লাম্নংবা য়াওরুরবনা
মশা অসি
করিমতা ভাব তাদনা লৈরে।

হৌজিক মানাবারিষা অসি
মরম অহুম তিল্লে,
নুংশিরবা ইতাও অহুগী
অবাবা উরকপনে,
অহল লম্মা য়াদবা লমচৎ
অহিং খেংনা চৎখোক্পগীনে,
তুমদ হিগুবনা
মশা চোকথরকপনে—
অসিনা মপুকনিং অসি
করিমতা লৈতাত্রে।
অহুনা মহাকপু
লম চিংহল্লগা

ইতাও কুমুদগী
খোঙ্গুল লীরখিসি।

(শীংলুপ পাওচেনবা চংকপা)

শীংলুপ পাও
চেনবা। খুরা ইবুঙো!

(খুরুম্বা)

বি। করিনো ইবুঙো।

(ওকপা)

শীং, পা। ওসিদি ময়াং য়ুংকাল অসি
মতা অমা তৌরে।
ওখোকপসি!
অখেল্লবম কবোকলৈ অহু
মাংত্রে, ময়ুমদা লৈত্রে।

হুমিদাংদগীরা
করম্বা কান্দগীনো
অদুস্থ থংত্রে হাঈনা খুন্দা
মাগী য়ুমলোন্নবা
লোইতান ফুন্দনা লাউরদুনা
খুনগী মী অমনিনা
থিবা চংব্রি।
নিংথৌজম পদ্মস্থ শিরে,
পোংলোইনবা পুথোকহৌরে।
অদুদা
মহাক্কী মুপী কন্না হাঈবীদুনা
মপুরোইবগী মতুং ইন্দুনা
শিরখনি মৈম্বুং চংলগনি
হাঈদুনা মরোন অমা
তৌহৌরি।
লৈকাইগী মীয়ামনা
পোংল্লোইবা লেপ্পুনা খামনহৌরি।
পোংলোইবা অসি
মী য়ামদ্রে,
অদুগী পাও চেল্লবা লাকচরি।
বি। তৌরিবা মত্তৌসিদি
ওস্থোকপা হাইবদুনি।
অৱাবগী মথক্তা
অৱাবা তারে।
সংসারদা পোকপসিদি
মুংঙাইবা লৈত্রবা হাঈরম্মুদ্দি।

ফবে বিধু, নারাং
নখোই অনি ঐগা চংসি
নতাওগী খোঙ্গুল লৌরুসি,
অহল লম্মনশিংদি
পদ্মগী সংস্কারদা চংপিরমলো,
ঐস্থু লাকচরগে।

( চৎনখিবা )

---

## ৫শুবা মতাং

### অহানবা উৎপা

মোংফম

( শাঁং শেম্বা মথক্তা পিন্দক থাংগৎপা, পাৎলোইবগী মী লৈবা, কন্তাস্থ লৈবা )

কন্যা। ইশৈ

**পুরবী বিহাগ**

অরাবসি খাংবা ঙমখিদরে
থম্মোইদা ত্তানা খিনবগুমলে।
ফিজিগী লনবু হুবিপ্রে
অসিদা কনাগী পুকনিং রারোইদগে
হিংদুনা করি কানরমদগে ?
মৈলুংসিদা চংজরগে।
( মৈদা চংগে ত্তোবা, অহলশিংনা থৎপা )

অহন অমা ঙাইখো ঙাইখো ইক্সেমা,
হৌনদে ত্তোগম্নু।

কন্যা। ইপা ইপনশিং পুন্নমক্তা
তোল্লবী ঐনা খুরুমজরি,
হন্দক্কী মপোক অসিগীদি
ইবুঙো মাগী মনাইনি,
অহুনা ঐবু থাম্বিরগন্নু
মৈন্নুং অসিদা চংজহুনা
ঐগী চাকলিবা
থরাই অসি ইংজরগে।

১বা অহন করি রানো ইবেম্মা!
চংনা মৈন্নুং চংবা হৌনদে,
তৌগন্নু।

২বা অহন মহুম তৌনবদি
ঐখোইদি মাংলেদনা।

৩বা অহন। ইবেম্মা, —লৈবাক নিংথৌ পাল্লি,
নহাকনা মৈন্নুং চংবদা
অস্তুম য়েংহুনা লৈহৌরবদি
ইপনখোইদি
তুংদা মৈশা লাংবা তারে।
তৌগন্নু য়ুমদা হল্লো,
নপুরোইবগী কর্ম্ম ওমনবহুম হোৎনরু।
নংনা অস্তুম লৈহুনা
সংস্কার তৌবসি থিল্লবদি
অস্তুক য়াম্বা মী রারগনি।
চৎলো চৎলো
থুনা লোইনবা তৌসি।

কন্যা। হাঙ্গবিরগন্নু,
ইপা ইপনশিংনা কুপা তৌবিয়ু।
(বীর চংঙকপা)

১বা অহন। তাবিয়ু, তাইবুঙোম্নু লাকপিরে
ইবেম্মা কন্যা অসি
চুমনগী ঙাংঙবতা
ওইরবোই নিংঙমই
মন্থু নংত্রে,
চাননা হেক্তা মৈন্নুংদা চংগদৌরে।
ঐখোইগী মাংদা
মপুরোইবগী তুং ইন্দুনা
শিবগনি হাঙ্গরে।
মসিদি ঐখোই পুম্নমক
অচংবা মী মৈ থান্নে হাঙ্গদুনা
নিংথৌগী দণ্ডি ফংলগনি,
অদুক থাম্বিয়ু।

বীর। ইবেম্মা, —কবিনো নংনা তৌরিবসিবো
চুম্রা?
অদুম হৌনব্রা?
মুপী পুম্নমক
লোইনা মজাখ্রে।
পোৎলোইবগী মৈ থাবা হৌরবদা
মুপীনা লৈবা হৌমদে।
কারো থেংলে
ওকলে চৎলো।

কন্যা। পাবুং—নমাই ঐগী যুম লৈত্রে।

বী। করি বানো ইবেম্মা
ননেমনা লৈরিবা
য়ুম অসি কনাগীনো
নংগী নৎত্রা ?
ইপাগী য়ুমম্ভু লৈরিনা,
চৎলো ইচাসিদি
নংনা লৈনিংবা
মফমদদা লৈসনবনি।

কন্যা। পাপকী লম্বীদা
ভাকপিরগনু পংবুং,
ঐগীদি অসি মঙাইরে
শোঙ্গদনা
ইপুবোইবগী মতুং ইঙ্গরগনি।

বী। মত্তুদি. - সংসাবনা হৌনদবা থবকনি,
ছাইগনু ইপাগী ইবেম্মা।
নমানা ননেমনা
কনা স্নেংহুনা লৈহৌগনি।
নংনা শিরবদি
মখোই য়াম্না বাহৌরগনি।
মখোইতনা বাবা নত্তনা
লৈকোক লৈকাইগী
অহল লম্মল
নপা নতোন খিবিকসে
গুমনা বাহৌরগনি।
অত্তুগা নহাকনু
মপানা ছাইবা

ইন্দবা মচা তাত্থনা
মীনা য়াম্না নোকনরগনি।
ইপানা হাঙ্গবা ইল্লু
ইপাগী ইবেম্মা,
তৌগম্নু হৌনদে।

কন্তা। ইপানা হাঙ্গবা ইঙ্গবনি,
পুকনিং অসি হোংজিন্দ্রি,
পাখুংনা থাজবিবা
ইবুঙো মহাক্না
চংখিবা লমদম
তাঙ্গবতনি।
ঐবু কৃপা তৌবিয়ু,
নিংজবা থুংহনবিয়ু।

২বা অহল। অত্থুদি মৈ থাগংপা য়াদ্রি,
পুন্নমক কোন্নুং কাবা তারে
মহারাজদা হঙ্গংনবা তারে,
সনা য়াথং অমা তারগা
অস্থম থোকই
হাঙ্গবা তৌসি।

৪বা অহন। চুমহ,—থীন্দুনা কামদে
পুন্নমক অমতা
চিংথবা য়াদে,
কোন্নুং কানবা তৌসি।
(থরনা মৈ মুংপা, থরনা থোকপা, লম্বী মুথন থাদবা)

## অনিশুবা উৎপা

### লম্বী

( সাধু বাবা লাকপা )

**সাধু বাবা ।**

ঐনা লৈপাক কোইরকপদগী
দেশ অসিদা শুনবা
চহি তরেৎ শুরে,
লৈবাক অসিদা
লৈরমলিবা চীং—মান
বন. উপবনচিংবা অসি
য়েংবদা—যোগী, ঋষি
পুম্নমক্কী হাৎনবা,
শম্ভু, সদা শিবনা
দুর্গাগী মন্দুক পেন্নবা
শ্রীগোলোক বৃন্দাবনগী
অথুপ্পা রস রাস লীলাবু
ফোংদোক্কে হায়বগী অমক
মণিপুর হায়না কৌবা
লৈবাক অমা শেমই হায়দুনু
মসি ওইকা তারে ।
অদুগা লৈপাক অসিগী
তুপীশিংনা চংলিকা অমচং
ওন্থোক্না খাগাংনবক লৈ,
অবাকা সুন্নক
মপাংইরুগী নকৌনি ।
মপুরোইবগী মরুমদা

ভক্তি লৈবা অসিগুম্বা
লৈবাক অতৈ
সংসারদা উত্রি।
কন্যা কৌবী মুপী অসিগী
মবমচং অসি উবদা
দূর্গানা থাঙ্গৎশেংনা
মীগী মশক ওইনা
মণিপুর হাঙ্গবা দেশ অসিদা
অবতার তৌহনা
শান্নৈ হাঙ্গবসি
থাজকম খোকলে।
চাৎ নিংথৌগী মচানুপী
সতীগী গুনা
মুপী মচা অসিগী মশাদা লৈজেংলি,
অমুনা সতী ওইবগী
খুদম পুন্নমক
মশাদা বিকার ফাওই।
লৈপাক অসিদা লৈরিবা
তীর্থ অয়াম্বা
নোংমাইজিং, কামাখ্যা,
ইঙৌরোক, ইরাবতী মরুনচিংবা
অথুম্বা লাইফম কনা লৈরি,
পোকনফমগী থম্মুবহ
সতীশিংনা পোকপদা মতিক চাই।
অসিগুম্বা লৈপাক্তা পোকলিবী
সতীগী গুনা লৈজেংলিবী

মৈতৈ চন্নু বিবিকপু
সদানন্দ কৌবা সাধু ঐনা
ইম্না হন্না থাগৎচরি।
ঈশ্বরগী মফমদস্থ
ঐগী অতিংবা ভক্তি কচ্চন্নুনা
মৈতৈ মুপী পুন্নমক্না
কন্থাগুম্না অমাং অতা নৈতনবা
হন্না হন্না খুক্নমজরি।
নাকোংনা তাবদা
মিৎনা উবদা
থাগৎতবা য়াত্রবা
কন্থাগী মতৌবু
মৈতৈ নিংথৌনা
কম্নি হাঈরক্কবা!

(চৎথিবা)

---

## অহুমশুবা উৎপা

মৈতৈ কৌমুং দরবার শাং

( শ্রীযুৎ চরাইরোংবা সিংহাসন্দা ফম্বা, থৌগল ময়াম লৈবা, )

চৌঁশ শক ইশৈ

বাউল স্থর

মণিপুর সনা লৈপাক্কী
মপু খুয়াদা খুরুমজরি।
য়োইময়াই তাওদনা অওানবা
মালেম লৈবা কুমশুবা
শ্রীযুৎ চরাইরোংবনা
সনা লৈপাক্কী ওাম্মোইরি।
শ্রীযুৎনা পুনসি তোলোইনা
ঐ.পাক প্রজাবু ওাকপিবা
কুবিনবা শ্রীকৃষ্ণবু হন্না হন্না কৌজরি।

( খুরুমনা ইশৈ শকপী থোকথিবা, পাও পুবা লাকপা: )

পাও পুবা। (খুরুম্বা) ননাইশিং তোল্লবা

ময়াং য়ুম্ফালগী
অহল লম্মল খরনা
মুপী মচা অমা পুরক্লনা
সনা চরন্দা
রাকংকনি হায়না লাকলে।
সনথোংদা থুংওরে,
সনা নোংদম
কি কেলিংখবানা?

চরাইরোংবা পুশিল্লকউ।

(খুমন্সী বী, কল্লা, বীর লাকপা, খুকথা)

চ। ঐগী মুংশিরবা
ময়াং য়ুম্ফালগী
প্রজা খিবিকনা
ঙসি ঐগী ইমাংদা লাকপবু
করম্বা থরক্ক লৈবগে
করি হাঙ্গনিংবা লৈবগে?

২বা অহল। অজ্ঞা, — সনা চরণদা
রা হঙ্গচবদা
ননাই ঐখোইনা
লবাই মচা ওইবনা
থোগললোল কংঙ্গরবসু
ঙাকপিহৈবা মপুনি,
ঙাকপিয়ু অজ্ঞা।
ননাই ঐখোইগী
ইরক্তা য়াংবরক্লিবা
মুপী মচা অপিশকসি
মমিংদি কল্লা কৌই,
ননাইবু পোকপা মপানা
ননাই অসিনি,
মমিং বীর কৌই।
মুপী মচা অমিরিগী
মপুরোইবা অহু শিল্লে,

ননাই ঐখোইনা
সংস্কার তৌরে।
মৈগী পূজা লোইরদুনা
যজ্ঞগী শীংদা
মৈ থাবা হৌরকপদা
মুপী মচা অসিনা
মৈমুংদা চংলগনি
মপুরোইবগী মতুং ইল্লগনি
অম্মুম হাঙ্গীদুনা তৌরে।
ননাই ঐখোইনা
অমদি মপা অসিনা
ফনা কপ্পা থামজববু য়াম্রে।
অচংবা জীববু
মৈ থাবা ওমদদুনা
সনা চরণদা হুঙ্গচগে
লকচরিবনি।
লৈবাকী মপুনা
সনা নোংদম ভন্বিয়ু।

(থুরুবা)

চ। মমাংতৈদসু খোকখিস্তি
মতুংদসু তাংগনি।
অম্মগা
মুপী মচা অসিনা
হাঙ্গীরিবা বা অসিদি
য়ায়া ওকপ্রবা,
কজপ্রবা বাকম অমমি।

অতুনা ইপুখোঙ্গ !
সংস্কার অসি
সুমিৎ খরদংদি
য়েখোকপা তারে,
ঐহাক্কী পুকনিংদা
চিংনবা খর লৈরি,
করিগুম্বা থবক অমত্তং
য়েংখিবা খোক্কই।
নখোই অহল লমন্না
করি হাঙ্গিবগে ?

২বা অহল অজ্ঞা, — সনা নোংদমনি।
চ। হাঙ্গি হাঙ্গি সুপী মচা
কন্যা !
সংসার অসিদা
নংবু পোকঙমদনা
পোকলবা জীবনি,
পাম্মুই, তৌগনু।
ঐগী প্রজাগী মীশিংদগী
নংগুম্বা মী অমা
শিন্দিবা হাঙ্গিবসিনু
নিংথৌ ঐগী অমাংবনি,
প্রজাদগী মীশিং
হস্তগদৌবা থবকনি।
প্রজানা য়ামলগা
অতুক্কী মতিক চাওখৎলগা

নিংথৌ ঐগী পুকনিংদা
অপেনবা মুংঙাইবা, ঙইরিবনি ।
ঐহাক্কী পুকনিং
মুংঙাইতনবা থবক অসি
নং নিংঙ্গরগমু,
হায়া নংনা নিংলকইবদো
ঐহাক্কী মাই য়েংদুনা
থাদোকলো ।
বেদ, পুরাণ, শাস্ত্র খিবিকসু
হাঙ্গদুনা লৈরি—
নিংথৌনা হাঙ্গবা
য়া ইনবদা
কনাগুম্বা মীনা
য়াশকুনা তৌগে হায়না লাকলবা
মহাক্কী থবক অদু
কাঙ্গরবসু
দোষ লৈতে হায়রিবনি ।
নংনা তৌরকলিবা
থবক অসি
নিংথৌ ঐনা হাঙ্গবা ইন্দুনা
থাদোকলবদি
নপুরোইবগী শ্রাদ্ধ কর্ম
ভাউনা তৌগনি।
নংনা শিদ্রিফাওবা চাকনবা
লৌ পরী মঙাসু পীগনি ।
কনি হায়বগে ?

কন্যা। অজ্জা,—শ্রীযুৎ সনা চরণা কুপা তৌবিয়ু
ইপুরোইবগী মতুং ইন্‌গে হাইনা
মনাই ঐনা নিংজবিবা
পুকনিং অসিদগি থুংহনবিয়ু।

চ। (শোনবা) লুপ্রেদা
তৌগদৌরিবা থবকসে।
ঐনা ওহনি হাঈত্থনা
থিংত্থনা খামছৌরগা
ঐরু তুংদা
মিংদা থিহৌগত্রা?
অত্থগা
হেক্তা মৈ থারুরো
হাঈদোকপ্রগা
মৈশা চাকশিল্লকলবদা
মৈনা খাংবা ওমদত্থনা
শিরুম নারুম মৈত্থুংদগী
সুপী মচা অসিনা
চোংথোরকলবদি
ঐবু বুদ্ধি লৈতবা
তাত্থনা তোকলগত্রা?
বাপ্রেদা
সংসারদা ঈশ্বরনা পীনবিবা
দিংথৌ ওইনা
পোকপা হাঈবসে
থবক পুরমক্তা
য়াই ইচিল চিরি।

লাকইবা বাপা য়াওদবা
বিচার অসি তৌরোই হাঙ্গীমা
লৈথোকপস্থ য়াবা নত্তে।
নিংথৌগী পুকনিং
নিংথৌগী অৱাবা
ফোংদোকপস্থ য়াদবা অসিবু
লৈপাক লৈপাক খুদিংদা
মী অমমগত্তা নত্তনা
অনি শুবা থক খংবা লৈতে।
মিংদা থীবস্থ য়াদবনা
ৱাই শংবা লৈথিত্রবা
অস্থম ওইবা
নিংথৌ ওইবগী মপোকনি।

(ফোংনা) ঐগী মুংশিরবা
ময়াং য়ুম্ফালগী প্রজা খিবিক্তা
ঐনা হাঙ্গনিংবা
ৱা থবা হাঙ্গগে।

ময়াম। তাকপিয়ু অজ্ঞা।

চ। হন্দক্কী সংস্কার অসি
থ্বাইনা থর হারবস্থ
অত্থ মভাইরে
মুমিং মরিনিদদি
য়েথোকখিবা তারে।
মুপী মচা অসিগী
মপুরোইবা লৈথিত্রিবদো
অচিকপা লমজাও অমদা থম্মু,

মী কনা অমতা য়াওদনা
মহাক্কী মুপী কন্যা অসিবু
শংহল্লু !
অহীংস্থু মুংথিনস্থ নাইদে
মী কনা অমতা
চংবা য়াদে,
মতৌ অতুম তৌহুনা
মুমিং হুমনি থমগদবনি।
মতুদা মুপী মচা অসিনা
অকি অখং লৈতনা
মপুরোইবগী প্রেম অসি
কাঙ্গব লৈত্রবদি
ঐঙোন্দা পাও অমুক হাঙ্গরো,
মশানা তৌজররোই
য়াঙ্গরকলবদি
পাও অমুক লাক্কুবস্থ
মপুরোইবা অতুতবু
সংস্কার অতুম মতৌরো।

ময়াম সনা য়াথং মতুং ইন্না তৌজগনি।

( থকুথা, ময়াম চৎথিবা, লম্বী য়ুথল থাদবা )

---

## মরিশুরা উৎপা

লম্বী

(বিধু চৎপা)

বধু ইশৈ

পিলু, কওয়ালী

করিম্ন লৈত্তে মীওইবা
হৌজিক্কি লৈরি হোরেন লৈনি
খংবা ঙমদে অরেপ্পবু।
পুনশিনি, মী ওইবা
লাইজথক্কী কোঙোম্নি
তম্না তাউই তম্না তিনখি
লাইজ ঈরা মুংদবু।
খল্লু খল্লু মী ওইবা
লেপ্তুরবা তাইবংনি
অহিং ৈ ত্তে মুংখিন নাইদে
চেৎনা নিংজো মহাকতবু।

বি। ওহোকপনি
কৃষ্ণ কোবা ইবুঙো!
নংগী লীলা অসে
মতম খরগী মমাংদা
কয়াদা মুংঙাইনা পালম্বা
বিনোদ কৈরুংবসে
মচা কুমুদনা
শিরম্বা মীশি উবদা
ঙাওখরে মহাকসে।

চাবা থকপা খংদনা
পংচৎ চৎখরেদোসে।
নাবাংতগা লোইননা
অতৈ কনা য়াওদনা
হাওখুন পাংখরেদোসে।
ঙসি মরিনি শুখরে
মপাও অমত্তা ত্তাদরে
করম তৌরিগবনোসে।
অহুগা অঙকপনি
কৃষ্ণ কৌবা ইবুঙো!
নংগী লীলা অসে।
অশিবব শংহনবী
মুমিং হুমনি চাংয়েংবী
চংনা মৈ থাগদৌরেদোসে।
নিংথৌনা য়ারকলে থারুরো হাঙ্গীরকলে
মমা মপাদি ঙাওরেদোসে।

## ইশৈ

খল্লু খল্ল, মীওইবা,
লেপতরবা তাঁইবংসি
অহিং লৈতে সুংখিন নাইদে
চেৎনা নিংজো মহাকত্তবু।
(চৎখিবা, লেম্বী কন্যা লাকপা)

লেম্বী। ইমাগী ইবেম্মা,
শিরবা দেহবু

অকিবা লৈতনা
করিমতা হঙ্গোইদনা
নপুরোইবগী প্রেমবু
ইকাঈ কাঈদনা
মুমিৎ মুমনি সেবা তৌরুরে ।
নিংথৌনদি মন্থু তাবগা
মুংঙাইবগা লোইননা
ন'না মৈমুং চংবা
খাম্মুরগনু হাঈরকলে,
অম্বু ইমাদি
করম তৌনা লৈহৌ হাঈবগে ?
ইমাবু থক মুংশিন্দ্রবরা
ইমাগী ইবেম্মা ।
নং নত্তনা ইমাদি
ইচা অনি শুবা
পোকচবা নত্তে
ইমাগী কন্যা
ইমানা হাঈবা
অমুক্তা ইল্লুগবা
তোকলোগবা ইবেম্মা ।

কন্যা । ইশৈ

বিহাগ, আড়াঠেকা

**পলেম ইমা ইবেম্মা !**
**মন্দকী মপোক্তা নিংথিনা**

ঐনা নখোইগী সেবাবু
তৌজদরে।
নহানমুক্কী মপোক্কা
দান ধর্ম্মবু তৌজদরে,
ইমা ইপাবু লাঙ্গৈবনা
তৌজবা কর্ম্ম ফংজবনি।
রারোৌবিগন্থু নখোই অনিনা
গর্ভম্নুংগীদি নচানি
মুজা নৌনা ইমা ইপা
অনিবুদি কাঙ্গৈনবীনি।
হন্দক্কী মপোক অসিদা
নখোইনা পীনবিবা
ইপুরোইবগী চরণ
থাজররোই।

কন্যা। ইমা ইবেম্মা,
নচা ঐনা ইমাগী চেংলৌবু
উজগদবা ঙসি মঙাইরে,
মুম্না অমুক্তা য়েংজখিগে।
ইমা ইমা!
ইমা নম্ন লুকথম্নুনে,
ঙসি কৌবা মুমিত্তা
ঐগী অরোইবা খোনফমনা
নহাক্কী য়াথং নিজরি।
ইপুরোইবগী সংস্কার থীল্লগনি
ঐবু থাদোকপীরো,
চচ্চরগেগবা ইমা ইবেম্মা অপোকপী!
(বীর চংঙকপা)

বীব

কন্যা কন্যা
ইপাগী ইবেম্মা !
কম্নি য়ানোনে
পাংদ্রবী
শোল্লকলবী নমাবু,
কনাস্থ লৈজদ্রবা
নপা ঐবু
ফরিগী অতুক মুংশিদ্রবগেনে ইবেম্মা !
মৈতৈ লৈপাক অসিদা
মপুরোইবা লৈত্রবী
সতী ধৰ্ম্ম কাঙ্গদ্রবী
শাজং কজরবী
য়াঙাং লুরবী লুপ্তাবী
পিক থম্না লৈ।
করি ভৌবগেনে ইবেম্মা,
লৈপাক্কী চৎনম্নিবা
লুপ্তাবীনা
ফনেক মপান নাইদবা শেৎপা
চন্দন অঙৌবা থিন্দবা
ঙা চাদবা লীক শিদবা
চরা নামা হেনবা
নিংথিজবা
লমচৎ অসি চত্তুনা
মপুরোইবগী কননবা
লাই নিংতুনা লৈখো ইবেম্মা।
ইপাগী মিত্তা

মুংঙাইনা য়েংহ্নুনা লৈখিগে,
ইপাগী পুনসিগী অরোইবা মুমিত্তা
নং লৈত্রবদি
কনানা কপ্লিপদগে ?
ইপাগী নাকোংদা
কনানা হরি নাম শোনবিগনি ?
সংসার অসিদা নং নত্তনা
ইপাবু ইপা কৌবীনবা
কনা লৈবগেনে ইপাগী ইবেম্মা,
তোকলোগবা কন্যা।

ক। ইপা ইবুঙো !
ইপাগী গুণ মাংলগনি,
হন্দকী মপোক্তা ইরাইবক থীবনা
পম্লৌ পলেমগী
সেবা মতোল লোম্লমদ্রে।
য়ারৌবিগমু অপোকপা,
ঐহাক চচ্চরগে
নমাক তোল্লবনা ঙাইরমলগনি।

লে হা কৃষ্ণ—ওম্লোকপনি
ঐগী ইরাইবক অসে,
চংনা ইচানা মৈমুং চংববু
পাপ চেল্লবী ইম্নিংনা
করম্মা য়েংউ তম্বিরম্বা
কন্যা—কন্যা—
ইমাদি নংবু থাজোকপা ঙমলরোই।
ইমাদি মুংশা শোর হোনবা য়ারক্তে।

( ক্রমশঃ )

বী।

ফরে,—য়ায়া পেল্লে
নহাকপু পোকচবগী ইপা পেল্লে,
হৌজিক নংনা চৎথ্রগা
নমা অশোনবীনা
তৌগনবা কুম্মেদি
নংদি উররোইনবনিনা থংলরোই,
পাপ চেল্লবা
ইমিংনা য়েংহুনা লৈহৌরগে,
মীওইবনা মচা কাঈনবগী
মৈচাক অদো
ইপা ফংহৌরগে।
নংনা নিংলিবা
নংথিরবা লম্বী অদো
ইপা থিংলরোই।
মাঙৈকে ঙাকপা লাই,
নুমিৎ, থা অচৎ চত্তবা জীব পুম্নমক
তাবিহোরো,
ঙসি হাওবম মচা বীরগী
সুংশিবা থংত্রবা পুকচেম্না
মচা মৈলুং চংনবা
বিদায় পীরগে।
মিৎ মংনা কম্লিগীনো
ইতত্তনা পি তারকলিবা!
থম্মোই নংনা
পেৎথরিবা কম্লিগীনো!
সুংমুক কমশ্রে

ঙাইহাক পুংজাদদি
মুংশিং কৌবা লাই !
ননাই বীরগী
ইন্দ্রিমুংদগী লেংথোকপিশ্রো।
চৎশ্রো সংসারগী মায়া
লাপথোকশ্রো মুংশিবা।
কন্যা, কন্যা, ইপাগী ইবেম্মা !
নথস্তবু পোকচরবা
ইচা অনি শুজদরবা
নপা ঐনা
নোকনা নোকনা
য়াথং পীরবনি,
ইপাগী ইবেম্মা চচ্চশ্রো।
চৎলোকো ইপাগী ইবেম্মা,
নপুরোইবগী মতুং ইন্দুনা
দেবলোক্তা কারোকো।

( কন্যা অনিমক থুরুমদুনা চৎথিবা )

লে। ঐগ্নাক্তা লৈগদবসি
মফম কদাইদনো?
সংসার অসি ইমমমমশ্রে !
ইবেম্মা ! হো ইবেম্মা !
ইমাগী ইবেম্মা !
অমুক্তা হল্লকথো।

( কপ্পা, রাম্বা )

বী। দেন্বী !—কৌরগম্ম, লাকলরোই

কৌহুনা কান্নরোই,
কৈদোঈঙদস্মু হল্লকলরোই।
হৌজিক ওাইহাক্ত
মফম অসিদা লৈরম্বদো
অহুনা লোইরবনি,
কন্যাগী মশক উররোইদবনি।
মপুরোইবগী মতুং ইন্দুনা
স্বর্গদা কাগ্রগদবনি।
ব্রাক্সরগন্নু
কপলগন্নু মচা শিবা নত্তে,
নহানমুক্কী মপোক্তা
নং ঐগী লাইবক্তা
অসিগুম্বা নচাগী কুমৈ য়েংজৌ
তমলকপনি।
থীল্লবদি নচা উররোই
থীল্লগন্নু কান্নমোই,
লাকও, নচানা চৎপা য়েংঙু সি

( চিংহুনা পুখিবা )

---

## মঙাশুবা উৎপা

মোংফম

( শীং শেৰা, মথক্তা পদ্মগী শিন্দুক, থাজৎপা কন্যা অমম্নু মীয়াম লৈবা )

১বা অহল    ইবেম্মা,—ইপনথোইবু ৰারৌগনুকো।

কন্যা।    ইপা ইপনশিং অপুম্বা
ঐনা নোংমা নিনি
ৰাহল্লমলে ৰারৌবিগনু।

২বা অহল    ইবেম্মা,—ঐখোই করিমতা ৰারৌবা লৈতে
(শোনবা)    আ ওস্থোকপনি
অসিনা মৈম্নুং চংবৰু
করম্মা য়েংগবা !

কন্যা।    হে অগ্নি দেব !
ননাই তোল্লবী ঐগী
পাপ চেল্লবা হকচাংসে
নংগী যজ্ঞগী
পোৎফম ওইনা কচ্চবদা
লৎনবিগনু।
ননাই ঐদি
করিম্নু খংদ্রবী
পাঙ্গল শোল্লবী
মুপী মচানি।
ননাই ঐগী ইপুরোইবনা
চৎখিবা ওসি মরিনি শুরে,
ফংনমবা তাঙ্গে
মিংজরিবা ননাই ঐদি।

ইবুঙো নহাক্না
চানবিদহুনা কুইনা লৎনবিরবদি
ননাই ঐবু ঙাইবদা
তোল্লবা ননাই ইপুরোইববু
থারগত্রা খঞ্জবদা
থারবী ননাই ঐনি।
নহাক অসি করি হাঈনা লৈশি লৈথোনবগে,
করি মিংগোনা কৌরগা লাকপগে
খংজত্রবী ননাই ঐনি।
ঐনা খংদহুনা
লংজবা অপরাধ লৌবিগনু :
ইপা ইপনশিংদা
ঐনা খুরুমজরি
ঐগী দমক ইপা ইপনশিংনা
কৰিমতা খনবিগনু,
ইপুরোইবগী দমক
শ্রীকৃষ্ণগী নাম তত্তনা শোনবিয়ু।
হা ইবুঙো !
নুমিৎ মরিনি কোলহৌরবী
ননাই ঐবু ঙাইবিরমখো।

(মৈনুংদা চোংশিনবা)

ময়াম। হা কৃষ্ণ হা কৃষ্ণ

(মাধবী, লেম্বী, বীর লাকপা)

লেম্বী। হা ইমাগী ইবেম্মা
ওন্থোকপনিদা!
নোংমতা ইমানা হাঈবদা

হিক্তোকখিত্রবা ইচানি,
হুন্দক্তি করিনো
নংনা তৌরিবসিবো।
ঙাইহাক্তা ঙাইখো ইবেম্মা!

মাধবী। ইমাগী লাইরবী
ইমাবু য়ারোগন্নুকো,
ননিং থুংবা
নোংমতা পীজবা ঙমখিদে,
নফি নিংথিনা অমতা
থোনবা ঙমখিদে,
খল্লু খল্লুবগা
ইমাগী থরাইসি চাকলে।
হাউতবা বস্ত্র চারগা
ইমা লাইরবীনি খন্দুনা
ইমাংদা মোমোন মোমোন নোক্তুনা
নমা ঐবু য়াদনবা উৎপা
নংগী নিংথিবা নতৌদো
ইমানা করম ক'ওরসিবা।
হা পদ্ম! ইমাগী মনি
নংনা নপাঙ্গল চাউরকলগা
নমা ঐবু হন্দোকলমহুনা
কল্কিগী কন্যা পুহুনা
মকম খংদবা লমদম চৎগ্রি।
নংদি নুংশি হৈতেদা
নমা ঐগীনি হায়বা
করিমতা খনবা লৈতেদা নংদি।

ইমাগী ইবুঙো!
হা ইমাগী পদ্মসিং,
কুইনা নোঙ্গাগ্রবা
নংগী পন্থৌ নিংশিংলক্কুনা
পন্থৌ মনাক্তা চৎলব্রা নংখো ?
অন্থু ওইরবদি
থা তরা চুপ্পা
খোইজ্ঞী থাদা নংবু মিহুঞ্জরবী
নমা ঐগী অবাৰা অসি
নংবু পোকপা পন্থৌদা তম্মুকো।
কুইনা নোঙ্গাগ্রবা ইবুঙো!
নপারি চাউদবা পদ্মসিং
ননাক্তা চচ্চখিবনি।
মথন্তস্থ নত্তে
তোল্লবী পংলবী
নমৌ মুপীস্থ য়াওখিবনি ;
ইচা, ইমৌ চংজবদা
লৎনা থোং খিংবিগন্থ।
হা নোংদম্বা!
মপা, মচা, মকু মমৌ,
মখোইদি ভিন্নগ্রখনি,
ঐবুতদি করিগী থাঙ্গৈদোকপিবা নংনা।
পারি ইবুঙো,
লাংলেম শকলবী ইনেমগী কন্যা,
বাম্নৌগম্মুকো নখোই অনিনা।

( কন্না )

বীর। হা কৃষ্ণ!
সুংঙাইরে ইবুঙো নংগী লীলা অসে।
ননাই ঐনা করম্বা
দোষ তৌরুবনা
আজন্মদা করি তৌরবপননো
মীনা উবদা ঙকলবা
নংগী লীলা উজবে।
হা ইবুঙো পদ্মসিংহ!
ইকুদি নোংমতা
নংগী নফমদা য়াথং অমতা হাঙ্গৈদ্রিবনি,
নপা শকলবা নকুনা
ঙসি পাওমেনগে তাওকো,
কন্যা অদো
মপোকশৈগী
মীয়াম তিনবা উথিদ্রিবনি,
অরাপ্পস্থ চচ্চথিদ্রিবনি।
ঙসিদি নতুং ইনগনি হাঙ্গৈদুনা
ইকুনা খাম্বা য়াদত্তুনা চৎখ্রবনি।
লংকৈ লাপনা নতুং ইনবদা
চীংমান পাৎ তুরেল লানবদা
মপাঙ্গল শোনবিনি খন্দুনা
নমাং থাহুনা মখুং শমহুনা
পুবিয়ুকো ইবুঙো।
থারকলবা চৎপা ঙম্মক্রবা কান্দা
হয়া য়েংহুনা ঙাইবিয়ুকো ইবুঙো।
হৌজিক্তি বীর ঐগী

কনাস্থ নৈত্রে লোইরে,
ইচা ইমাক কৌজশদবা
ঙসি লোইরে।
হা কৃষ্ণ ইবুঙো
মুংঙাইরে পেল্লে। (বিনোদ খোংনাং পাইদুনা লাকপা)

বিনোদ তৌজবা কর্ম্মগী ফল ফংলে,
নোমজবা মহৈ য়াল্লে।
ইচানা তৌবনা ইচানা ফংবা,
মীগী মচানা তৌবনা
মীগী মচানা ফংবা,
মুংঙাইবগী পন্দোম লোমলে।
অফবা মচা পোকপনা
বীরনা শিদবা উপাল ওইবা,
মচানা পিকলিঙৈদা বারক্তবনা,
বিনোদ ইরাইবক্তা কালি তৈবা,
মুংঙাইরে মুংঙাইরে।
পুকনিং!
করিস্থ খল্লুগনু
করিস্থ বারুগনু।
ময়াং য়ুম্ফালদা নৈরিবা
জীব পুন্নমক তাহৌরো
কন্যা কৌবী সতীনা
অমর খুভম তানখিবা,
ফংত্রবা কুমুদনা
খোংজাই লুখা থানখিবা.

ঐনা তশেং তশেংনা থংলে।
কন্যা কৌবী
মহাক্কা মান্নবী সতীদি
সত্য, ত্রেতা, দ্বাপর,
ইহো কলিদা তাংঈ।
সংসারদা শীংথানন্নিবী
ত্রিসন্ধ্যাদা মমিং শোন্নরিবী
অহল্যা, তারা, মন্দদরী,
কুন্তী, দ্রৌপদী মশা অসি
মপুরোইবনা হান্না শিবগা
অমতমক অনুমৃতা ওইদে।
সাবিত্রী, বেহুলা, জয়মতী,
খোইবী কনাস্তু মৈখুংদা চংখিদে।
কন্যা কৌবী মহাসতীগী গুণবু
পাপ চেল্লবা বিনোদ
ঐহাক্কী ইচিন অমতনা
করম্না শক শোন্দুনা লোইগবা।
থাগৎপগী লোইররোইদবা
নংগী নগুন্নি।
ঐদি হৌজিক্কী মতম অসিদা
নংডোন্দা করিস্তু নৈজদ্রে,
পুরকলিবা খোংনাং অসিতং
নংগী মংদা থারমলগে।
( বিনোদ খোংনাং থাবা, সাধু লাকপা )

সাধুবাবা। সাধু! সাধু!
বিনোদ কৈজংবা!

নংনা ঙসি থারিবা
খোংনাং অসে
শোঙ্গদনমক হৌবা ওইরসন্নু ।
ঐগী ইথুৎমকনন্নু
ঈশিং চাইরমলগে ।
অতুগা কনাগুম্বী
মৈতৈচন্নুশিংনা,
ঙসি কন্যানা মৈন্নুং চংখিবা তিথি
চৈত্রগী নিনমাং
তরাহুমদোইনি পানবা অসিদা
খোংনাং অসিবু
পূজা তৌদুনা
অচেৎপা ভক্তিগা
লোইননা বর নিজরবদি
সতী পুকচেন ফংসন্নু ।
অতুগা পদ্ম কন্যা অনিমক্কী
সংস্কারগী মৈঙান অসি
খোংনাং অসিনা মন্থৎশিন্দুনা
মণিপুরদা লৈরিবা
মীওইবগী থম্মোই লাইয়ুমদা
মুৎপা লৈতনা ডত্তনা ডাল্লসন্নু ।
খোংনাং অসিগী
[illegible] ঐনা [illegible]না
[illegible]বনি, সতী খোংনাং ।

( য়ুথন থাদবা )



লোইরবা